মহাকবি ভাস-গী

# প্রতিমা-নাটকম



L. Iboyaima Singh

*Printed with Government Publication Grant.*

# প্রতিমা-নাটকম্

## ( Pratima-Natakam )

মহাকবি ভাস

অনুবাদক :

শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ



মমল, লুপা ২০৲

## PROEM

The recent discovery of a number of dramas attributed to Poet Bhāsa, is one of the most important events in the domain of Indology, comparable only to the discovery of Kautilyas Arthaśāstra. Until 1908, Bhāsa was known to the modern Sanskritists in name only. In 1909, M. M. Dr. T. Ganapáti Sāstri, in course of his tour for search of old Mss, accidentally came across a palm leaf Ms, containing ten full dramas and a fragment in Manalikkara Matham, near Padmanābhapuram. In his subsequent tours, Mss of two more dramas and also Mss. of the pre-discovered dramas were received from various places. All these Mss. were in Malayalam characters and at least 300 years old. On the authority of Bānabhatta and Rājaśekhara, the learned discoverer ascribed these dramas to Bhāsa. Svapnavāsavadattā, the first of the Trivandrum series of thirteen dramas appeared in 1912. It contained in its introduction the results of M. M. Sāstri's researches on the subject. Since then, there have been other discoveries and several attempts at the addition of some other plays to the Trivandrum list.

Thirteen dramas of Bhāsa have already been published. The recently published drama Yajnaphala in fact has been ascribed to the authorship of Bhāsa. But it has been objected by Dr C. Kunhan Rāja in Hindu Literary Supplement (of Madras). Of these Svapna, Pratima, Pratijna and Cārudattam are the most famous. Of the ten varieties of major dramas Nātaka

is the main type ( Prakriti ) and Bhāsa's Pratimā is an illustration to the point. This famous Nātaka consists of seven Acts and its foundation is on the Ramayanam. It describes all the events beginning with Rama's exile, abduction of Sita etc. of the Ayodhya Kānda and ending with the killing of Ravana.

## PRATIMA—The Title

Pratimā-Nātaka is based on the Ayodhyā and Aranya Kandas of the Rāmāyana. M M Ganapati Sāstri opines—"This Nātaka is known as the Pratima-Nataka on account of the importance given to the Pratimā ( Statue of Dasaratha and his ancestors ), on seeing which in the Pratimā gria ( Statue-house ), Bharata was able to infer the fate which befell Dasaratha "on Rāma's exile. Pusalkar also thinks the "play is called the Pratima-Nātaka or the Statue-Drama because of the important part played by the statues." Prof. Devadhar suggests that the drama may have been named Pratimā as Bharata is represented as the very 'Pratimā of Dasaratha', and very similar to Rama so as to create illusions on various occasions in the minds of Devakulika, Sumantra, Lakshmana, Sita etc. Prof. Chaphekar also sees "the same subtle meaning in the Pratimā". "Prof Dhruba suggests that Pratimā-Dasaratha was the original name of the drama and that the Pratima is its mere contraction. But there is no manuscript evidence in support of this view. M M. G.Sāstri also informs us that though the Proloque does not mention the name of the Nātaka yet it is

mentioned in the oolophon at the end of the Ms. of the Drama.

A brief desoription in respeot of Poet Bhāsa and his dramas has been given in the Introduction to 'Svapnavāsavadattam'. So it is not repeated here.

*The Translator*

---

# ভূমিকা

খুরুমজৈ ইহানৃগাম্বদা গণনাথ গজানন।
খুরুমজৈ অনিশুবদা পরমানন্দ মাধব॥
খুরুমজৈ অহুমশুবদা মহেশ্বর উমাপতি।
খুরুমজৈ মরিশুবদা বাগদেবী সরস্বতী॥

'প্রতিমা নাটকম' মহাকবি ভাসগী অক্ষ তরেৎকী অফাওব নাটক অমনি। রূপক অসিগী যুম্ফম রামায়ণগী বারিনি। মসিদা রাম-বনগমন সীতাহরণ-নচিংবা অযোধ্যা কাণ্ডদগী হৌদুনা রাবণ-বধ ফাওবগী ঘটনা শিঙ্গী বর্ণন তৌরি। নাটক অসিদা ফিভম ওইদুনা অতীত-ভারতকী ললিত কলাগ (ফাইন আর্টিস) মরীলৈনব অনৌব বৃত্তগী (সার্কল) মমন থাবা য়ায। মমাংঙদা ভারতকী রাজাশিং দেববংশ ওইরম্মী; অদুনা মানব দেহ শিনথ্রব মতুংদা রাজাশিঙ্গী নুঙ্গী অচৌব মূর্ত্তি ময়াম থম্নরম্মী। রাজা দশরথগীসু মর্ত্তি দেবালয়মাম্বদা থম্লম্মী। ভরতনা মহাক্কী মামগী যুমদগী হন্নরকপ মতমদা নগাবগী মপান্দা লাইশং-মাম্বদা থম্লিব মপাবুং দশরথগী প্রতিমা উবদা মপাবুঙ্গী মৃত্যুগী অনুমান তৌই। প্রতিমা অসিগী যুম্ফমদা রূপক অসিগী নাম 'প্রতিমানাটকম্' কৌবনি।

## 'প্রতিমা' টাইটল্।

'প্রতিমা টাইটলগী মরমদা নানা মুনিগী নানা মতনি; প্রতিমা নাটক্কী যুম্ফমদি রামায়ণগী অযোধ্যা অমসুং আরণ্য কাণ্ডনি; ম.ম. গণপতি শাস্ত্রীগী মত—নাটক অসি 'প্রতিমা নাটক' হায়না থন্ নরিবসিগী মরমদি ভরতনা 'প্রতিমাগৃহ' স্টেট্চু হাউস্ মনুংদা লৈরিব-দশরথ অমসুং মহাক্কী মপা-মপু অহুমগী প্রতিমা (প্রেতমূর্ত্তি) অদু উবদা, রামচন্দ্রনা বনবাস তৌখিবদা দশরথগী মৃত্যুদশা তাখিবদু খঙ্খি। পুষস্কারনসু অসুম্না লৌবি—'প্রতিমাশিংনা মূল ওইব শরুক উৎপনা ত্রামা অসিবু

'প্রতিমা নাটক' অমদি 'স্টেট্‌চু ড্রামা' কৌরিবনি।' প্রোফেসার দেবধরনা সর্জ্জেষ্ট তৌই,—ভরত দশরথগী প্রতিমাগা চপ্‌মান্নৈ অদুগা রামগন্থ চপ্‌মান্নৈ, মসি দেব কুলিক, সুমন্ত্র, লক্ষ্মণ, সীতা-নচিংবনা মপুক্লিংদা লৌরম্মী। অদুনা 'প্রতিমা' কৌরম্লিবনি। প্রোফেসার চাক্কেকারনন্থ "প্রতিমা অসিগুম্ব মগুঙ্গী অর্থ চপ্‌মান্নবা উবিরম্মী।" "প্রোফেসার ধ্রুবনা হায়বিরম্মী—'ড্রামা অসিগী ওরিজিনেল মিং 'প্রতিমা দশরথ' কৌরম্বনি; অদুনা 'প্রতিমা' মসিগী অশম্ব মিংনি। অদুবু মসিগী মেনস্ক্রিপ্টনা সাক্ষ্য পীদে। ম॰ম॰ গণপতি শাস্ত্রীনা হায়রব—স্থাপনাদা (প্রোলোগ্‌) নাট্যকারগী মমি য়াওদে, অদুবু রূপক অসিগী মেনস্ক্রিপ্তকী অরোইবগী কোলোফোন্দা। লাইরিক্কী অরোইবদা মমিং, ফোংদোক্‌কম্‌ অমস্তুং তারিখ-য়াওব) মান য়াওবি।

মহাকবি ভাসগী অমস্তুং মহাক্কী নাটকাশঙ্গী মরমদা সংক্ষেপ্পা স্বপ্নবাসবদত্তম্‌'গী ভূমিকাদা হায়রে অদুন মদু মসিদা অমুক্‌ হন্না ইজদরে।

যেসা ওইরবস্থ, স্বপ্ন, প্রতিজ্ঞা, প্রতিমা, চারুদত্ত মরি অসি মহাকবি ভাসগী শ্রেষ্ঠ নাটকনি।

মহাকবি কালিদাসনা 'মালবিকাগ্নিমিত্রম্‌'গী প্রস্তাবনাদা মহাক্কী মমাঙ্গী নাট্যকার অহুম্‌গী নাম পল্লম্মী—ভাস, সৌমিল্ল অমস্তুং কবিপুত্র।

"প্রথিত যশসাং ভাস (ভার্শস্‌ ধাবক) সৌমিল্ল কবিপুত্রাদীনাং প্রবন্ধানতিক্রম্য বর্ত্তমানকবেঃ কালিদাসস্য কৃতৌ কথং বহুমানঃ।"

শ্রীভাসগী মরম্‌ অমদি মহাক্কী রাহৈশিং কোট তৌবা ভামহ, দণ্ডীন্‌, বাণভট্ট, রাজশেখর, অভিনবগুপ্ত, ভোজদেব, সারদাতনয়, সর্ব্বানন্দ, রামচন্দ্র, গুণচন্দ্র, জয়দেব, সাগরনন্দিন,—শকুন্তলব্যাখ্যাদা থেংনগনি।

মহাকবি অসিগী রাবি শাবগী রীতি স্টাইল শম্মী, লায়, লেপ্পা ফজে অমস্তুং চৎনবি ডাক্তনি। অদুনা পতঞ্জলিগী মতমদা সংস্কৃত

কথ্যভাষা ওইরম্বগুম্না ভাসগী মতম্‌দগী ওইরম্মী হায়না খ্বায়না লৌনৈ। অদুনা ভাস পাণিনিগী মতুংগী অমসুং কাত্যায়নগী মমাঙগীনি ( বি. সি. ৩৫০ )। গণপতি শাস্ত্রীনদি মহাকবি অসিগী মতম কৌটিল্যগী মমাঙগীনি ( শতাব্দী মরিগুব বি সি ) হায়। অতৈ ইণ্ডিয়ান্‌ অমসুং ইউরোপিয়ান্‌ স্কোলারশিংনা থার্ড শতাব্দী এ-ডি-নি হায়।

নাটক্কী বৃত্তি ( স্টাইল ) ·· ··· বস্তু ( প্লোট ), নেতৃ ( হিরো ) অমসুং রস ( সেন্টিমেণ্ট ) অসিত্তনা সংস্কৃত নাটক্কী মরু ওইব পোচ্চং নত্তে; কবিনা য়াম্না কৈশিংনা বৃত্তিগী মতিক্‌চাব মওং শিজিন্নগদবনি কার্য্য খুদিঙ্গী : বৃত্তিনা মশক্‌ মতৌ অমদি ফিজেৎ-লৈত্তোম্‌গী খ্বাইদগী বিয়ুটি য়াওব মপুং ফাবগী হায়দোক্‌প-য়াদব মপোৎ অমা নাটক্তা হাপ্নি। বৃত্তিগী মওং মরীনি—কৈশিকী ( দি গ্রেসফুল—শৃঙ্গাররসদা ), সাত্বতী ( দি গ্রেণ্ড বীররসদা ), আরভটী ( দি ভাইয়োলেণ্ট—বীর রসদা ) অমসুং ভারতী ( দি ভার্বেল—রৌদ্র, বীভৎস রসদা )। প্রতিমানা মরু ওইনা ভারতী অমসুং আরভটী খজিক্তং য়াওব ( জটায়ু—রাবণগী যুদ্ধ বর্ণনা ) সাত্বতী বৃত্তিগী খুদম্‌ উৎলি।

প্রতিমাদা শ্লোক ১৫৮ তোঙান্‌ তোঙাব ছন্দ ৩১ দা ইরি। শ্লোক ১০০ দগী হেন্না সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গালা ছন্দদা ইরি। মসিদা অথোৎপ রস ফোংদোক্‌পদা শালিনী, বসন্ততিলক অমসুং শার্দ্দূল বিক্রীড়িত শিজিন্নবি অদুগা করুণ রসদা শার্দ্দূল-বিক্রীড়িত শিজিন্নবদা য়াম্না নিংথিজনা থোক্‌ই। অঙ্ক মঙাগুবগী শ্লোক ১ অমসুং ১৬ মূলদগী মণিপুরীদগী শার্দ্দূলবিক্রীড়িত ছন্দনি। কবিনা তোঙান্‌ তোঙাব অলংকার, রস মথন্মথা ফোংদোক্লবদা য়াম্না চুননা শিজিন্নরি।

অলঙ্কারশিং—দৃষ্টান্ত, মালারূপক, উপমা, অর্থান্তরন্যাস, মালোপমা, স্বভাবোক্তি, কাকুবক্রোক্তি, ব্যতিরেক, উৎপ্রেক্ষা, তুল্যযোগিতা, কাব্যলিঙ্গ, অতিশয়োক্তি, সন্দেহ—নচিংব।

মসিদা প্রবাদ ( সুবচন ) ২৭ য়াওরি। পরিশিষ্টদা য়েংবিয়ু।

স্বরান্ত সংস্কৃত শব্দশিং হসন্ত ওইনা অদুগা মণিপুরী আকারান্ত শব্দশিং শম্জিন্না ছন্দগীদমক্ শেম্দোক্ শেম্জিন্ তৌরে।

কলিকাতা, পাটনা, এলাহাবাদ, বেনারস-নচিংব অথোইব বিশ্ব-বিদ্যালয়শিংদা নাটক অসি বি, এ ( সংস্কৃত ) দা তৌরে। মমিং-চৎপ-নাটক ওইবনা মণিপুরীদা লৈহন্নিংবদগী অনুবাদ তৌজবনি। য়াবমখৈ মূলভাব কায়দনা অমসুং মণিপুরী ইডিয়মসু কায়দনা হন্দোকচবনি। লান্দব ওন্ব নত্তে মী হায়বসিদি অদুনা মহাশয় সুধীশিংগী মকম্দা আত্মসমর্পণ তৌজরি।

'গচ্ছতস্খলনং ক্বাপি ভবত্যেব প্রমাদতঃ।
হসন্তি দুর্জনাস্তত্র সমাদধতি সজ্জনাঃ॥'

চৎপদা তুইদো লেপ্পমক্ কনানা খুদি থীদুনা।
নোক্নবি ফত্তব মীনা লোখৎপি কব মীতনা॥

ভাষা—তৎসম ( সংস্কৃত ), তদ্ভব ( সংস্কৃততগী ওন্থোরকপ ), বিদে-শীজ ( ইংলিস, হিন্দী, উর্দ্দু-নচিংব ) অমসুং দেশজ ( মৈতৈরোল্ ) মরি অসিনা তিন্বী মণিপুরীদা ইজবনি। ইতি

বিনীত—
শ্রীলোরেম্বম্ ইবোয়াইমা সিংহ

## নাট্যদা য়াওব পাত্রশিং

নিপা—

সূত্রধার—

রাজা—অযোধ্যাপতি দশরথ

রাম—কৌসল্যাগী গর্ভদগী পোকৃপ দশরথগী মচা অহন্—নায়ক (হিরো)

লক্ষ্মণ—সুমিত্রা-গর্ভদগী পোকৃপ দশরথগী অনিশুব মচা।

ভরত—কৈকেয়ী-গর্ভদগী পোকৃপ দশরথগী অহুম্শুব মচা।

শত্রুঘ্ন—সুমিত্রা-গর্ভদগী পোকৃপ দশরথগী মরিশুব মচা।

সুমন্ত্র—দশরথগী মন্ত্রী অমসুং সারথি।

রাবণ—( পরিব্রাজকবেষ )—রাক্ষসরাজ ( লঙ্কাগী )

কঞ্চুকী—অন্তঃপুরগী অহন্।

সূত—ভরতকী সারথি।

দেবকুলিক - প্রতিমাগৃহ অঙাকৃপ।

সুধাকার - প্রতিমাগৃহ শেংদোকৃপ মী

ভট—লান্মী মফম্নাইব অমা।

তাপস—অহন্ অনি

তাপস—কুলপতিগী শিষ্য।

নন্দিলক—আশ্রমগী মিনাই।

নূপী—

নটী—সূত্রধারগী নূপী।

সীতা—রামপত্নী, নায়িকা।

কৌশল্যা—দশরথগী পত্নী—রামগী মমা।

সুমিত্রা— ,, ,, —লক্ষ্মণ শত্রুঘ্নগী মমা।

কৈকেয়ী—দশরথগী পত্নী—ভরতকী মমা।

অবদাতিকা—সীতাগী চেটী

চেটীশিং— „ „

নন্দিনীকা } কৈকেয়ীগী চেটী
বিজয়া

প্রতিহারী—বিজয়া

তাপসী—সীতাগী মরুপ্।

---



৩-৮-৬৭

শ্রীচৈতন্যসিংহ নাম লৌরেম্বম্বংশনি।
জননী অরুণাবতী, জনক রিপুজিৎ॥
চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশী খৃষ্টাব্দগী বসু।
থা, রস তাং, কুজবার বসুধা তম্বাক্তা॥

# সূচী

# প্রতিমা-নাটকম্

( নান্দী মতুংদা সূত্রধার চঙলকপা )

সীতামঙ্গল নীংবিব, তম্থিব রাবণ-
বৈরী, সুমন্ত্রদা পেম্বিব, বিভাষণগী
মিত্র, ভরত-লক্ষ্মণ-সুগ্রীব-সীতাগা
লোয়নব রঘুমণিনা রক্ষা তৌবিসনু
নখোয় খ্বাইবু জন্ম জন্মদা ইতত্তনা ॥ ১

( নেপথ্যাদা য়েংহুনা )

আর্য্যে ! অসোম্দা লাক্পিয়ু ।

( চঙলগা )

নটী—আর্য্য ! লাকচরে ।

সূত্রধার—ইবেম্মা ! শরৎ ঋতুগী মরম্দা হৌজিক্ ঈশৈ অমত্তা শক্উ তাসি ।

নটী—আর্য্য ! শক্চগে । ( ঈশৈ হোয়স্মী )

সূত্রধার—ঋতু অসিদা—

কাশ লৈরাঙুম তোরবী,
ঈশিংদাত শায়জবী
তোর্ব্বান্দা কাণ্ডা অমোম্বা,
কোয়চচ্চৎলিদো হরাওনা ॥ ২ (ক)

( নেপথ্যাদা ) আর্য্য ! আর্য্য !

( তারগা )

সূত্রধার—কয়ে, খঙ্লে, খঙ্লে ।

নিংথৌ সনা কোমুংদা
থবক নোম্নিবী থৱাই হয়াওবী
খোঙাক্পীগুম্ হঙ্গৎহন্দা ॥ ২ (খ)
( চৎলি কাঙা অমোম্না )

( অনিমক্ খোক্খিবা )

স্থাপনা লোইরবা।

---

## অহান্ব অঙ্ক

( চঙ্লগা )

প্রতীহারী—আর্য্য ! কঞ্চুকী কনা কনা অসিদা লৈবগে ?

( চঙ্লগা )

কঞ্চুকী—ভদ্রে ! ঐ লৈ। করি তাক্পিগদবনো ?

প্রতীহারী—আর্য্য ! লাই-হিংচাবগী লান্কম্দা থিংজম্লুব—মহারথ মহারাজ দশরথগী সনায়াথংনি—'মহারাজকুমার রামচন্দ্রদা রাজ্য অমসুং রাজশক্তি পীননবগীদমক্ অভিষেকী পোচ্চং পুন্নমক্ থুনা পুরক্উ।'

কঞ্চুকী—ভদ্রে ! মহারাজ সনা-য়াথং তাক্পিবা পূন্নমক্ পুত্ত্রক্রে, য়েংবিয়ু—

লৈরে সিংহাসন'দুগা ছত্র-চামর হরাওপুং।
থম্রে লৈ-কুশ গঙ্গাজল-থম্ব স্নাগী ঘট চফু ॥
*পুষ্যরথ শেম্ শাজরে লৈজরে মন্ত্রী প্রজাশিং।
মঙ্গল মশক্ ওইরিব পুন্নমক্ অসিগী লেপ্পা।
লেঙ্শিন্বিরে বেদীথক্তা ভগবান্ বসিষ্ঠজীনা ॥ ৩

---

* যাত্রা, উৎসব-মেলাদা তোংনবা দোলাই।

প্রতীহারী—অদু ওইরবদি, মাম্না ফরেদনা।

কঞ্চুকী—কয়াম্ভ মুণ্ডাইরবনো।

পেল্‌হম্বিরে প্রজাশিংবু পৃথ্বী অসিবু ঙাক্‌পনা।
অভিষেক্ তৌবদা হৌজিক্ রাম মিংকৌব থাজবু॥ ৪

প্রতীহারী—আর্য্য! খরা থুবিরো হৌজিক্।

কঞ্চুকী—ভদ্রে। থুনা তৌজরগে। (থোক্‌খিবা)

প্রতীহারী—(কোয়চচ্চৎলগা লেংদুনা) আর্য্য সম্ভবক! আর্য্য সম্ভবক! লেঙ্‌বিয়ু, মহারাজগী স্নায়াথং মতুংইন্না মতিক চানা লুনা তৌদুনা পুরোহিত মহাশয় থুনা লাক্লবা হায়বিরু। (অমরোম্‌দা চৎলগা) সারসিকা! সারসিকা! নং সঙ্গীত-শালাদা চৎলগা নটশিংদা হায়রু—'অভিষেককী মতিক্‌চাব-নাটক-উৎনবা শেম্‌শাদুনাথৈয়ু।' ঐস্তু ওয়ামক্ অসি লোইরে হায়দুনা শ্রীযুৎ স্না চরন্দা হঙ্গৎলুগে। (থোক্‌খিবা)

(উকুফি পায়দুনা অবদাতিকা চঙ্‌লক্‌পা)

অবদাতিকা—হাই, হাই, সর্ব্বনাশ! ফাগি তৌগে হায়দুনা অতৈগী উকুফি পুরক্‌পসিদা ঐঙোন্দা কিনা থোক্লরে; অদুনদি থঙ্‌দেদো মীগী মরন্ পাম্‌দুনা হুরিবা মথোয়দি করম্ তৌরিগবা! ফমদুম্ নোক্লিঙিঙ। হুম্ হুম্, ইতোম্ ইতোম্‌তা নোক্‌পা হৌনদে।

(লোয়নবীশিং য়াওনা সীতা চঙলক্‌পা)

সীতা—অবদাতিকা! নপুক্লিংদা অকি-অথং তৌবদোনা নমায় অদু উরে। করিদোরে হায়ুদো।

চেটী—মবেম্মা! ননাইশিংদি অপরাধ অমা হেক্তা ইরাই লায়না তৌগল্লি। করিগুম্বা অপরাধ অমা তৌরম্মগনি।

সীতা—নত্তেদা, নত্তেদা, মহাক্না নোক্কে হায়নস্থু তৌরিমাল্লে।

অবদাতিকা—(চঙ্‌শিন্নগা) মবেম্মগী জয়! মবেম্মা! ননাই ঐনা দোষ করিস্থু লঙ্‌জখিদে।

সীতা—কনানা নঙোন্দা হৎলম্বগে! অবদাতিকা! নখুৎ ওইনা পায়রক্লিবঙ্গ করিনো?

অবদাতিকা—মবেম্মা! মসিদি উকুক্ষিনি।

সীতা—উকুক্ষি করিগী পুরক্লিবা?

অবদাতিকা—মবেম্মা! তাবিসি। নেপথ্য ঙাক্পী আর্য্যা রেবাদা রঙ্গালয়গী থবক্ পাঙ্থোক্লবা মতুংদা ঐনা অশোকপাম্বীগী অনৌব মতোন্ অমথক্ নিজরম্মী। মহাক্নদি মদু ঐঙোন্দা পীবিরম্দে। অদুনা মহাক্না দোষ লঙ্জবনি; মরম্ অসিদগী ঐনা মসি পুরক্পনি।

সীতা—নংদি পাপ লঙ্জরেদনা। চৎলু, পীরুচো।

অবদাতিকা—মবেম্মা! লঙ্নগে হায়দুনা ঐনা মসি লৌরক্পদনি।

সীতা—অঙাওবি! অসুম্ তৌবতনা দোষ হেল্লবনি। অমুক পীরুচো চৎলু, পীরুচো।

অবদাতিকা—মবেম্মগী স্নায়াথং ইজরে। (চৎকে তৌবা

সীতা—কনা লৈ অসিদা লাউদো।

অবদাতিকা—মবেম্মা! লাক্চরে ঐ।

সীতা—ইবেম্শা! হায়ুদো, মসি ঐঙোন্দা পক্চগদ্রা?

অবদাতিকা—মবেম্মা! মশক্ ফজবদদি ঙম্নমক্ পক্পনি, মবেম্মা থোম্বিসি।

সীতা—অদু ওইরবদি পুরকউ। (লৌরগা শেৎপা) ইবেম্শা! য়েংঙু, ঐঙোন্দসু পক্পরনে?

অবদাতিকা—ইবেম্মদা থাজ্ঞৈশেংনা ফজথরে। উকুক্ষি ইবেম্মদা সনাগী নম্থাংদৌনা থোক্লে।

সীতা—ও! নংদি করিসু হায়দেনা?

চেটী—মা ঙাঙ্দুনা করি কাম্বনি? তু কাপ্-কাপ্মুক্ চুংলিবসিনা অতুবক্ তারে। (হরাওনা উৎপা)

সীতা—কনানো ? মিংশেন্ পুরকুউ য়েংসি।

চেটী—দেবীগী সনায়াথং। (মপাল্ থোক্লগা অমুক্ চঙ্লক্পা) মবেম্মা মিংশেন্ নৈজরে।

সীতা—(চেটীগী মমায়দা য়েংলগা) মিংশেন্ থম্খো হৌজিক। নং করিগুম্ব থৱ হায়নিংমাল্লে।

চেটী - মবেম্মা! অসুম্ তারম্মী - আর্য্য বালাকি কঞ্চুকীনা তাক্পি—'অভিষেক' 'অভিষেক'-নচিংবা।

সীতা—রাজ্যদা কনাগুম্ব অমনা রাজা ওইগদবা ওইরম্গনি।

(অতে চেটী অমা চঙ্লক্পা)

চেটী—মবেম্মা! অক্লব পাউ! অক্লব পাউ!

সীতা—করি করি খঙ্হুনা অসুম্ হায়রিবনো?

চেটী—মহারাজ-কুমারগী অভিষেক তৌদৌরি।

সীতা—মপাবুং মহারাজদি মঙ্গল ওইবিরিদনা?

চেটী -মহারাজমক্না অভিষেক তৌবিরি।

সীতা—মচুমক্ ওইরবদি, অনিশুব নুঙাই-পাউ তাবেদনা! হৌজিক্ নঙ্গী কিগাও লাওনা য়াউদো!

চেটী—মবেম্মগী য়ায়াথং (কিগাও য়াবা)

সীতা—(অলঙ্কার পুম্নমক্ লোথোক্লগা দান তৌরম্মী)

চেটী—মবেম্মা! ঢোল্ মখোন্গুম্ তায়।

সীতা—ওইরমাল্লে।

চেটী—ঢোল্ মখোন্ হৌজিক্না তারম্মগা খংল্লেপ্ লেপ্খ্রে।

সীতা—অভিষেক তৌবদা করিগুম্ব বিঘ্নি লাক্লবরা? নত্রগা, য়াকোকুংদদি থোথোক্ কয়া কয়া থোক্লিবনিদো।

চেটী—মবেম্মা! ননাইনা অসুম্ তাজরম্মী—কুমারবু অভিষেক তৌরম্মগা মহারাজ বন্দা লেঙ্গনি।

সীতা--মতুমক্ ওইরবদি, মতুদি অভিষেকী জল নত্তরে, খাদৈশেংব পি-চাম্থোক্লব জল তারে।

( মতুংদা রাম চঙ্লকপা )

রাম—করাত ওক্লবা।

হয়াও-পুং হেক্তা য়েবদা গুরুজন থুংলবদা

কায়ম্মী ঐ সিংহাসন্দা।

খাজত্তনা লেংবান্দা ঘট মচিন্ লুক্থনা।

ঈশিং হৈগে তৌবদা কৌখিরগা রাজানা॥

ঐ-বিদায় তৌবদা ইওক্ ওক্খি প্রজানা॥

*ধৈর্য্য ঐগী উবদা মপা-য়াথং ঙাক্পদা।

ওক্কম্ করি থোক্লিবা! হাহাঃ! ওম্বোক্পনিদা॥ ৫

"ইবুঙো! হৌজিক্-বিশ্রাম্ তৌরুখো"—অসি হায়দুনা শ্রীযুৎনা স্বয়ং ঐঙোন্দা সনায়াথং তাক্পিরক্পদা ঐগী মনঃ অসি ভার পুগদবদগী নাম্বোক্পদা হয়াওবনা ফুং কায়ম্মী। লাইবক্ ফবনা ঐহাক্ রাম অদুমক্ ওইনা লৈরি, মহারাজসু মহারাজ অদুমক ওইবিরি। অচ্ছা, হৌজিক্ অমুক্তং মৈথিলীগা উনরুগে।

অবদাতিকা—মবেম্মা! মহারাজ-কুমার লেঙ্লক্লে! উকুক্বিদি লোথোক্লিনা।

রাম—মৈথিলি! ফল্লিবরা?

সীতা—তাক্পিসি, আর্য্যপুত্র! আর্য্যপুত্রগী জয়।

রাম—মৈথিলি। ফম্মু ফম্মু। (ফম্বা)

সীতা—আর্য্যপুত্রগী য়াথং (ফম্বা)

অবদাতিকা—মবেম্মা! মহারাজকুমারদি কিজেৎনম্থাং অদুমক্ থোক্লি। অদুবু মসি মিথ্যা ওইরগাল্লে।

---

* পেল্লিল।

সীতা—অদুগুম্ব মীদি ওইদব্ব্া ঙাঙ্দে! অদুবু ম্না-কোন্নুংদদি থৌ· থোক্ কয়া কয়া থোক্লেদো।

রাম—মৈথিলি! করিনো হায়নরিব পুম্নমক্কি?

সীতা—করিসু নত্তে। অদুবু নুপীমচা অসিনা হায়রি—'অভিষেক' 'অভিষেক'-নচিংবা।

রাম—নংনা খংনিংলিবদু ঐ খঙ্লে। অভিষেকমক্কিদনা। অদুবু তাখো। ওসি মহারাজনা—বসিষ্ঠ, সুমন্ত্র অমসুং প্রজাপুম্বগী মযাঙ্দা অমরোম্বদা কোশলরাজ্য পুন্নপ্পা তিম্বগী মমাঙ্দা অঙাঙ্ ওইরিঙৈদগী হৈনরক্লব মতম্বাক্তা ঐবু পম্বিরগা মুংশিৰ থোন্না ইমাগী মিং পন্দুনা স্নায়াখং তাক্পিরম্মী—"পুত্ররাম! রাজ্যভার অসি লৌ।"

সীতা—মতম্ অদুদা আর্য্যপুত্রনা করি হায়বিরম্বগে?

রাম—মৈথিলি! করে অদুদি, নংদি করি খল্লি?

সীতা—ননাইনা খম্বদি—আর্য্যপুত্রনা মতম্ অদুদা করিসু হায়দনা স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা মহারাজগী স্নাচরন্দা তুবিরম্মীনি।

রাম—অশেংবমক্ মদুনি। স্বভাব মান্নব মতৈ মনাও বিধাতানা শীম্বদা রান্না অতাও বনি। মকম্ অদুমক্তদা ঐ খুয়াখাদা তারম্মী।

মথক্তনা ইপাগী
মখাদনা ইশাগী
পিনা মতম্ মান্নবা
ইকোক্ মখোঙ্ চোংলিদো॥ ৬

সীতা—মথংদা, মথংদা?

রাম—মতুংদা, পাবুং মহারাজগী য়াথং অদু ঐনা লৌরমুত্রবদা মহাক্না অহনগা ওইবনে শোয়দনা শিবা তারে—হায়না রাশক্লুনা ঐবু য়াহল্লম্মী।

৬। Iambic tetrametre catalectic.

সীতা—মতুংদা, মতুংদা ?

রাম—মতুংদা, মতম্ অদুদা—

শত্রুগ্ন লক্ষ্মণনা যোৎ চক্ষু পায়দুনা
অকপ্প নিংথৌনা রাজছত্র পায়দুনা
অভিষেক হেক্ হৌবদা।
থুনা মন্থরানা নিংথৌদা তুমিন্না
করিনো অমা হায়বদা
ওইদ্রে নিংথৌ খুদক্তা॥ ৭

সীতা—য়াম্মা ফনা থোক্লে ঐঙোন্দদি। মহারাজ মহারাজ অদুমক্ ওইরে, আর্য্যপুত্র আর্য্যপুত্র অদুমক্ লৈরে।

রাম--মৈথিলি ! নং অলঙ্কার লৌথোক্লিবা করিগীনো ?

সীতা—ঐদি সিবু সিত্রিনা ?

রাম—মদু ওইরিরোই। নংনা হৌজিক্তক্ অলঙ্কার লৌথোক্লুনা থম্খিবা ওইরিনি। করিনা—

লৌথোক্পনা থুনা লীকোন্ নাকোং মখাদু পৈরিদো।
লৌথোক্লুবদগী লৈতেং ঙাংলি নঙ্গী খুবাক্ অদো॥
লীকোন্ লৈতেং অসুক্ য়াম্বা নশাদুদা শিরম্বগী।
দাগ্ শিংদো কৃত্তুনা লৈরি হৌজিক্সু মায়ত্রীদনা॥ ৮

সীতা—আর্য্যপুত্র ! মিথ্যাবুসু সত্যগুম্না হায়বিরিদনা।

রাম—মরম্ অদুনা নং অলঙ্কার সিজিন্নু। ঐ মিংশেন্ পায়গে। (মতম্ তৌরগা অমসুং মুন্না য়েংলগা) ঙাইথো।

উকুগুম্বসি মিংশেন্দা করিনো সুমিৎ মশেন্না ?
ফাগীনি খঙ্লে নোক্পদা নত্রে নিয়ম ঙাক্পরা ? ৯
অবদাতিকা ! মসি করিনো ?

অবদাতিকা—মবুঙো ! পুন্নমক্ অসি ফজগত্রা ফজরোইত্রা য়েক্লে হায়দুনা মবেম্মনা মুঙাইবদগী থোম্বিবদনি।

---

৮। স্বভাবোক্তিনি; অলঙ্কারয়োজিং য়েংও।

রাম—মৈথিলি ! করিনো অসিদি ! ইক্ষ্বাকুবংশ নিংথৌশিংনা অহল্ ওইরগা শেৎনব আভরণ নংনা শেৎলে। ঐসু শেৎনিঙিঙ। পরক্উদো।

সীতা—নত্তে, নত্তে, আর্য্যপুত্র ! অমঙ্গলবাণী তাক্পিগনু।

রাম—মৈথিলি ! করিগীদমক্ থিংলিবনো ?

সীতা—আর্য্যপুত্রগী অভিষেক তৌখিদ্রবনিনা ঐগী অমঙ্গল ওইরমাল্লে খল্লরে।

রাম—শঙ্কা তৌগনু থোইদোক্লা করিসু, ফাগি তৌবদা।
ঐগী আৰ্দ্ধঙ্গ নংমক্লা শেৎলম্মবনি হান্নবা ॥ ১০
(নেপথ্যদা) হাই হাই ! মহারাজ !

সীতা—আর্য্যপুত্র ! করিনো ? করিনো ?

রাম—(তারগা)

নুপীনিপা কপ্লাউবনা সীমা রাংমা লান্বনিনা।
য়ৈশিল্লমাল্লে মরূদা মপু ঐনি হান্নবা লাইনা ॥ ১১
করিগী শব্দনো থুনা খঙ্‌চৌ।

(চঙ্‌লগা)

কঞ্চুকী—কুমার ! কম্বিয়ু, কম্বিয়ু।

রাম—আর্য্য ! কনাবুনো কন্গদৌরিবা ?

কঞ্চুকী—মহারাজবু।

রাম—মহারাজবু ! আর্য্য ! অদুনদি হায়ক্ম্ থোক্লে হকচাং অমত্তবু হান্নবদি পৃথিবী পুম্নবু পুল্লপা কম্বা তারেদনা। অচ্ছা, কদোম্-দগীনো বিপদ অসি লাক্লিবা ?

কঞ্চুকী—*স্বজন-দগী।

রাম—স্বজন-দগী ! হাহা ! অতু ওইববদি প্রতীকার লৈত্তে।

* মমা-মপা, মচিন্-মনাও-নাচিংবা—স্বজন।

ফূবনি বৈরীনা হকচাংদা।
স্বজন্না অদুগা মর্ষদা॥
কনানো স্বজন হায়বদো।
ইকাইবা পীরিবা ঐঙোন্দা॥ ১২

কঞ্চুকী—মাননীয়া কৈকয়ীগী মরম্দা।

রাম—করি হায়বিরিবা! ইমা কৈকয়ীগী মরমদা! অদু ওইরবদি শোয়দনা হিরম্ অসিগী তুংদা করিগুম্ব শুভফল অমা ওইরগনি!

কঞ্চুকী—করম্না!

রাম—তাবিয়ু:—

ইন্দ্রমাম্নব মবুঙো মচা ঐগুম্বা নৈরিবী।
থবক্ তম্থিব তৌদগে মহাক্না করি পাম্বদৈ॥ ১৩

কঞ্চুকী—কুমার! স্বভাব কত্তবী নুপীগী বুদ্ধিদা মবুঙোগী পুকচেল্ তিংথোকপিগনু। মহাক্মকী খুজিন্দগী মবুঙোগী অভিষেক বন্ধ ওইগ্রিবনি।

রাম—আর্য্য! মদুদা অকবদুম্ ওইদে।

কঞ্চুকী—করম্ তৌনা!

রাম—তাবিয়ু—

বন্দা চৎপা থিংলেদনা মহারাজগী মসিনা।
ইপাগী ঐস্নু মথাদা লৈরে অঙাং অদুম্ ওইনা॥
মিংথৌ অনৌব শিঙগী লৈত্রে শঙ্কা প্রজাশিঙ্গী।
রাজসুখ ভোগ তৌবা কায়ত্রেদনা ইনাওশিঙ্গী॥ ১৪

কঞ্চুকী—অদুদি কৌরুবস্নু লৈতনা মহাক্না লাক্লগা "ভরতপু রাজা অভিষেক তৌ" হায়রম্মী। মসিস্নু অপাম্বা লৈতবগী লক্ষণনা!

রাম—আর্য্য! ঐ[illegible] মিচং ওইবিবদগী মহাশয়না পোৎকা অচুম্ব তত্ত্ব খঙ্বি[illegible]। [illegible]রনা—

রাশকপ্রব মনুকৎরাজ্য
মচাগীদমক্ নিবদা
অপাম্বা করিগী ওইরিবা !
রাজ্য মুম্নবৈ ইনাওগী
থৌরাং তৌরিবা ঐহাকী
অপাম্ব উৎপা ওইরোইদবা ! ১৫

কঞ্চুকী—অদুদগী

রাম—অসিগী মতুংদা ঐনা অমুক্ ইমাবু অরেম্বদা নিন্দা তৌবা তানিংদে। মহাশয়না হৌজিক্ পাবুং মহারাজগী ঈ-পাউদুম্ হায়রিয়ু।

কঞ্চুকী—মতুংদা মতম্ অদুদা—

রাবনগী রা ঙাও্দনা খ্রিদাইরম্মী ইঙ্গিত্তনা।
খল্লমাল্লে কৈনো অমা রাম্ভখি তুংদা নিংথৌনা ॥ ১৬

রাম—করি হায়বা ! মহারাজ রাম্ভপ্রবা !

( নেপথ্যদা )

'করি করি হায়বা ! রাম্ভপ্রবা !' রা অসি করিগী হায়বিরিবা ! রাজাগী মূর্চ্ছা থাওবমক ঙম্দ্রবদি লীরুং পায়থৎপিয়ু, দয়া-ময়া তৌবিয়ু।

রাম—( তায়গা মাঙ্দা থেংনুনা)

পুকচেল্ ঈঙ্বগী সমুদ্র
শাউহল্লোইদব লক্ষমণ্
শাউহল্লিবা কনাননো ? (ক)

পীক্থন্না লৈরে মাঙ্মক্তা মানা শাউ'দৈ মীঙাক্তা ॥ ১৭

লক্ষমণ—( শাওনা ) 'করি ! রাম্ভপ্রে হায়বা !'

নিংথৌ রাম্ভব থাঙ্বা ঙমত্রবদি লীরুং পায়য়ু লৈত্তে দয়া।
পুকচেল্ থোৎপ অজব্ চাথিবনু নক্কৎলি অদুম্ তৌমুনা ॥

---

১৫। গৌরীছন্দ। (ক) গায়ত্রীছন্দ।

য়াথং পীবিয়ু ঐবু পামৈত্রবদি লেপ্লে ঐদি পৃথ্বী অসি।
ঐখোয়মক্পুস্থ নম্থুরে *যুবতি শূক্লে লৈতবা শেয়াগে ॥ ১৮

সীতা—আর্য্যপুত্র! কপ্প-লাউনরিঙৈসিদা সৌমিত্রি লক্ষ্মণনা লীরুং পায়বিরি! উজখিত্রিনা মহাক্কী উৎসাহ'সিদি!

রাম—† সুমিত্রামমা! করিনো মচুদি!

লক্ষ্মণ—করি! করি তাক্পিরিবা? মসি করিনো!
মুনখ্রে মথং কায়দন রাজ্য ফংজবা।
চেপ্‌খ্রে ভুমি শয্যাদা রাবনা নিংথৌ ॥
চিংনরি হৌজিক্কাও করিগী।
তাক্পিবরা থৌশাদবরা? ১৯

রাম—সুমিত্রামমা! ঐহাকা রাজ্য ফংদ্রে হায়বনা নঙোন্দা উৎসাহ পোক্হল্লে। আঃ ওস্থোরা পঙ্‌খ্রেদা!
ভরত্না ওইবগা নিংথৌ অম্মানি ঐন ওইবগা।
তাকৃউ অনৌব রাজাবু লীরুক্পী গর্ব্ব লৈরব্দি ॥ ২০

লক্ষ্মণ—ঐদি অশাওবা ফাজিদ্রা তমদ্রে। ফরে, ফরে, ঐ হৌজিক্ চচ্চরগে। ( চৎখিবা )

রাম—চাক্হন্নবে নিয়তিগুম্মি মরোল্ অহুম্মক্।
লক্ষ্মণগী লাইবক্কী অশূক্‌পা পীশূমদো ॥ ২১
সুমিত্রামমা! অসোমদা লাউদো য়েঙ্গে।

লক্ষ্মণ—আর্য্য! অসিদা লৈরক্রে ঐ।

রাম—মহাক্কী নপুক্লিং ঈংহন্নবগীদমক্ ঐনা অসুম্‌ হায়বনি। হৌজিক্ হায়যুদো—
সত্য তাক্কবে ঐঙোন্দা লীরুং পায়গদ্রা ইপাদা?
কাপ্‌কদ্রা তেন্ মশামক্কী মরম লৌজবী ইমাদা?
হাংকদ্রা ইনাও ভরতপু করিস্থ দোষ তৌজদবা?
কবম্বনা নঙ্গী শাউব ফহল্লি পাতক অহুম্‌দা? ২২

* লৈশাবী। ১৮। শার্দ্দূল বিক্রীড়িত ছন্দ
† সুমিত্রানা মমা ওইবা হায়বদি লক্ষ্মণ; বহুব্রীহি সমাস।

লক্ষ্মণ—(মপিতানা) ওন্থোক্পনি। তোল্লিদা! খঙ্বিদনা ঐঙোন্দা চৈবিরিবা!

রাখৈন্দনি মহা রাবা পাম্জদে ঐদি রাজ্যদি।

চহি তরামরী বন্দা নহাক্না লৈব তাবনি॥ ২৩

রাম—মরম্ অসিমক্তদগী পাবুং মহারাজগী মূর্চ্ছা ওইখিবনি। হাই হাই! মসিনা মহাক্কী মশা খুদুম চন্দবা উৎলেদনা! মৈথিলি! মানা পুরক্পা মঙ্গল্গী পুরক্উ উকুদো'সিদা।

তোগে নিংথৌ অতৈতৈনা তোনখিত্রিব ধর্ম্মদো॥ ২৪

সীতা—আর্য্যপুত্র! লৌবিসি।

রাম—মৈথিলি। করি তোগে খল্লি নংদি?

সীতা—ননাইদি আর্য্যপুত্রগী সহধর্ম্মী নিদনা!

রাম—ঐ ইথন্ত বন্দা চৎকদবনি।

সীতা—মরম্ অদুদগী ঐন্থু লেপ্পা তুং ইঙ্গনি।

রাম—বন্দা লৈগদৌরিবসিদি

সীতা—মদুমক ঐগী ম্নাকোম্নুংনি।

রাম—মনেম্মকুগী সেবাস্থ নঙ্গী তৌফম্ থোক্পনি।

সীতা—সেবা'দুগীদমক্ গুরুজনশিংদা প্রণাম তৌজরি।

রাম—আর্য্য! মহাক্পু খাম্জিল্লু।

লক্ষ্মণ—আর্য্য। থাগৎকম ওইব তাঙ্গা অসিদা মহাক্পু খাম্জিনগে নিংজদরে ঐদি। করিদগী—

রাহু-উম্ব খাজগী তুংইল্লি থরাম্নিচান্না।

পামেন তুবদা মঙল্লি লৈমাইথক্তা উরীনা॥

লৈখোম্ পুখব শামুব্ খাদোক্তেদো অমোম্না।

ইঙ্গন্থ তোম্ন ধর্মদুম্ পতি-ভূনি নুপীগী॥ ২৫

---

২৫। দৃষ্টান্ত অলঙ্কারনি; য়েঙ্ অলঙ্কার জ্যোতিঃ। কনানা হায়—অহাব পদ অহুম্গী বিশেষ অহুম্না মরিগুবা পদগী সামান্ত সমর্থন তোরে অহুনা অর্থান্তর স্থাসনি। কনা অমনা—মরিশুব পদগী অহাম্ব ভঙ্খাইথী মরম্ পদ অহুমগী রাহৈ-শিংনা ওইরে; কাব্যলিঙ্গনি—অতৈনা হায়—সম অলঙ্কারনি "যোগ্যবস্তুশিঙ্গী অমুরূপ ওইনা (সিমিলারলি) থাগৎপা সম অলঙ্কারনি" (সাহিত্য দর্পণ—১০)

চেটী মবেন্মগী জয়। নেপথ্য শেন্নবী আর্য্যা রেবানা প্রণাম তৌদুনা হঙ্গচ্চরক্ ই - অবদাতিকানা সঙ্গীত শালাদগী উকুফি নম্‌দুনা লোন্না পুখিবদু কন অমগুনা শেৎনত্রিবনি। মদু দরকার লৈবদা শিজ্জীন্নবিবা য়াগনি।

রাম—ভদ্রে। পুরক্ উ। মহাক্তি মথরাই পেন্না লৈরিবনি। ঐসু অদুনা লৌগে হায়রিবসিনি।

চেটী—দেব! লৌবিসি। (মদুম্ তৌরগা থোকখিবা)

( রান্না লৌরগা শেৎলম্মী )

লক্ষ্মণ—আর্য্য! চারিয়ু।

কি-লৈতেং-পরেং পুম্বগী তথাইপীরগা ঐঙোন্দা।
উকুফি-শেৎপা নতোমতা কল্লক্ পনবা ঙক্ ইদা॥ ২৬

রাম—মৈথিলি! মহাক্ পু খাম্ জিল্লুদো।

সীতা—সৌমিত্রি! তৌগনু।

লক্ষ্মণ—আর্য্য!

তৌনিংলবরা গুরুগী পদ সেবা নতোম্‌তনা।
নহাক্কী ওইয়ু য়েথংবা ঐহাক্কী ওইনি ওইথংবা॥ ২৭

সীতা—আর্য্যপুত্র! দয়া তৌবিসি। সৌমিত্রি মথরাই য়ারে।

রাম—সৌমিত্রি! তাও! উকুফি হায়সিদি—

তপ ।-লান্‌গী লান্‌ফিমি নিয়ম-শামুগী কাতিনি।
ইন্দ্রি শগোনগী য়াচমি ধর্মবথ্ গী শাখৌবনি॥ ২৮

লৌয়োসে।

লক্ষ্মণ—কৃপা তৌবিরে। ( শেৎলগা )

রাম নাগরিকশিংনা যন চৎপগী য়া তাবদা য়াজপথ ফুজিন্‌থরে। মখোয়বু তাম্মোক উ, তাম্মোক্ উ।

লক্ষ্মণ—আর্য্য! ঐ মাঙ্ থাবগে। হম্মোক্‌পিয়ু, হম্মোক্‌পিয়ু।

---

২৮। পরম্পরিত মালা রূপক।

রাম—মৈথিলি! মায়থুম্‌কি হাংদোক্‌উ।

সীতা—আর্য্যপুত্ত্রগী য়াথং ইগুরি। (মায়থুমর্ক হাংদোকপা)

রাম—নাগরিক পুম্নমক্ তাবিয়্, তাবীয়্ :—

মীত্তা ঊরা চেম্না পেন্না য়েংবিয়ু ঐহাকী
ভার্য্যাবু; যজ্ঞ তৌবদা, বিবাহদা, বন্দা
বিপদ তাবদা দোষ লৈতে নুপী য়েংবা॥ ২৯

(চঙ্‌লগা)

কঞ্চুকী—কুমার! মবুঙো লেঙ্‌বিগন্নু, মবুঙো লেঙ্‌বিগন্নু।
অসোম্‌দা মহারাজ—

পাউ তাবদা বন্দা চৎপগী নঙ্গা নুপীগা।
তুংইব লেপ্প মযাম্ব নাঙ্‌ব লক্ষ্মণগা।
লৈমাইথক্তে হৌগন্তু্না উফুল্ রাইফুন্ তৈনা।
বনগী ফমুব শামুগুম্ লাক্রে রাজানা॥ ৩০

লক্ষ্মণ—আর্য্য। য়েঙ্গগে করি ঐখোয়বু উকু শেংপ বনবাসি।

রাম—ঐখোয়না চৎগ্রগা নিংথৌ য়েংবিকৌ ঐখোয় লৈকম্‌সি॥ ৩১

(ওয়মক্ থোক্‌খিবা)

ইতি অহাম্ব অঙ্ক।

২৯। অর্থান্তর ন্যাস।

# অনিশুব অঙ্ক

## মিশ্র বিষ্কম্ভক ( মিক্সড্ ইণ্টার্ল্যুড্ )

(কঞ্চুকী চঙ লক্পা)

কঞ্চুকী--প্রতিহারী কনা কনা লৈবগে ? নঙ্গী নঙ্গী নফম্দা চেক্‌শিন্না লৈবিয়ু।

প্রতিহারী—(চঙ্লগা) আর্য্য ! করিগী ওইরবনো ?

কঞ্চুকী—ঐখোয়গী সত্য-বচন ঙাক্পদা লেপ্লব মহারাজ রাম্বু, বন-চৎপদগী থিংবা ঙম্দ্রবুনা মচা কায়নব অরাব মৈনা হৃদি চাক্লুনা অঙাওবগুম্না চোইরোন্ য়াম্না শোন্দুনা *সমুদ্রগৃহকদা চেপ্লি—

প্রলয়গী মতম্দা লেঙ্বগুম্ মেরুনা,
ওয় থক ঙমদব কংবগুম্ সাগরনা,
মকোয়ত মড়ব তাবগুম্ সূর্য্যনা,
নিংথৌগী দেহ-মন পথরে রাবনা ॥ ১

প্রতিহারী—হাই হাই ! মহারাজগী দশা অদু থোক্লবা !

কঞ্চুকী—ভদ্রে ! চৎলো নং ।

প্রতিহারী—আর্য্য ! কগনি । ( থোক্খিবা )

কঞ্চুকী—( কোইরেং রেংলগা ) ওয়্ঙোক্পনিদা ! রামচন্দ্রনা বন্দা লেঙ্খিবা মুমিত্তগী হৌড়না অযোধ্যা অসি শূন্যদোনা উরে। করিনা—

ঈরা শিদ্রে চিঙাক্ চাদ্রে ।
লাঙ্গোই-য়াঙ্গোই হে হে থোংদ্রে ॥

পুরবাসি পুন্নমক্লা নূপী-অঙাং-অহল্ য়াওনা,
কপ্লি হৌনা চাদ্রে ঙাঙ্দ্রে লাংঙে মায়থোং হইদ্রে তুকথৈ ।
নূপীগা লক্ষমণ্গা য়াওনা রাম্না চৎপা মাইকৈ য়েংঙি ॥ ২

---

* সমুদ্রগৃহক=ঈশিং মরাম্দা শাব কালেন্দা লৈনব য়ুম। শন্দ অসি বম্ব ব্‌কবদত্তাগী ‍৫ শুবদম্ব রাওখিবনি। অশেম্ব শেক্কী ময়ংয়গী অতোংব লম। অহুনা অংশম্ব লেক্লা কোয়শিন্ন অঈংব য়ুম্। নত্রগা অশেম্ব ঈশিং পেয়ে রাওব কা অমা।

১। মালোপমা অলঙ্কার। ২। স্বভাবোক্তি ; অলংকার জ্যোতিঃ রেড্ড।

অত্তুদি, ঐহাক্সু মহারাজগী মানাওঁ চৎলুখিগে। (কোমচচ্চৎলগা য়েংহুনা) হাহা! মহাদেবী (কৌশল্যা) অমসুং সুমিত্রানা মচা কায়নব-থাঙ্‌ব-ওমদব-অবাবা নম্‌থহুনা মশা-মশামক্‌পু থেম্‌জিনরি; অত্তুগা মখোয় অনিনা মহারাজবু সেবা তৌহুনা লৈরি। ওঙ্গোক্‌-পনি! য়াম্নমক্ অবাব অবস্থানি! অসোম্‌দা মহারাজনা—

হাহা হায়না হোনা        তেংথাই হন্না হন্না

তুথৈ হৌগৎ হৌগৎলগা।

অত্তুগা য়েংলি মাইকৈদা রঘুমণিনা চৎখিবা ॥ ৩

(থোক্‌খিবা)

## ॥ মিশ্র বিষ্কম্ভক ॥

( মতুংদা হায়খিব মতুংইন্না দেবী অনিগা রাজাগা চঙ্‌লক্‌পা )

রাজা—হা! ইবুঙো! রাম! জগৎকী মমিৎ পেল্‌হেব!

হা! ইবুঙো! লক্ষ্মণ! অকব-লক্ষণতিব!

হা! সতি! মৈথিলি! পতিদা পুক্সিংথম্বি!

হাহা! চৎথ্রেদনা বন্দা ঐগী ইচাশিং ॥ ৪

ক্ষ্যাত গুরুবনো। ভ্রাতৃস্নেহদগী পিতৃস্নেহ থাদোক্লবমক্স লক্ষ্মণন্থবু উনিঙি। ইমৌ! বৈদেহি!

াদোক্‌পির’সু রাম্মক্না নিন্দা লক্ষ্মন তৌর’সু।

াদোক্‌পদৈ নহাক্সক্না থীরে মিংচৎ জগৎ’সিদা ॥ ৫

া ইবুঙো রাম! ইবুঙো লক্ষ্মণ! হা ইমৌ বৈদেহি! ইচাশা! ঐনা কৌরিবসি থুম্মু! কনা অমত্তা লৈত্রবরা! কন্না অমত্তনসু ুম্‌ত্রেদনা! [১]কৌশল্যামমা! নং কদায়দা লৈবগে?

সত্য ওাক্‌প! শাউব-লাক্‌প। কল্পতরু! জগৎনা চাব!

গুরুসেবা থরাই য়াওব! ঐনা কৌবসি থুম্মুগবা। ॥ ৬

(১) কৌশল্যানা মমা ওইবা হাধবদি রাম—বহুব্রীহি সমাস।

হা ! কদায়দনো জগৎকী থমোই-মিৎ পেল্‌হৈয় রামদো ! কদায়দনো ঐগী য়াথং য়াম্না ইষ। কদায়দা লৈগ্রবনো থবাই-রাববু থৌজাখিব ? কদায়দনো রাজ-ঐশ্বর্য্যবু নাপীগুম্ লংশেকপ রামদো ! ইবুঙো রাম ! হমুব ইপাবু থাদোক্ত্‌না মতিক্-মপা-চাদব ধর্মগুনা নঙ্গী করি ওইজবা পাংথোকদগে ? হাই হাই ! তোল্লিদা ! কয়াত রাগ্রবনো !

রাম মাথ্রে সুমিৎকুম্,
লক্ষময়সু সুমিৎইষ সুংথিন্‌গুম্,
হুংথিরুমিৎ তাবদা, মাথয়ে সীতা ছায়াগুম্॥ ৭

( মথক্তা য়েংথৎলগা ) হে পাপচেয় লাইবক্ !

ঐহাক্পু ইচাপোক্তবা রাম্বু অতৈ নিংথৌমচা।
কৈকেয়ীবু বন্‌গী কৈ'মোম্ শেয়্মদে করি অহুম্‌সি ॥ ৮

কৌশল্যা—( কপ্না কপ্না ) হৌজিক্ থবাই য়াম্না চাক্‌পদগী মহারাজগী স্নাপুক্লিং অবাবগী মথা পোল্‌হখিরমু। মতম্‌ শুয়গা মহারাজনা নমৌ-ইবেম্মা অমসুং নজা ইবুঙো অনিবু শোয়দনা উনবিগনি।

রাজা—কনানো নহাক্‌পো ?

কৌশল্যা—হুংশিদব মচা পোক্‌পী ননাইনি।

রাজা—করি। করি। খাইগী থমোই-মিৎ-পেল্‌হৈয় রামগী মমা কৌশল্যা নংলা।

কৌশল্যা—অজ্ঞা মহারাজ, ননাই ঐ লাইবক্‌থীবী অচুমরি।

রাজা—কৌশল্যা! নং থাঙ্গৈশেংব সারবতীনি ; নংনা রামবু গর্ভদা পুখিরম্মী।

য়াম্-থাঙ্‌গুম্‌দব মৈগুম্ব ঐহাক্কা অবাববু।
মাঙ্‌বনা শক্তি ইন্দ্রিগী থাঙ্‌ব-নঙ্কাৎপ ঙম্‌দয়ে॥ ৯

---

৭। আর্য্যা ; মূলদসু আর্য্যা ছন্দনি। ৮। কাকু বক্রোক্তি।

( সুমিত্রাদা য়েংলগা ) অতৈ অমসিনা কনানো ?

কৌশল্যা—মহারাজ ! ইচা লক্ষ্মণ—(তথ্বাই হায়রগা )

রাজা—( খঙহৌ হোৌগৎলগা ) কদায়নো ! কদায়নো ! লক্ষ্মণবু উদেনা ! রাখরেদা ।

( দেবী অনিনা থুনা হৌগৎলগা রাজাবু শেন্নবা )

কৌশল্যা—মহারাজ ! ইচা লক্ষ্মণগী মমা সুমিত্রানি হায়গে তৌবনি ননাই ঐনা ।

রাজা—ইবেম্মা সুমিত্রা !

নঙ্গী নচা সৎপুত্রনি দিবানিশি বন্দা মানা ।
রাঘব রামচন্দ্রগী মতুং ইল্লি ছায়াগুম্মা ॥ ১০

( চঙলগা )

কঞ্চুকী—মহারাজগী জয় ! মাননীয় সুমন্ত্র থুঙরে ।

রাজা—( খঙহৌ হোৌগৎলগা হয়াওবা ) রামগরা ?

কঞ্চুকী--য়াওদে । রথ পুরক্তুনা ।

রাজা—করি ! করি ! রথতরা ! ( মূর্চ্ছা ওইদুনা তুবা )

দেবী অনি—মহারাজ ! তপ্থবিয়ু তপ্থবিয়ু ।

( য়া হক্চাংদা খুৎনা নাল্লম্মী )

কঞ্চুকী—হাহা ! অরাবনিদা ! অফাওব পুরুষ অসিগীসু অসিগুম্ব বিপদ থোক্ইদা—বিধিগী থুজিন্-লাম্বা য়াদে । মহারাজ ! তপ্থবিয়ু ! তপ্থবিয়ু ।

রাজা—( খজিক্কং তপ্থরগা ) বালাক ! সুমন্ত্রবু মতোম্তা লাক্পরা ?

কঞ্চুকী—অজ্ঞা, মহারাজ !

রাজা—হাই হাই ! রাখরেদা !

হাঙনা লাক্লবদি রথ কায়রে ঐগী মনোরথ ।
লেপ্না লোৌবা দশরথ যম্না থারক্পনি রথ ॥ ১১

অতুদি, মহাক্পু থুনা চঙহল্লকউ ।

কঞ্চুকী—মহারাজগী য়াম্লাথং। (থোক.খিবা)

রাজা—য়াইকৈ লেপ্না বন্‌দী সুংশিং থম্বাল্-কৌকম্-থক্তা শিংপা।
নীং জল্লা সুঙাইনা শোক্‌পা বন্দা কোয়চচ্ছংপা য়াম্বু॥ ১২
(মতুংদা সুমন্ত্র চঙ্‌লক্‌পা)

সুমন্ত্র—(কোইয়েং য়েংলগা অরাবগা লোয়ননা)

অরাব মৈনা চাক্লব মমাইশিংনা
সুংশিবদৈ রাম্বু মিত্তা পি চেম্বনা,
চিন্তা তৌনা থাত্না মথৌ পূম্ববু,
নিন্দা তৌরি লাউনা কপ্লিব নিংথৌবু॥ ১৩

(মনাক্তা চঙ্‌শিল্লগা) জয় মহারাজগী জয়।

রাজা—য়াব! সুমন্ত্র! কদায় ঐগী ইচা অহন্ রামদি?
মত্তে, লাল্লে, ঐদি অচুম্ব হায়ত্রেনা—
মচা চাব! নচা অহন্ রাম্না কৈদা?
ভক্তি য়াম্লৈবী গুরুদা
বৈদেহী জানকী কৈদা?
সুমিত্রা নন্দম্না কৈদা? (ক)
খ্বাইবু অরাব ঈপাক্তা তাহব করি হায়বগে?
শিগদৌরব ঐঙোন্দা মপা লাইবক্ত্র থীরব॥ (খ) ১৪

সুমন্ত্র—মহারাজ! তাক্‌পিগম্নু, অমঙ্গল ওইব য়্যায়াথং তাক্‌পিগম্নু।
থুনমক্ নজা ইবুঙোথোয়বু উবিগনি।

রাজা—অচুম্বনি, ঐনা হায়রোইদব হায়রে। মসিদি তপস্বিশিঙ্গী
হংকম্ থোক্‌প বাহং নত্তে। অতুদি, হায় ঐঙোন্দা তপস্বিশিঙ্গী
তপ নিংথিজন্না চথব্রিবরা? বৈদেহীনা মনীঙ্ তম্না বন্দা
কোয়চচ্ছংপদা চোক্‌থবা কংদেদনা?

---

(ক) গায়ত্রী ছন্দ।

সুমিত্রা—সুমন্ত্র। উকু মন্নাম্ শেংগী, নহা ওইরবস্থ, মপুংফাবী-শাজংগী অমস্থং মবুঙোগা ধর্ম তৌমিন্নবীনা ঐখোয়দা অদুগা মহারাজদা করিস্থ হায়রক্তরা ?

সুমন্ত্র—পুম্নমক্না মহারাজদা।

রাজা—নত্তে, নত্তে। নাকোঙ্গী রসায়ন অদুগা হৃদি শোক্পগী হিদাক্ ওইব মখোয়গী মমিং পন্দুনা হায়ু।

সুমন্ত্র—স্নায়াথং মতুং ইঙ্গরি মহারাজ। আয়ুষ্মান্ রাম—

রাজা—রাম। রাম-সিদিনা। মহাক্কী নাম তাবদা ঐনা মহাক্পু পায়-দুনা লৈবগুম্ নিঙ্লে। মতুংদা, অদুদগী ?

সুমন্ত্র—আয়ুষ্মান্ লক্ষ্মণ-না—

রাজা—লক্ষ্মণ-সিদিনা। অদুদগী, মথংদা ?

সুমন্ত্র—অয়ুস্মতী সীতা জনক-রাজকুমারীনা—

রাজা—বৈদেহী-সিদিনা। রাম-লক্ষ্মণ-বৈদেহী মথং মনাও কায়।

সুমন্ত্র—অদুদি অচুম্ব ক্রমদি করিনো ?

রাজা—রাম-বৈদেহী-লক্ষ্মণ অস্থুম্ হায়ুদনা।

রাম-লক্ষ্মণ-মরক্তা লৈস্ন মিংদস্থ মৈথিলী।
দোষ-থম্ব বনশিংদা ঙাক্পি শেম্বিব য়াওরনি ॥ ১৫

সুমন্ত্র—মহারাজগী স্নায়াথং। আয়ুষ্মান্ রাম—

রাজা—রাম-সিনিদনা।

সুমন্ত্র—অয়ুস্মতী জনক-রাজকুমারী

রাজা—বৈদেহী-সিনিদনা।

সুমন্ত্র—আয়ুষ্মান্ লক্ষ্মণ—

রাজা—লক্ষ্মণ-সিনিদনা। রাম! বৈদেহি! লক্ষ্মণ! ইচাশা! কোল্লু ঐবু।

শোক্চব রাস্থ অমূক্তং য়েংজব হন্না অমুক্তং
হিঙ্গনি ঐনা খবনি শিদোবগী অমৃতগুম ॥ ১৬

সুমন্ত্র—শৃঙ্গবেরপুরদা রথদগী কুম্থরগা অযোধ্যারোম্দা মমায় ওন্দুনা পূন্নমক্না মহারাজদা মকোক্ নোম্না প্রণাম তৌরগা হায়রম্মী—

করিগুম্ব'মা খল্লগা কুইনা,
লেঙ্লগা চিঘান্ হায়গদগুম্না,
ফুনগৎপদগী হেক্ খৌরি পিনা,
চৎখ্রে বন্দা অদুম্ হায়্রম্দনা ॥ ১৭

রাজা—করি ! করি অমত্তা হায়রম্দনা চৎখ্রবা বন্দা !

( ঋিগুণ কুম্বংনরম্মী )

সুমন্ত্র—( হাথু হাথুনা ) বাল্মাকি ! মন্ত্রী মরামদা থুনা হায়রুদো—মহারাজ প্রতীকার লৈতব দশাদা তারে ।

কঞ্চুকী—কগনি, মদুম্ হায়জরুগে । ( থোক্খিবা )

দেবী অনি—মহারাজ ! তপ্থবিয়ু ! তপ্থবিয়ু ।

রাজা—( খজিত্তং তপ থরগা )

নাল্লু ঐহাক্পু কৌশল্যা উত্রে নহাক্পু মিৎসিনা ।
চৎখ্রব মনঃ রাম্নোম্দা হৌজিক্ কাওবা হল্লক্তরি ॥ ১৮

হা পুত্ররাম ! ঐনা ইতস্ততনা চিন্তা অসি তৌরম্মী—

নহাক্পু নিংথৌ হাপ্তুনা,
অকব নিংথৌ পীদুনা,
পেলহল্লম্গে প্রজাশিংবু ॥ ক

ননাওশিংদা তস্তনা পীয়ু-লম্থুম্ মামনা
হায়রম্মগা অস্তুম্না চৎকে বন্দা ঐহাক্না ॥ খ

অদুবু—মাঙ্হল্লে হাই হাই কৈকেয়ীনা ।
মিকুপ্ অমদা গুমমক্নি ॥ গ ১৯

সুমন্ত্র ! কৈকেয়ীদা হায়রু—

চৎথ্রে রাম নহাক্ পেল্লো থাদৌরে ঐস্থু প্রাণ'সি।
থুংহল্লো পাপ আশাদো পুরক্রো থুনমক্ নচা ॥ ২০

সুমন্ত্র—মহারাজগী সনারাথং ইঙরি!

রাজা—(মথন্তা য়েংথৎলগা) হাহা! রামগী রা তাবদা হৃদি চাক্লব ঐবু থেম্জিন্নবগীদমক্ ঐগী পিতৃশিং লেঙ্লক্লেদনা! কদায়? কনা কনা লৈ অসিদা?

(চঙ্লগা)

কঞ্চুকী—মহারাজগী জয়।

রাজা—জল পুরকৃউ।

কঞ্চুকী—মহারাজগী সনারাথং। (থোক্লগা অমুক্ চঙ্লক্পা) মহারাজগী জয়! জল অসিদা লৈজরে।

রাজা—(আচমন তৌরগা অমসুং য়েংলগা)

ইন্দ্রগী চান্নব বন্ধু দিলীপ্নি অসিনা,
রঘুনি মসিনা, পিতা অজ অসিনা,
করিগীনো লাক্পিরিবা অহুম্ তিন্নদুনা।
মতম্ ওইরে ঐগী লৈমিন্নবগী পুন্না ॥ ২১

(কঞ্চুকীনা যবনিকা চিংথবা)

পুন্নমক্লা—হাই হাই! মহারাজ! (পুন্নমক্ থোক্খিবা)

---

# অহুমশুব অঙ্ক

## প্রবেশক (ইণ্টারল্যুড)

(সুধাকার চঙ্লক্পা)

সুধাকার—(রাইরম্ শিত্তোক্লগা) ফরে, হৌজিক্ ঐনা আর্য্য সন্তবক্কী অজ্ঞা মতুং ইন্না অসিরাইগী থবক্ লোইথোক্লে। অদুনদি ঙহাক্তং তুম্খিগে। (তুম্বা)

( চঙ্লগা )

ভট—( চেটগী মন্দাক্তা চত্না ফূরগা ) হৈ! দাসীগী মচা! করিগী হৌজিক্ থবক্ শূদ্রিবা!

সুধাকার—( হৌগৎলগা ) হৈয়ু, ঐবু হৈয়ু।

ভট—ফূরগা নং করি ভৌগে হায়রিবা?

সুধাকার—লাইবক্থোকনিনা ঐগীদি কার্ত্তবীর্য্যগীদৌনা ইখুৎ লিশিং পান্দে!

ভট—নখুৎ লিশিংনা করি ভৌদৌরিবা?

সুধাকার—নংবু হাৎকে।

ভট—( অদু ওইরবদি ) মিনাইমচাসিদে! লাউদো নংবুদা হেক্ হাৎলগা লোইরে। ( অমুক্ হন্না ফূবা )

সুধাকার—( কপ্পনা ) ইবুঙো! লাক্করে! ঐগী অপরাধ করি লৈদ্রুনা?

ভট—লৈরিরোই হায়! নঙ্গী দোষ লৈরিরোই হায়। ঐনা নঙোন্দা হুকুম পীরম্দাই—মহারাজকুমার রামচন্দ্রনা রাজ্য কংদবগী মৈ-চাক্লা স্বর্গ কাপ্লব মহারাজ দশরথগী [1]প্রতিমাগৃহ য়েংনবগী ওসি কৌশল্যানা লুচিংদুনা লৈমাকোন্গী ইবেম্মশিং ওম্নমক্ অসিদা লেঙলক্কনি। নং হৌজিক্ ফাও অসিদা করি তৌরবগে?

সুধাকার—য়েংবিয়ু ইবুঙো! থুম্ন চঙ্দনবগী জালি হাপ্পা অদু মনুং-লোম্দগী থাংদোক্লে। কক্লাং শুম্ন ভৈরগা চন্দন্না খুদোল্ মণ্ডাগী ছাপা নম্লে। থোঙ্ পুন্নমক্তা লৈপরেং থেচ্চিল্লে। লৈঙোই চাইখাইদুনা শন্দোক্লে। ঐনা ভৌগদবা করি রাৎলিবগে?

ভট—অদু ওইরবদি, নং চৎখিবা য়ারে। ঐম্ন ওম্নমক্ ঠিক্ ঠাক্ ওইরে হায়দুনা মন্ত্রী মহাশয়দা হঙ্গৎলুখিগে। ( অনিমক্ থোক্খিবা )

প্রবেশক লোইরবা

(১) মূর্ত্তি থম্ব য়ুম—ষ্ট্যেচু হাউস্।

(মতুংদা রথ তোংত্থনা ভরত অমসুং সূত চঙ লকপা )

ভরত—( হুংশা থীবগা লোয়ননা ) সূত ! মতম্ কুইনা মামখোয়গীদা নৈরু-
বনা ঐদি সমাচার করিমত্তা খঙ্দ্রে। মহারাজগী সনা-হক্চাং
য়াম্না কম্না ঈরি হায়বসি ঐ তারে। অহুদি হায়ু নং—
[1] পাবুঙ্গী করিনো ল্লায়না ?

সূত— শাথীনা হুদি চাক্পনি।

ভরত—করিদি মাইবশিংনা হায় ?

সূত— লায়ওং খংদে মখোয়নদি। (ক) ১

ভরত—[2] করি হারি, চেপ্পা য়ারিব্রা ?

সূত— [3] হাদরে কান্দ্রে চেপ্পিরে ভূমিদা।

ভরত—[4] আশা নৈত্রা ?

সূত— লাইগী নোংদম্।

ভরত—[5] নীক্লক্লে থৌরো থুনা রথ্ থমোইসে। (খ) ১

সূত—য়াথং ইঙরি আয়ুষ্মন্। ( রথ থৌবা )

ভরত—( রথ বেগ য়েংলগা ) কয়াত য়াঙ্লব রথনো ! পূর্বমক্ অসি—
[6] উপাম্বী চেন্গুম্নে রথগী গতি য়াঙবৈ উদবনা।

ঈশিং পাথোরক্পগুম্না তুরেন্গী,
নৈপাক্লা কালোক্ মথা চঙ্লি য়াঙ্না,
কাংখোং কালোক্ নৈব কম্মম্মরম্না,
শেংনা উত্রে লেঙ্দগুম্নে [7] মশাশিং। (ক) ২
মাঙ্দা তারে শগোম্মখোঙ্-উফূন্,
ইম্না ঙমত্রে'হুবু রথ-মতুং ॥ (খ) ২

সূত—আয়ুষ্মন্! মাঙ্দগী পাম্বৈশিংসি ইরংলংনা তদেক্ তদেক্ই; অহুনা
অযোধ্যা নক্শিম্লক্রমান্নে—

---

১ অনুষ্টুপ, ২ ভুজঙ্গ সঙ্গতা, ৩ স্রগ্বিনী, ৪ প্রতিষ্ঠা ( কৈন্যা ), ৫ শালিনী,
৬ শিখরিনী, ৭ কাংখোদী-মশাশিং। (ক) ২ শালিনী, স্বভাবোক্তি অলংকার।

ভরত—ওম্ষোক্পনিদা। স্বজন উননিংবদগী ঐগী মনঃ কয়াত থুরবা!
মরম্দি হৌজিক্ ঐনা খল্লি—

ইকোক্ নোঞ্জগুম্নে ইপাগী-চরন্দা,
কোন্থৎপিবগুম্নে ঐহাক্পু ইপানা,
থুনা লাক্পগুম্নে ইনাক্তা ইনাওনা,
ইমানা পিনা ঐবু চোংহম্বগুম্নে,
কনানা মতিক চায় মিনাইশিং'মনা ঐ-
বু ৱাংলেনা-নোইরেনা থাগৎপগুম্নে। (ক)
নোঙ্গুম্নে ঐবু ফিজেৎ ৱাঙাং ঐগী
উবদা মচুদা সৌমিত্রি লক্ষ্মণা॥ (খ) ৩

সূত—(মথম্ভদা) হাহা! অৱাবনিদা। কুমার ভরত মহারাজগী মৃত্যুগী সমাচার থংদবনা—তুংদা অরেম্ব তাগদব আশা অমা তৌনা অযোধ্যাদা চঙ্বিগদৌরি! খঙ্লবস্তু ঐখোয়না মসি মঙোন্দা তাক্পা ঙম্মোই। মরম্দি:—

মপানা প্রাণ থাদোক্পা মমানা ৱাজ্য পাম্বিবা।
বন্দা চৎপা মৱাম্বুংনা কনা তাকনি দোষ'হুম্॥ ৪

(চঙ্লগা)

ভট—কুমারগী জয়।

ভরত—ভদ্র! শত্রুঘ্নবু ঐগী ইনাক্ য়ৌরক্লবরা?

ভট—কুমার, মনাক্ অসিদা য়ৌরক্লে। অদুবু পুরোহিতশিংনা কুমারদা হঙ্গৎনবা তাক্পিরকই।

ভরত—করি! করি হায়রক্পা!

ভট—কৃত্তিকা নক্ষত্রগী [1] দণ্ড অমথক্ ৱাৎলি। অদুনা রোহিনী নক্ষত্র হেক্ চঙ্বদা অযোধ্যাদা লেঙ্শিন্বিগনি।

ভরত—করে, অদুমক্ তৌবা তারে। ঐদি মমাঙদা গুরুবাক্য থক্হিজোক্খিদ্রি। নং চৎলো।

---

(১) মিনিট ২৪

ভট—কুমারগী য়াথং ইঙ্গরে। ( থোক্খিবা )

ভরত—মকম্ কদায়দা বিশ্রাম তৌসিগে ? আচ্ছা, লৈরেদনা। উপাম্বী পরেং মরুম্দা উরিব দেবমন্দির অসিদা ক্ষণ অমত্তং বিশ্রাম তৌরুখিগে। অদু ওইরবদি লাই-পূজাস্মু বিশ্রামস্মু অনিমক্ পাঙ্থোক্লগনি। অদুগা মহোশ্যা অস্মুস্মু চৎনরক্ই—নগরগী চিদাইদা পোত্থারগা মতুংদা নগরদা চঙ্বা হৌনে। মরম্ অসিনা, রথ মকম্ অসিদা থম্মো।

সূত—আয়ুষ্মান্গী য়াথং ইঙ্গরে। ( থোক্খিবা )

ভরত—( খর চৎলগা য়েংজুনা ) লাই পূজা তৌবশিংনা চাইথোক্লিবা লৈ অমস্তং কবোক অঙ্কার-নচিংব'সিনা দে'-পূজাদা কচ্ছিল্লুরবনি হায়না থাঙ্গৈশেংনা তাক্লে। ফক্লাংপুম্বদা চন্দনগা খুদোল্ মণ্ডাগী ছাপা নম্লে। থোঙ্জাওশিংদা লৈ পরেং য়ান্দুনা কজনা লৈ-তেংলে। লৈঙোই চাইথায়রে মসি [1]পার্ব্বনগীদমক্ করিগুম্ব বিশেষ উৎসব অমরা ? নত্রগা নিত্তিগী তৌব কর্ম্মরা ? মসিবু কবস্ব দেবতাগী মন্দির ওইরিগবা ? অসিদদি কনাগুম্ব দেব-তাগী খুৎলাই, ফিরান্ নত্রগা অতৈ মপান্গী চিহ্ন অমত্তবু উদেনা। ফরে, অদুমক্পু, মসিগী মনুংদা চঙ্লগা খঙ্লগনি। ( চঙ্জুনা য়েংলগা ) বাঃ বাঃ। কয়াত ফজ্জথ্রব নূঙ্দা হক্লিবসি ! বাঃ ! কয়াত ঙক্লা ফোংদোক্লিবা থমোইনুঙ্গী ভাব প্রতিমাশিং-সিনা ! লাইগী মূর্ত্তি ওইনা শারবস্মু মী ওইরবোই নীঙ্ঙম্লে। মসিবু লাই মরিগী শঙ্কু অমরা ? নত্রগা মখোয়সি যেসা অমা ওইরসনু, ঐগী মনঃদা য়াম্না নুঙাইবা পোক্লে।

লাইনি হায়র'দি কৌনৈদো ইকোক্নোম্না খুরুম্জবা।
শূদ্র প্রণাম তারেনা খুরুম্বা মন্ত্র য়াওদনা ॥ ৫

( চঙ্লগা )

---

(১) পূর্ণিমা নত্রগা অমাবস্যা হুমিৎ।

দেবকুলিক—ওম্মোক্ ইদা! নিত্তি কর্ম লোইরগা ঐগী চাবা-থক্ পা মতম্দা প্রতিমাশিংসিগা মশক্ য়াম্না মায়ব কনাগুম নিপা অমা প্রতিমা গৃহদা চঙ্লে। কনা ওইরিগবা? করে, চঙ্লগা য়েঙ্খিগে। (চঙ্বা)

ভরত—প্রণাম তৌজরি।

দেবকুলিক—নত্তে, নত্তে প্রণাম তৌবিগনু।

ভরত—(হন্দোক্পিয়্ মহাশয়) থিংবিরিবা করিগীনো?

নৈবগে করি হায়নিংবা ঙাইবনরা অথোইব মী।
নিয়ম ঙাক্পদে তৌব্রা মরমগী করি থিংলিবা॥ ৬

দেবকুলিক—নত্তে মহাশয়! হায়বিরিব মরম্ পুম্নমক্ অদুগী নত্তে। অদুবু লাইনি খন্দুনা ব্রাহ্মন্না প্রণাম তৌবা থাম্জবনি। মখোয়সিদি ক্ষেত্রী ঙাক্তি।

ভরত—মদুনরা! মখোয়সি ক্ষেত্রীরা? কনা কনানো?

দেবকুলিক—ইক্ষ্বাকু বংশগী মচা-মগুনি।

ভরত—(হরাওনা) ইক্ষ্বাকুগী মচা-মগু। মখোয়সি অযোধ্যাপতিশিং অদুরা!

হিংচাবৈ কোম্নুং থুগাইবৈ মতম্দা,
লাইগী মাঙ্খাবা মখোয়মক্তু রা'সি॥
মীয়াম্মক্ য়াওনা মশাগী মগুন্না,
স্বর্লোক্তা কাবা মখোয়মক্তু রা'সি॥
পৃথ্বী পুম্নমক্ মপাম্বোম্ মথাদা
হম্না থম্লবা মখোয়মক্তু রা'সি।
মম্ নিংথৌমক্কী মথা পোন্দবা নীঙ্-
ভম্না মংতাবা মখোয়মক্তু রা'সি॥ ৭

৭। শালিনী ছন্দ

করেদা। ঐদি ইখঙ্-খঙ্হৌদনা অচৌব-মইফংনে। হৌজিক্তি তাক্পিরো—পুজাভৌকম্ থোক্প মখোয়সি কনা কনানো ?

দেবকুলিক—রত্ন পুম্নমক্ পৈশিন্দুনা বিশ্বজিৎ যজ্ঞ হৌদোক্লুব অমসুং ধর্মগী থাংমৈ থাল্লম্ব মহারাজ দিলীপ অসিনি।

ভরত—ধর্মতনা অথোইব ভূংকম্ ওইব মঙোন্দা খুরুম্জরি। মহাক্ অসিনা কনানো—হায়বিরো ?

দেবকুলিক—চেপ্পদা অমসুং লেঙ্খৎপদা ব্রাহ্মণ লিশিং মরাম্না 'পুণ্যচেৎ ফুমিংনি' হায়দুনা আশীর্ব্বাদ তৌব মহারাজ রঘু অসিনি।

ভরত—ওস্থোক্পনি। মৃত্যু কয়াত কনপ্রবনো। অসিগুম্ব (ব্রাহ্মণ লিশিগী) রক্ষা কবচবু অরেম্বদা তাহল্লি। রাজ্যকল ব্রাহ্মণশিংদা কথোক্-পিরম্ব মঙোন্দা প্রণাম তৌজরি। হায়বিরো মথং অসিনা কনানো ?

দেবকুলিক—প্রিয়া কায়নবদগী রাজ্যভোগ হৈনিংলক্তুদুনা রাজ্যভার থাদোক্পিখিব অদুগা নিতিগী যজ্ঞ লোইবগী স্নান তৌবনা রজগুণ শেংদোক্প মহারাজ অজ মসিনি।

ভরত—(প্রিয়াগী দমক্) অনুতাপ থাগৎফম্ ওইব মঙোন্দা প্রণাম তৌজরি। (দশরথগী প্রতিমা য়েংলগা থোয়রাংননা) মহাশয়! মখোয়গী মকমদা সম্মান উৎপদা ঐগী মনঃ য়াম্না য়াম্না ভয়াং তশোইবদগী ঐদি মশক্ নিংথিজনা খঙ্বা ঙম্দরে। হায়বিয় মসিনা কনানো ?

দেবকুলিক—মদু দিলিপনি।

ভরত—মহারাজগী (দশরথগী) পাবুঙ্গী মবুথৌ ইবুঙো। মথংদা মথংদা ?

দেবকুলিক—মসিনা রঘুনি।

ভরত—মহারাজগী মবুথৌ ইবুঙো। মথং অসিনা ?

দেবকুলিক—মসিনা অজনি।

ভরত—মসিনা মহারাজগী মপাবুং। কনা-কনাবি হায়বা ?

দেবকুলিক—মসিনা দিলীপ, মসিনা রঘু, মসিনা অজ।

ভরত—মহাশয়দা করিগুম্ব থরদং হংজগে? অহীঙ্ব মীগী প্রতিমা (অসিদা) থম্মা য়াবরা?

দেবকুলিক—য়াদেনা—প্রেতশিঙ্গীতনি।

ভরত—অদু ওইরবদি ঐ মহাশয়দগী বিদায় লৌজরে।

দেবকুলিক—ঙাইবিখো।

মথরাইস্নু মবৈবাক্স্ নূপী মনকৎকি থাখিবা।
দশরথ মহারাজ্ঞৈ মূর্ত্তিগী করি হংদ্রিবা॥ ৮

ভরত—হা ইপা ইবুঙো। (মূর্চ্ছা ওইদুনা তুবা অমুক জ্ঞান তায়ক্না)

পেল্লো মাগীদমক্ নংমক্লা থমোই চিংনরক্পা।
পাবুং মংকৃষ্ণ পাউ তারো তপ্থবো য়াম্নু কৌজিক্॥ ক
হঙ্গোইব [১] শুল্ক বাহৈনা পক্শিল্লবদি ঐবুস্নু।
তারে ইশাস্নু শেংদোকপা ওইরবদি অচুম্বস্নু॥ খ ৯
আর্য্য!

দেবকুলিক—'আর্য্য'—মীকৌ অসিদি ইক্ষ্বাকু বংশশিঙ্গা য়াঙাঙ্ কায়-দানি। অদুদি, ইবুঙোবু কৈকেয়ী পুত্র ভরতলা?

ভরত—মানি, মানি দশরথ পুত্র ভরত ঐনি, নত্তে কৈকেয়ীগী।

দেবকুলিক—অদু ওইরবদি ঐ বিদায় লৌজরি।

ভরত—ঙাইবিখো, লোইনা হায়বিয়ু।

দেবকুলিক—করিগতিলৈরি! তাবিবো। মাননীয় দশরথগী মৃত্যু ওইখরে। সীতা-লক্ষ্মণ লোয়নননা রামচন্দ্রগী বন চৎপগী মরম্দি থঙ জদে।

ভরত—করি! করি! আর্য্যাস্নু বন্দা লেঙ্ব্রবা। (দ্বিগুণ মূর্ছনবা)

দেবকুলিক—কুমার। তপ্থরিয়ু, তপ্থরিয়ু।

ভরত—(তপ্থরগা)

---

(ক) চন্দ্রলেখা ছন্দ। ১। মনুকৎ

বনগুম্ব অযোধ্যাদা ইপা-ইয়াম্ব লৈত্রব।
খোরাংবনা চেম্থিন্দোনা চেল্লি তুরেন্ অকংবদা ॥ ১০
আর্য্য। শন্দোক্লঃ তাজরবদি ঐগী মনঃ তঙ্-তাগনি। মরম্ অতুনা মহাশয়না মথাক্ থম্‌দনা ঙম্নমক হায়বিয়ু।

দেবকুলিক—তাবিয়ু; মহামান্য মহারাজনা কুমার রামচন্দ্রবু অভিষেক তোগে তৌরিঙৈদা ইবুঙোগী মমাসিজনা হায়রম্মা হায়নৈ—

ভরত—ঙাইবিখো—

মন্‌কত্তু নীংশিংলক্তুনা,
ওইসনু রাজা ইচানা,
হায়রম্মে রাসি মাঙ্‌তাক্‌প। (ক)
রামগী ধৈর্য্য উবদা,
থাজবদগী আর্য্যদা,
হায়রম্মে 'নং চৎলো বন্দা'। (খ)
উকুক্তি শেৎপা উবদা মচাবু, শিখরে
মতিক্ চাদনা রাজাদু ; অতুগা মমৈদা
মতিক্ চাবা নিন্দাবাদ, অরেম্ব মথৈদু
তাহন্‌খরে ঐঙোন্দতা, নম্রা, প্রজাশিংনা। (গ) ১১
(বাহখিবা)

(নেপথ্যদা)
আর্য্যখোয়! হন্দোক্‌পিসি, হন্দোক্‌পিসি!

দেবকুলিক—(য়েঙ্‌লগা) লেঙ্‌লক্লেদনাসে!—
লেঙ্‌বিরক্লে মতম্ চানা রাণীশিংনা,
মচা খাম্থরিঙৈসিদা মমাশিংনা,
খোরাংবৈ ঈশিং খুজোকুম্ নাম্বা খুংনা ॥ ১২
(মতুংদা দেবীশিং অমসুং সুমন্ত্র চঙ্‌লক পা)

সুমন্ত্র—অসোম্‌দা লেঙ্‌বিরকউ, মবেম্মখোয়! অসোম্‌দা।

(ক) (খ) গায়ত্রী ছন্দ।

ঋষম্ অসিনি প্রতিমা থম্ব নিংথৌগী।
থাংব হেল্লি মসি নিংথৌ সঙ্গায়দগী॥
অপম্বলৈতনা থোঙতাকপ ঙাইদনা।
[1]পাথক্লিংনা ইরাৎনৈ প্রণাম্ তৌদনা॥ ১৩

( চঙ্লগা অমসুং য়েংলগা ) লেঙ্শিন্থিরবু। ইবেম্মশিং। লেঙ্শিন্থা য়াদরে।

ভাদুনা নৈ কনাগুম্ব নিংথৌমাম নহা অমা।
দেবকুলিক—চিংনবিসু অতৈ নত্তে হৌগৎপিয়ু ভরৎনিনে॥ ১৪

( থোক্খিবা )

দেবীশিং—( খুদক্কা হোচ্ছিন্দুনা ) হা ইবুঙো। ভরত।

ভরত—( জ্ঞান থর তাদুনা )—আর্য্য!

সুমন্ত্র—জয় মহা—( খংলেপ্লেপ্লগা-থবাইবানা ) ওঃ! থোন্ কয়াত ওন্না মাঙ্গপ্রবা। ঐদি থল্লুরে—নুঙ্গী মূর্ত্তিদগী মহারাজনা থা ঙাঙ্বিরি।

ভরত—হৌজিক্তি, ঐগী ইমাশিঙ্গী অবস্থা করম্ তৌরি?

দেবীশিং—ইচা ইবুঙো। ঐখোয়গী অবস্থা য়েংঙু। (মাইথুম্ হাংলোক্পা)

সুমন্ত্র—মবেম্মশিং। মবেম্মখোয়গী অরাবা থাম্বিখো।

( লাঙ্তক্পা )

ভরত—( সুমন্ত্রবোমদা য়েংদুনা ) অরোল্-অথুপ্ অমসুং ইমুং মনুঙ্গী থবক্ পুম্বদা মহাশয় থাওবিরম্বসি উবদা থঙরে, হে মাননীয়। মহাশয়বু পিতা সুমন্ত্ররা? চুম্দবরা?

সুমন্ত্র—কুমার। মানি, ঐনি সুমন্ত্র।

শাপ্ কংদুনা পুক্সি অশাঙ্ব দোষগী।
তৌবিমন্ থঙ্দনা নোক্কম্ ওইদুনা।
মং ভান্থ্রমক্তা অদুনা ইনিংথৌ।
হিংলিদে। ঐদিনে শুন্যরথ থৌনবৈ॥ ১৫

---

১৩। ত্রিষ্টুপ, ব্যতিরেক অলং। [1]। লম্বী চৎপশিংনা। ১৪। উৎপ্রেক্ষা অলং
১৫। ইন্দ্রবজ্রা+অশ্বিনী।

ভরত—হা পাবুং মহারাজ। (হৌগৎলগা) ইপা ইবুঙো! ইমাশিংদা থুকম্জনবগী মথং মনাওগী উপদেশ কংজনিংঙি।

সুমন্ত্র—শোয়দনমক। মসিনা মাননীয় রামচন্দ্রগী মমাসিজ দেবী কৌশল্যানি।

ভরত—ইমা ইবেম্মা! দোষ লঙ্জদব নচা ঐনা থুরুমজরি।

কৌশল্যা—ইচা ইবুঙো! থমুং চাক্পা নৈরম্মু।

ভরত—(মথন্তদা) ঐঙোন্দদি বাহৈ অসি নিন্দা ওইনা থোক্লে। (কোংনা) চাখিরে। মথংদা মথংদা?

সুমন্ত্র—মসিনা মাননীয় লক্ষ্মণগী—মমা ইবেম্মা সুমিত্রানি।

ভরত—ইমা ইবেম্মা! লক্ষ্মনা কংহন্দ্রব নচা ঐনা থুরুমজরি।

সুমিত্রা—ইচা ইবুঙো! মিংচৎ কংবা ওইযু।

ভরত—ইমা! মহুগীদমক্ হোৎনজগনি। চাখিরে মথংদা, মথংদা—

সুমন্ত্র—মসিনা কুমারগী নমা ইবেম্মনি।

ভরত—(শাউনা হোগৎলগা) আঃ পাপ চেম্বি!

লেম্ব্রে নৈবা নহাক্নরা ইমা'নিগী মরক্তদা।
মরক্তা যমুনা গঙ্গা চঙ্বগুম্লে তুরেম্মচা॥ ১৬

কৈকেয়ী—ইবুঙো! ঐনা কবি তৌখরে?

ভরত—করি তৌখরে হায়বসারিয়ে?

ঐগী মিংচৎথীবা রাম্না উক্ শেংপা।
রাজা য়ুম্দা শিবা প্রজা পুম্বা কপ্পা॥
লক্ষ্মণ শাগা নৈবা মচাচাম্বী বাবা।
শাগৈগী মৌ লম্শাং চৎপদা চোক্থবা॥
নশাদা তীঙ্শোক্পা অচ্চা অচ্চা হায়বা।
পুম্নমক্ ঙাক্তনি নংনা তৌহল্লিবা॥ ১৭

১৭। তুলযোগিতা; অলংকার কোংকং নেঙ্।

কৌশল্যা—ইচা ইবুঙো ! কজব-লম্চৎ ব্যবহারগম্ন-থঙ্ব নংনা নমাখু খুরুম্ব্রিবা কয়িগীনো ?

ভরত—ইমাবু খুরুমজরি। মা—নংতনি ঐগী ইমাদি। মা! খুরুমজরি।

কৌশল্যা—নত্তে নত্তে। মসি নঙ্গী নমানি।

ভরত—হায়দি ওইরম্মী। হৌজিক্তি ওইদ্রে। য়েংবিয়ুদনা—

সঙ্গগী দোষনা থাদুনা মুংশিবা,
ওইহল্লে মী অতৈ পুত্রবু পোক্চবা,
থম্মগে লোক্লিদা থোক্কবা ধর্মসি,
মাঙ্হম্বদৈ মচামক্পু ওইদ্রসনু মমা মমা ॥ ১৮

কৈকেয়ী—নিপামচা ! মহারাজগী সত্যবচন ভাঙবগী ঐনা মতৌ অদুম্ হায়রম্বনি ।

ভরত—করি। করি।

কৈকেয়ী—'ঐগী ইচানা রাজা ওইসনু'—মসি।

ভরত—করে, আর্য্য অদুদি নঙ্গী কনানো ?

নত্রা ইপাগী ওরস্পুত্র নত্রা অহন্দা নিংথৌ হাপ্পা ?
মুংশিনদত্রা ইচিন্-ইনাও য়াদবনরা প্রজাশিংনা ? ১৯

কৈকেয়ী—নিপা মচা ! শুল্কপাম্বীদা হংকম্ থোকইনা।

ভরত—[1] বল্কলনা রাজ্যশ্রী মাঙ্হবা থোঙ্না নুপীগা চৎপা।
বন্দা নঙ্গী য়াথংনা য়াওরম্ব্া মনকত্তা রাশক্সি। ২০

কৈকেয়ী—নিপামচা ! মফম্-মতম্-অচাবদা হায়গে।

ভরত— নিন্দাবু পাম্ন'দি ইমিং করি পম্বিরম্বা ?
লৈপাক্পু পাম্ন'দি [2] নরেন্দ্রন পীবিরমত্রা ?
নিংথৌ মমা রাহৈসি পাম্লম্র'দ নহাক্পা,
অচুম্ব রা হায়ু নং নত্রা নচা আর্য্যদি ? ২১

১। উদু। ২। মহারাজ।

ভমখিরব থবক তৌরম্লে নহাক্না—
নিংথৌগী প্রাণ -ংনা লৈপাক্ পান্বদৈ থন্খিস্রেন্দো।
বন্দা চৎলো হায়না থারম্বী নচাহম্ব, নংনি।
শেগাক্ কায়দে থম্মোই নঙ্গী সীতা বল্কল্ শেৎমক্তা।
আঃ শেম্রে থম্মোই [1] থাতানা বজ্রগুম্না নহাকী॥ ২২

সুমন্ত্র—কুমার! বশিষ্ঠ-বামদেবনা প্রজাশিংগা লোয়ননা অভিষেকী পোচ্চে-পূম্নমক্ পুরক্তুনা ওক্লনবগী চঙ্ শিল্লক্তুনা তাকপিররি—

শেম্বিনবা য়াওদব যক্লঙ্গুনা মাঙ্ বগুম।
নিংথৌ লৈত্রবদদি মাঙিঙ প্রজা মচুগুম্॥ ২৩

ভরত—প্রজাশিং ঐগী ইতুং ইম্নু।

সুমন্ত্র—অভিষেক থাদোক্তুনা কুমার লেঙ্ বিগদৌরিবা?

ভরত—অভিষেক। মচুদি মাননীয়া অসিদা পীবিয়ু।

সুমন্ত্র—ইবুঙোনা কদায়দা লেঙ্ বিগদৌরিবা?

চৎলগে লক্ষমন্ব চান্বনা লৈরিব মফম্দা।
মহাক্ য়াওদব অযোধ্যাদি নত্তেদো অযোধ্যা।
রাঘবনা লৈরিব মফম্ অচুনি অযোধ্যা॥ ২৪

(ওয়মক্ থোক্খিবা)

ইতি অহুম্শুব অঙ্ক।

## মরিশুব অঙ্ক

প্রবেশক (ইণ্টারল্যুড)

(চেটী অনি চঙল কপা)

বিজয়া—সখি। নন্দিনিকা! হায়্ হায়্। ঙসি কৌশল্যা নচিংব লৈমাকোন্গী ইবেম্মশিং পূম্নমক্না প্রতিমাগৃহ য়েংবা লেঙখিবদা মফম্ অচুদা মজা ইবুঙো ভরতকা উনখি। লাইবক্থীবী ঐস্থ থোঙ্‌-জিন্দ্রা লৈরম্মী।

১। বিধি। ২২। কাব্যলিঙ্গ অলং।

নন্দিনিকা—সখি। ঐখোয়স্থ যাম্না কৈনিংনা মজা ইবুঙো' ভরতপু য়েংলম্মী।

বিজয়া—রাণীদা কুমারনা করি হায়রম্বগে?

নন্দিনিকা—করি হায়রবা। কুমারনা মঙোন্দা হন্নবু য়ে নিঙঙম্দে।

বিজয়া—হাহা—সর্বনাশ শারেদনা। রাজ্য পাম্বদগী মজা ইবুঙো রাম্বু রাজ্য কংহন্দনা মশামকপু লুপ্রা ওইহল্লে। মী খ্বাইবুস্থ মাঙ্-হল্লে। রাণী, অওইবমক্, য়াম্না মুংশি হৈতে। মহাক্না অরুব পাপ লঙ্ভরে।

নন্দিনিকা—সখি! তাওদো। মন্ত্রী অমস্থং প্রজাশিংনা পুখিব অভিষেকী পোচৈ ঙম্মক্ হন্দোক্লম্লগা রাম্না লৈব তপোবন অদুদা কুমার চৎখরে।

বিজয়া—(অৱাবগা লোয়ননা) হুঁ! অদু ওইরবদি কুমার অবস্থা অসিদা তারবা! নন্দিনিকা! লাক্ও, ঐখোয রাণী য়েংবা চৎলসি। (অনিমক্ থোক্খিবা)

প্রবেশক লোইরবা

(রথ তোংহুনা ভরত, সুমন্ত্র অমস্থং সূত চঙলক্পা)

ভরত— রাজা কাগ্রবদা স্বর্গ মশানা তৌব পুণ্যনা।
মমিত্তগী প্রজাশিঙ্গী চেম্ব ঈরা ইরোয়ননা॥
য়েংবা চৎকে তপোবন্দা তিম্ব পুক্চেল্ অশেংবনা।
থাজ অদুবু রাম্ কৌব অনিশুব জগৎ'সিগী॥ ১ যুগ্মক

সুমন্ত্র—অসোম্দা আয়ুষ্মান্ ভরত—
দৈত্যগী নাপন্ থুদেক্প নিংথৌগীদি মচা।
যজ্ঞ-ওক্লব লল্লৈব নিংথৌগীদি মশু।
মপা নীঙ্ব জগৎচায় রাঘবগী মনাও।
চৎলে শাজৎকা মামনা রাম্মক্না চৎখিবা॥ ২

ভরত—কে মাননীয়!

---

১। 'রাম কৌব অনিশুব থাজ' অতিশয়োক্তি অলং।

সুমন্ত্র—কুমার ! ঐ লৈরে ।

ভরত—ঐহাক্তী আর্য্য রাম কদায়দা ? মহারাজগী মঙ্গলশিংথু কদায়দা ? ধৈর্য্য লৈবশিঙ্গী লংলব কিদমদু কদায়দা ? রাজ্য-পাপ্পী কৈকেয়ীবু খৌশাবিদবথু কদায়দা ? মিংচৎ তুংকমদু কদায়দা ? মহারাজগী মঙ্গাইবুঙ্গোথু কদায়দা ? সত্যব্রতথু কদায়দা ?

পেন্নবগী ইমা ঐগী রাজশ্রী থাবিরম্লিব ।
ঐনা মঙ্গাকপু য়েংনিঙ্ঙি ঐহাক্তী লাই অংথাইবনি । ৩

সুমন্ত্র—কুমার ! আশ্রম অসিদনি ।

মিংচচ্চাউব রাম সীতা লক্ষ্মণ লৈ মফম্সিদা ।
মূর্ত্তিগুম্না মখোয়দা লৈ সত্য চরিত্র ভক্তিনা ॥ ৪

ভরত—অদু ওইরবদি রথ অসিদা থারো ।

সূত—আয়ুষ্মান্গী য়াথং ইঙ্গরে । ( অদুম্ তৌবা )

ভরত—( রথদগী কুম্থরগা ) সূত ! অচৌবপ মফম্দা শগোল্ শিথ্রাব তৌবল্লু ।

সূত - আয়ুষ্মান্গী য়াথং ইঙ্গরে । ( থোক্খিবা )

ভরত—হে মাননীয় ! হঙ্গৎপীরুরো, হঙ্গৎপীরুরো

সুমন্ত্র—কুমার ! করিনো হঙ্গৎলুগদবা ?

ভরত—রাজ্যপাপ্পী কৈকেয়ীগী মচা ভরত লাক্চরে হায়না ।

সুমন্ত্র—কুমার ! গুরুজনগী নিন্দা হায়রুদুনা করি কান্নগদগে ?

ভরত—চুম্মী, অতৈগী দোষ হায়দোক্পা হৌনদে । অদু ওইরবদি হায়বিরু-ইক্ষ্বাকু বংশগী কালি ভরতনা দরশন নিজরক্‌ই ।

সুমন্ত্র—কুমার ! ঐদি মদুম্না হায়জবা ঙম্জরোই । ঐনা হায়রুগদবদি—ভরত লাক্চরি ।

ভরত—নত্তে, নত্তে । মিংত চুম্না হায়রুবনদি প্রায়শ্চিৎ তৌদরোইনা থরি । ব্রহ্মহত্যা তৌবশিংনসু অতৈবু মঙ্গাকী লায় হায়রুবরা ?

হে মাননীয় ! অদু ওইরবদি তোকপিরো । ঐ ইশামক্না হজচ্চরক্লগে ! মহাশয় ! মপাগী য়াথং ঙাক্প য়াথবতা হঙ্গংপিয়ু, হঙ্গংপিয়ু—

ভৌবিমন্ থঙ্দব ভম্থীব,
খোগাক্ল্ নাইদব য়াম্চব,
মী অমা ভক্তিদি লৈজব,
লাক্চরে লৈজোরা চৎখ্রোয়া ? ৫

( মথংদা সীতা-লক্ষ্মণগা লোয়ননা রাম চঙ্লক্পা )

রাম—( তায়গা হয়াওনা ) সৌমিত্রি ! করিনো তারিবসি ! বিদেহ রাজ-কুমারি ! নংসু তাবরা ?

মখোয়্নো কনাগী মখোন্গুম্ ইপাগী ।
নোংখোংববু নক্সৎপ গম্ভীর মওংনি ॥
থল্হম্ব থমোইদা ওইরম্নি মরাপ্ন ।
খোংম্নুংশিব চঙ্খ্রে চঙ্নীঙ্না ইনাদা ॥ ৬

লক্ষ্মণ—আর্য্য ! স্বর মায়বা অসিনা ঐঙোন্দসু মরাপ মপাংনা কংকদ্ খোক্প সম্মানগী দাবী পুরক্নে । স্বর অসি—

কুংব-শেংব-তম্ন-যণ্ অঙাওবগুম্ অঙ্গংব-থুম্ব ।
য়াক্তব-অমেংব হায়বদা থবাক্-খৌরী পল্লব ।
খোম্মোক্কম্ চপ্চানা শেংনা মমেক্ময়াম্ হায়দোক্পবা ।
নীঙ্হল্লে কিদব-পীব খৌরাঙুম্ [১] বর্ণ মরিদা ॥ ৭

রাম—স্বর মায়বা অসি ঐখোয়গী জ্ঞাতি নত্তবগী থক ওইরোই । ঐগী হৃদি মহী চেল্হম্বগুম্ তোরে । ইবুঙো ! লক্ষ্মণ ! অদুক য়েঙ্দো ।

লক্ষ্মণ—আর্য্যগী য়াথং ইজরে । ( কোয়চচ্ছৎপা )

ভরত—ওম্মোকইদা কনাসু করি অমতা খুমদে করিননো ! অদু ওইরবদি কৈকেয়ীমচা ভরত লাক্লে হায়বা কনাগুম্বনা থঙ্খ্রবরা ?

---

৬ । ছন্দ প্রপাত+মণিমালা ; উৎপ্রেক্ষা+ব্যতিরেক অলং । ৭ । উৎপ্রেক্ষা অলং ।

১ । রাজা-কেতকি-দৈত-পুষ্প ।

লক্ষ্মণ—( য়েঙলগা ) হাইমা ! আর্য্য রামচন্দ্রনিনা ! নত্তে, নত্তে ! করাত মানপ্রব মশক্নো !

আর্য্যগী মায়খোং মঙানগুম্ পুক্লিং হূরব থাজগুম্
চাংদম্ লৈতব মায়খোংনি মাগী ।
লাইরাম্গী য়েরুবশিঙ্গী মকয়ৈব তেম্বাবগী
ভোও্‌ব খবাক্লি [1] ইপাইগুম্ ঐগী ॥ (ক)

মঙান্না কোয়শিব তেজমপৈগুম্ব,
জগৎ পুম্নমক্না য়েংনব মুংশিনা,
'সিবু নিংথৌ'দুরা স্বর্গগী ইন্দ্ররা ?
নম্রগা শংশংব মধুসূদনম্না ? (খ) ৮

( সুমন্ত্রবু উবগা ) মাননীয়নিদনা !

সুমন্ত্র—কুমার লক্ষ্মণনিদনা !

ভরত—অওইবরা ! মহাত্ম্‌ গুরুজনি । আর্য্য ! খুরুম্‌জরি ।

লক্ষ্মণ—লাউ লাউ ! পুক্বিয়ু । ( সুমন্ত্রদা য়েংলগা ) মাননীয় ! কনানো অসি ?

সুমন্ত্র—কুমার !

রঘুদগী মরিশুব অজদগী অহুম্‌শুব,
মমিং মান্না চৎপ নঙ্গী পাবুংদগী অনিশুব,
নঙ্গী বংশগী কিরান্‌গী নংনন্থু মনাও ওইরিব,
মহাক্নী মনাও ইবুঙো অসিনি কুমার ভরতো ॥ ৯

লক্ষ্মণ—লাউ, ইক্ষ্বাকু কুমার, লাউ । ইনাও ইবুঙো ! মঙ্গল ওইবু । পুক্বিয়ু ।

হিংচাব-শান্না হৈশিংব লীরুং বজ্রগা ভরুব
পাঙ্গল্লোনা চাং লৈতব জাৎকী চাব মরীলৈব
নরেন্দ্র রঘু অদুম্ব ওইরো নং জগৎ-লংলব
গুণ পুম্বৈ ভুংনকম্নু ॥ ১০

১ । ইপাগীজদ্‌ । ৮ । (খ) লাল্লব অসাং

ভরত—চাষিয়ে ঐবু।

লক্ষ্মণ—কুমার! লৈরম্খো অসিদা। নংনাক্পা আর্য্যদা হঙৎলুখিগে।

ভরত—আর্য্য! ঐদি হৌজিক্ য়াম্না থুনা মহাক্পু থুরুম্জনিঙিঙ। থুনা হঙৎপিরু।

লক্ষ্মণ—করে (চঙ্শিন্নগা) আর্য্যগী জয়! আর্য্য!

মিংশেন্দা মমি তা'গুম্ব নহাম্নকী নশক্তুনা
ননাও ভরত মুংশিব লাক্রে ময়াম্ব-মুংশিব ॥ ১১

রাম—ইনাও লক্ষ্মণ! ভর'ত অদুম্না হেক্ লাক্লবকো?

লক্ষ্মণ—অজ্ঞা! আর্য্য!

রাম—মৈথিলি! ভরত য়েংননবগী নমিৎ কন্দোক্উ।

সীতা—আর্য্যপুত্র! ভরত লাক্লবরা?

রাম—লাক্রে মৈথিলি!

থবক্অরুব তৌরম্মে লেপ্না থঙ্লে ইপাদুনা,
[1] ভ্রাতৃপ্রেম্না অসুম্ ওইরে [2] পুত্রপ্রেম কয়ম্তৌবা? ১২

লক্ষ্মণ—আর্য্য! কুমারবু চঙ্হল্লক্পা য়াগদরা?

রাম—ইনাও লক্ষ্মণ! মদুগীদমক্ ঐগী-য়াথং করিগী ঙাইকম্ খোক্পগে! চৎলু, সম্মান তৌনা কুমারবু থুনা পুশিল্লকউ!

লক্ষ্মণ—আর্য্যগী য়াথং ইজরে।

রাম—নত্রগা, ঙাইখো নং।

মচাগী বাথক্তৌবী মমাগুম্না,
লৈক্লা মরিক্ থম মিৎম্না থম্বান্দে,
হয়াও পি নোংচুবগুম্ শিম্বদুনা
চচ্ছমু সীতা স্বয়ং ওক্প ওইনা ॥ ১৩

সীতা—আর্য্যপুত্রগী য়াথং ইজরি। (হৌগত্না কোমচচ্ছৎলগা ভরত উবদা)

হাইমা! আর্য্যপুত্রবু থুদক্ অসিমক্তদা মপান্দা লেঙ্খোরক্লবরা। মক্তে, নক্তে। কয়াক্ত মামুপ্রব মশক্রো!

---

১। ভ্রাতৃনি প্রেমম্। ২। মচা মুর্দাশা

সুমন্ত্র—মমৌ ইবেম্মানিদনা !

ভরত—পূজনীয়া জনক রাজকুমারীনিদনা !

তেজ অদুনি নুপী মওঙ্গী।
লাঙ্গোম্না পুথোক্পা লৈনুংদগী ॥
অথোইব খুদম্নি তপস্যাগী।
জনক কোব মহারাজগী ॥ ১৪

আর্য্যে ! খুরুম্জরি, ননাই ভরতনি।

সীতা—( মথন্তদা ) মশক্ত নত্তেনা ! মখোঙ্ মায়েনা !
( কোংনা ) ইবুঙো ! পুন্থিয়ু।

ভরত—চাঘিরেদনা ঐবু।

সীতা—লাউ ইবুঙো ! নয়াম্বুঙ্গী নীঙ্বা থুংহল্লু।

সুমন্ত্র—কুমার ! মনুংদা লেঙ্শিঘিয়ু।

ভরত—মাননীয়। হৌজিক্ করি তৌবিহৌগগে ?

সুমন্ত্র—মতুংদা ঐদি চঙ্লকে তুংদা নিংথৌন লৈত্রবা !
পাউসি খঙ্লব রাম্গা ঐগা উনব অহান্নি ॥১৫

ভরত—মতুম্ তৌবিরো। ( রামগী মনাক্তা চঙ্শিন্দুনা ) আর্য্য ! ননাই
ভরত খুরুম্জরি।

রাম—( হরাওনা ) লাউ লাউ ইক্ষ্বাকু কুমার। মঙ্গল ওইয়ু। পুন্থিয়ু।

ফন্দোক্উ নথবাক্ থোঙ্পাক্ প্রমাণগুম্ব,
কোন্সিল্লু ঐহাক্পু নপাম্বোম্না শাংলব,
হাইগৎল্লু নমায়দো শরৎকী থাজমাব,
মুণ্ডাইহল্লু ঐবু অরাবনা চাক্লব ॥ ১৬

ভরত—চাঘিরেদনা ঐবু।

সুমন্ত্র—( চঙ্শিন্নগা ) আয়ুষ্মান্গী জয়।

রাম—আঃ ! মাননীয়।

লান্‌কম্‌দা লাই-হিংচাবশিঙ্গী'দুডৌঙদা ।
চৎপদা লাম্নিগা লোয়ননা স্বর্গদা ।
তেংবাংবৈ দোলাই মান্নবা তোংদুনা হেক্ ।
'মা লাক্লে মা লাক্লে' অসুম্ হায়নরম্মী ॥ ক
দেহ-থাবিগ্রব শ্রীমান্ নিংথৌ'দুনা,
চান্নব মুংশিনব নখোয় য়াওদনা,
হৌজিক্ মাগী বংশগী স্বর্গদা লৈব,
মুণ্ডাইরিব্রা মপা-মপু নিংথৌশিঙ্গা ॥ খ…১৭

সুমন্ত্র—( অরাবগা লোয়ননা )
নিংথৌনা শিখিবা বন্দা চৎপা নহাক্না ।
ভরতকী'রাবা পুপান্দবা বংশনা ॥
তম্‌থীব অরাবা ময়াম্ অসি উদুনা ।
মুণ্ডাইখিব পুক্নি দোষগুম্লে শাংবনা ॥ ১৮

সীতা—মাননীয় । কণ্ডুনা লৈরিব আর্য্যপুত্রবু অমুক্ হন্না কণ্ হম্বিরে ।
রাম—মৈথিলি । ঐ ইশাবু থেম্‌জিল্লরে । ইনাও লক্ষ্মণ ! জল খর পুরকউ ।
লক্ষ্মণ—আর্য্যগী য়াথং ইল্লরে ।
ভরত—আর্য্য । মসিদি চুম্‌দে । মথং-মনাও নাইনা সেবা তৌজগে । ঐমক্ চচ্চগে । ( চফু পায়দুনা থোক্‌উরগা চঙলক্‌পা ) জল লৈজরে ।
রাম—( আচমন তৌরগা ) মৈথিলি । লক্ষ্মণগী মথৌদি কোয়েদো ।
সীতা—আর্য্যপুত্র । মহাক্‌সু নহাক্কী সেবা তৌকম্ থোক্‌ই ।
রাম—অদু ওইরবদি লক্ষ্মণনা অসিদা নিংথিজনা ঐগী সেবা তৌসনু । মদুদা ভরতনা ঐগী সেবা তৌসনু ।
ভরত—আর্য্য । চাম্বিয় ।

'সিদা লৈগনি হক্‌চাংনা 'দুদা লৈগনি কর্মনা ।
নম্বিংতনা ইবুঙোগী ভাকনি রাজ্য নিংথিনা ॥ ১৯

রাম—ইনাও ! কৈকেয়ীমমা ! য়াদে, মতুম্ তৌবা য়াদে ।

লাক্লে বন্দা ঐনা য়াথংনা ইপাগী ।
নত্তে নাপন্-কিব-বুদ্ধি মাঙ্ বদগী ॥ ক
সত্যনা লম্নিদো সূর্য্যগী বংশগী ।
তোল্লবৈ লম্বিদা নং করম্ চৎকগে ? খ·····২০

সুমন্ত্র—অদু ওইরবদি হৌজিক্ অভিষেক্কী জল কদায়দা থীকদগে ?

রাম—ঐগী ইমানা তাক্পিখিব মফম্দা লৈসন্ন ।

ভরত—আর্য্য ! চাম্বিয়ু ! আর্য্য, অশোক্প মফম্দা অমুক্ ফুজিল্লগা করি কাম্ননি ?

নঙ্গী গুণ-তুংফম্-বংশ ঐহাক্লকীসু বংশনি ।
বুদ্ধি-চেৎপ নপাবুংদো ঐহাক্কীসু ইপানিদো ॥ ক
নত্তে দোষ নিপাশিঙ্গী মমাগী দোষ মীফব !
ভরতপু অরা নংব হে বরপীব ! য়েংবিয়ু ॥ ২১

সীতা—আর্য্যপুত্র ! ভরতনা মপুক্নিং য়াম্না সুংশিনা হক্কচ্চরি । আর্য্য-পুত্রনা হৌজিক্ করি চিন্তা তৌবিরিবগে ?

রাম—মৈথিলি !

ঐহাক্না খল্লি নিংথৌতুবু চৎপিগ্রব স্বর্গদা ।
মগুণ'সিবু থোইদোক্পা উথিগ্রব মচা'সিগী ॥ ক
অসিগুম্ব মগুঞ্চেম্ব ফংতুনসু জগচ্ছিদা ।
তোল্লিদা ! বিধি পাঙ্গম্না নম্ব নিপা অথোয়বদো ॥ খ ২২

ইনাও কৈকেয়ীমমা !

দোষ লৈতব নংবু ঐনা ইপেন্ পেল্লে থাদৈশেংনা ।
খুদুম্ চল্লে নবাহৈনা নয়ে গুণ অকাওবনা ॥
হৌমদে অদুবু নিংথৌগী ময়াথং
নহাক্না মিথ্যা ভাবঘা ।
মচাবু অদুগা নজুব পোল্লগা
মপা মিথ্যাবাদী ওইবা ? ২৩

ভরত— লোইদ্রি ফাওবা নিয়ম নহাকী।
লৈনি নিংথৌ খুয়াদা নহাকী॥

রাম—কংসনু সিদ্ধি নিংথৌ তৌনু মতুম্ নিজপুণ্যনা।
ঙাক্রুবদি নরৈপাক্সু ঐ অভিশাপ তৌগনি॥ ২৪

ভরত—হাই হাই তাক্পিরেদনা খুম্বা য়াদনবা। অতুনঙাইরে,—সর্ত্ত (কোণ্ডিশন্) অমদা নঙ্গী রাজ্য ঙাক্চগে।

রাম্—ইনাও ইবুঙো! করি সর্ত্তনো?

ভরত—ইখুত্তা শিন্নরম্ব নরৈপাক চহি তরামরি মতুংদা নংবু অমুক্ লৌহন্নিংঙি।

রাম—করে, মতুম্ তৌরসি।

ভরত—আর্য্য! তাবিরেদনা। আর্য্যে! তাবিরেদনা। মাননীয় সুমন্ত্র! তাবিরেদনা।

সুমন্ত্র—ঐখোয় শুম্মক্সু তাজরে।

ভরত—আর্য্য অতৈ বর অমত্তঙ্গা নিজনিঙিঙ।

রাম—ইনাও! করি পাম্বগে? করিবু ঐনা পীগদগে? করি ঐনা তৌগদগে?

ভরত— পীবিয়ু নহাকী পাদুকা ঐঙোন্দা।
খুরুম্গে ইকোক্পু নোন্দুনা মখোয়দা॥
ওইদ্রি ফাওবা কার্য্য সিদ্ধি ইবুঙোগী।
লৈজগনি য়াথং ইন্না মবিঙঙাগী॥ ২৫

রাম—(মথন্তদা) হাই হাই!
হোৎনদুনা মতম্ কুইনা তাজরম্মী ইমিং খর।
ঙসি ঙহাক্তদা তানখ্রে ইরাইলায়না ভরৎন'দু॥ ২৬

সীতা—আর্য্যপুত্র! ভরতকী অহাম প্রার্থনা অসি থুংহন্বিয়ু।

রাম—করে, থুংলসনু। ইনাও! লৌরোসে। (পাদুকা পীবা)

ভরত—চাবিরে ঐবু। (লৌরগা) আর্য্য! মসিদা অভিষেকী জল হৈথজনিঙিঙ।

রাম—মাননীয় ! ভরতনা অপান্বদু তৌরসনু ।

সুমন্ত্র—আয়ুষ্মান্গী য়াথং ইজরে ।

ভরত—( মথন্তদা ) ওঃ ! কায়ত সুঙাইজরবা !

জ্ঞা তীশিংনা থাজব প্রজাশিংনা য়ারব,
থ্বাইদা শক্ উৎপ-ঙম্বা স্বরগদা কাপ্রবা ।
রাজা'দুগী অচায় মচা লম্চৎ শেংলব,
মচিন্মনাও গুঞ্চেন্ব সন্মান য়াম্-তৌরব,
মিংচৎ তুংকম্ অচৌব পুন্নমক্কী গুঞ্চেন্ব ।
মহৈ মহৈ ঙাংনব বিষয়বস্তু ওইজব,
চান্বিব ইষ্ট ফংবনা ওইজরে ঙসি ঐহাক্না ॥ ২৭

রাম—ইনাও ! কৈকেয়ীমমা ! রাজ্যদি মিকুপ্ অমত্ত কাওবা থৌশাদনা থম্মোইদবনি । অদুনা ঙসিমক্ বিজয়গীদমক্ হল্লো কুমার ।

সীতা—হুম্, ঙসিমক্ কুমার ভরত চৎকদৌরবা !

রাম্—ওক্লে, চান্না লুনা তৌবা ওক্লে । ঙসিমক্ বিজয়গীদমক্ কুমার হন্প্রসনু ।

ভরত—আর্য্য ! ঙসিমক্ ননাই ঐ চচ্চরগনি ।

আশাতৌব প্রজাশিংনা ঙাইহৌরি নংবু য়েংনবৈ ।
উচ্চদুনা কৃপা চিহ্ন পেল্হল্লুগে মখোয়দুবু ॥ ২৮

সুমন্ত্র—আয়ুষ্মন্ ! ঐবু কৌজিক্ করি তৌজৌ হায়বগে ?

রাম—মাননীয় ! মহারাজগুম্না ঙাক্-শেন্বিগনি কুমারবু ।

সুমন্ত্র—শিত্রবদি, ঙম্মথৈ হোৎনজগে ।

রাম—ইনাও ! কৈকেয়ীমমা ! কাখৎলো ইমাঙ্দা রথদা ।

ভরত—আর্য্যগী আজ্ঞা ইজরে । ( রথদা কাখৎপা )

রাম মৈথিলি ! অসোম্দা লাউ । ইনাও লক্ষ্মণ ! অসোম্দা লাউ । আশ্রমগী কোম্বোং কাওবতং ভরতপু খিন্দোক্লুসি ।

( পুন্নমক্ থোক্খিবা )

ইতি মরিশুব অঙ্ক ।

# মঙাশুব অঙ্ক

( সীতাগা তাপসীগা চঙ্‌লক্‌পা )

সীতা—আর্য্য। লৈ-নির্মাল্য থল্লব আশ্রম অসি নিংথিজনা শেংদোক্লে। আশ্রমগী হৈ-লৈনা দেবপূজা পাঙ্‌থোক্লে। হৌজিক্ আর্য্যপুত্র লেঙলক্তি কাওবা পাম্বী মচাশিং'সিদা ঈশিং চাইথিন্নবা লুনা তোগে।

তাপসী—নঙী থবক্ কায়ত্রবদি কৈ।

( রাম চঙ্‌লক্‌পা )

রাম—( অরাবগা লোয়ননা )

ঐহাক্কা গুরুগা-ন [১] লৈত্রবপুরী থাদোক্তুনা নিংথিবা।
ঐহাক্কী বরিবৈদমক্ পুরদুনা লাক্লম্ব পোৎ পুম্নমক্।
হন্না ঙাক্লবগী ভরৎপু অদুদা গুঞ্চেম্ব চৎহন্‌খিবা।
রাধেদা! পুরি রাজ্যভার্ অদু মতোমতা য়াম্ন পাক্ চাউরবা॥ ১

(চিন্তা তৌদুনা) মতৌ অসুম্না অদুম্ মথোক্‌ই। হৌজিক্ অসি গুম্ব পুক্নিং ৱাবা কোক্লবগী দমক্ অবস্থা পুম্বদা সহায় ওইবী মৈথিলিগা উনগে। অদুবু বৈদেহীবু কদায়দা চৎপ্রবনো? (কোয়চচ্চতুনা য়েংলগা), হৌজিক্ ঈশিং চাইথিরম্ব উথোংশিংনা মনাক্ত য়াম্নক্না মৈথিলী লৈরে হায়বা তাক্লে। করিনা—

কোয়রৈ লৈরী পামেল্ থোঙী
কোম্‌দা ঈশিং কোঙোন্ য়াওবা।
থক্তে ঈশিং 'মোৎপা পাইথ্-
পা চেক্লাশিংনা খৌরাংবা॥ (ক)
চেন্‌থৎলী তীন্-কাং লৈকংদা।
কোজুৎ ঈশিং হেক্ থবদা॥
ঈশিং চুপ্‌শিম্বৈ খুজিঙম্
লৈরে 'নৌব দাগ্ উথোংদা॥ থ…২

---

১। শার্দ্দুল বিক্রীড়িত মুলম্। (১) অযোধ্যাপুরী। (ক) স্বভাবোক্তি অলংকার।

( য়েংলগা ) ভো ভো ! বৈদেহী 'সিদা লৈরে । আঃ রায়দা !

মাগী মখুৎ পায়বদ-রাব মিংশেন্,
রাদরে ঙসিদি পায়বদা চফু,
জঙ্গল্দা নুপী-নহাগী অখোৎপা,
রাগ্রেদা ! কল্হল্লি উরী মতৌগুম্ ॥ ৩

( চঙ্শিল্লগা ) মৈথিলি ! নহাকী তপস্যাগী উন্নতি ওইরিবরা ?

সীতা—হুঁ, আর্য্যপুত্র ! আর্য্যপুত্রগী জয় ।

রাম—মৈথিলি ! নহাকী ধর্মকর্মদা অকায়বা লৈত্রবদি কন্মু অসিদা ।

সীতা—আর্য্যপুত্রগী য়াথং ইজরি । ( কপ্থৈ )

রাম—মৈথিলি ! ঐঙোন্দা করিগুম্ব খর হংনিংনা উইদা করিনো ?

হকচাংদা তা-পায় নোংদম্ অথীবৈ ।
থম্মোইগী হোগায়ব লৈ কায়দনা'দুম্ ।
ভেঙ্গিন্ মখল য়াম্ব অরাব-তেন্না
হঙ্গিম্না পাল্লে মকম্ কায়দনা'দুম্ ॥ ৪

সীতা—আর্য্যপুত্রগী অরাবা-মৈচাক্ করিনো ?

রাম—হয়েংদি পূজনীয় পিতৃদেবগী [১] সমসর শ্রাদ্ধদিন্নি । পিতৃশিংনদি বিধি বিশেষ অমগী মতুং ইন্না পিণ্ডদান্ তৌহন্নিঙিঙ । করম্ তৌনা ঐনা মচু পাঙ্দোকদগে হায়বসিমক্ ঐনা চিন্তা তৌরি অমহিক্ত্রং :—

যেসা ঐনা কচ্চবচু মখোয়মক্না পেন্নি ।
ঐগী দোশা খঙ্বিবনি মখোয়মক্না মুন্না ।
পুজা ঐনা তৌনব অদুমক্তা হেক্ খল্লি ।
পাবুংমকী তৌগদব মতিক্ চাবা রামগী ॥ ৫

সীতা—আর্য্যপুত্র ! ভরতনা মহাকী ঐশ্বর্য্যগী মপাচানা শ্রাদ্ধ কৎলমগনি । আর্য্যপুত্রনসু নশাগী অবস্থা চানা হৈ-নৈ-নচিংব জলাঞ্জলি

৩। কাব্যলিঙ্গ অলংকার। (১) সংবৎসরদগী ওয়োয়ক্পা।

কৎপিনি। মসিমক্ পিতৃদেবনা য়াম্না পাম্না লৌবিগনি।

রাম—মৈথিলি!

উরগা কুশদা হৈ-লৈ শেম্-শাজব ইখুৎসিনা।
বনবাস ইপানা'দুদা নিংশিংদুন কপ্‌কনি॥ ৬

( মতুংদা পরিব্রাজক বেষ শেৎপ-রাবণ চঙ্‌লক্‌পা )

রাবণ—ও! অসিদা।

ইন্দ্রি মথা পোম্বনা সন্ন্যাসী বেশ্ শেত্তুনা।
[1] খর-হাৎপ-য়েরুব ইন্দ্রি গুম্ব রামবু॥
ঘীগুম্ মন্ত্র শোন্দব নমথাক্ লৌনম্ তৌদুনা।
চৎলিবনি তুনবা রাজ-কন্যা সীতাবু॥ ৭

(কোয়চচ্চত্তুনা য়েংলগা) মসিমক্ রামগী আশ্রম চঙ্‌কম্ কোম্বোং-নি। অসিরাইদা কুম্থরগে—( কুম্থবগা ) ঐস্তু অতিথি শারগে। ঐহাক্ অতিথিনি। কনা কনা লৈবগে?

রাম—( তাবগা ) অতিথিবু স্বাগত তৌজরি।

রাবণ—মশক্লগা কজবনে মখোয়গা হুংশিবনে থোইদোক্না নিংথিজরে।

রাম—( য়েংলগা ) ভগবান্! ভগবান্! খুরুম্জরি।

রাবণ—মঙ্গল ওইয়ু।

রাম—ভগবন্! আসন অসিদা লেঙ্‌শিন্বিসি।

রাবণ—( মতোমতদা ) করিনো! ঐগোন্দা থৌদাবগুম্ তৌইনা! (ফোংনা) ফরে। (ফবা)

রাম—মৈথিলি! চরণ শেংনব-জল পুরক্উ।

সীতা—আর্য্যপুত্রগী য়াথং ইজরি। ( মপান্ থোক্লগা চঙ্‌বা ) জল লৈজরে।

রাম—ভগবান্গী সেবা চঙ্।

সীতা—আর্য্যপুত্রগী য়াথং ইজরি।

রাবণ—( মাথা থঙ্‌লকদবা হায়বগী থোয়রাংবদুনা) ফরে, লৈসনু লৈসনু।

৬। করুণরসগী কজব থুদনি। ১। রাবণগী মনাও খর কৌবা।

মাঙ্নো মাদি পৃথ্বীদা নুপীরক্তা অরুন্ধতী।
মাগী স্বামীনি, নুপীনা সম্মান নংবু তৌবনি। ৮

রাম—অদু ওইরবদি পুরকউ ; ঐমক্না সেবা তৌগে।

রাবণ—ছায়াবুদি কাম্রগা মশাবুদি কাল্লোই। নিংথিব বাহৈনা তরাম্না তৌবিবসিনা অতিথি সৎকার ওইরে। ঐবুসু পূজা তৌবিরে। ফম্বিয়ু।

রাম—ফরে! (ফমৈ)

রাবণ—(মথন্তদা) ঐহাক্সু হৌজিক্তি ব্রাহ্মণগী মতিক্চাব আচার চৎলগে। (ফোংনা) তাবিয়ু! ঐগীদি কাশ্যপ গোত্রনি। ঐদি [1] অঙ্গ-উপাঙ্গ-য়াওনা বেদ, মনুগী ধর্মশাস্ত্র, শিবগী যোগ-শাস্ত্র, বৃহস্পতিগী অর্থশাস্ত্র, মেধাতিথিগী ন্যায়শাস্ত্র অদুগা বরুণগী শ্রাদ্ধবিধি তম্লকই।

রাম—করি! করি! শ্রাদ্ধবিধি!

রাবণ—শ্রুতি শাস্ত্র পুম্নমক্ ছন্দোক্লগা শ্রাদ্ধবিধিবু পাম্বিরি। করিগীনো?

রাম—ভগবন্! পিতা-লৈথিত্রবগীদি হৌজিক্ মসিনা বেদনি।

রাবণ—থাদোক্পনদি কাম্নদে। হংবিয়ু হংবিনিংবমখৈ।

রাম—ভগবন্। পিণ্ডদান তৌবদা করিনা পিতৃশিংবু পেল্‌হন্‌গদগে?

রাবণ—শ্রদ্ধাগা লোয়ননা দান তৌবমখৈ শ্রাদ্ধনি।

রাম—ভগবন্। লুনা তৌত্রবদি লৌবিদে। য়াম্না য়ুম্না খঙ্ নিংহুনা ঐনা হংজরিবনি।

রাবণ—তাবিয়ু। নাপিগী মরক্তা কুশ, ওঁষধিগী মরক্তা থোইদিং, মনা-মশিংলক্তা কালশাক, ঙাগী মরক্তা মহাশকর, উচেক্লিঙ্গী মরক্তা [2] বাধ্রীনস, শাগী মরক্তা ষণ নত্রগা গণ্ডার—পুম্নমক্ অসি মীগীদমক্ তৌনৈ।

---

১। বেদগী অঙ্গ—শিক্ষা, কল্প, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, ছন্দ, জ্যোতিষ। উপাঙ্গ—পুরাণ, ন্যায়, মীমাংসা, ধর্মশাস্ত্র। ২। উচেক অাৎ অমা—বাধ্রীণসসু কৌনৈ। মসিগী শা প্রাজদা কথৈন। মকোক্, মখোং অমম্না মচিন-ঙাওঙ ; মচু মুই।

রাম—ভগবন্! 'নত্রগা' হায়বসিনদি অতৈ থরম্ লৈরি হায়না নিস্তিঙ।

রাবণ—লৈরি, অদুবু মদুদি [1] প্রভাব-না কংনৈ।

রাম—ভগবন্! অদু ওইরদি মসি ঐগী অচেৎপ সঙ্কল্পনি—

অনিমক্তি ইখুত্তা লৈ মদু কংননবৈদমক্।
তপস্যা নত্রগা লৌরুং অমনা নত্রগা 'সিনা ॥ ৯

রাবণ—লৈ। অদুবু মখোয়দি হিমালয়দা লৈ।

রাম—হিমালয়দা হায়বা? কদাই কদাইদা?

রাবণ—হিমালয়গী তরেচ্ছুব চীংদোম্দা সাক্ষাৎ শিবগী কোক্তগী তারক্প গঙ্গাজল থক্প, বৈদূর্য্যমণিগুম্ব অশংব মচু-ময়াংলেন্ চেথ, মুংশিৎমুক য়াওব,

[2] কাঞ্চন-পার্শ্ব কৌব শক্তী লৈ। বৈখানস, বালখিল্য,
নৈমিষারণ্যদা লৈব-নচিংব মহর্ষিশিংনা চিন্তা হেক্
তৌবদা মখোয় মশানা লাক্কূনা প্রাণ থাজরৈ;
মহর্ষিশিংনা মখোয়গী শা অদুনা শ্রাদ্ধ কর্ম পাঙ্খোক্লে।
পিতৃশিং মদুনা পেম্ব মচাগীকল কংনরি।
লংলব দেহনা কানৈ [3]জরা লৈতব স্বর্গদা ॥ (ক)
তোংমিন্নদুনা দোলাইদা লাইগা লৈমিন্নৈ স্বর্গদা।
উরুরুলৈব বিষয়না মখোয়বু ফাদে ন্মদুনা ॥ (খ) ১০

রাম—মৈথিলি!

লৌয়ো বিদায় নচাগুম্ব শক্তি-উপান্দগী।
বিন্ধ্যারণ্য-চায়বী নত্তা উরীশিংদগী ॥
উমংশিংদা লৈরুনি হিমালয় গিরিগী।
থাংমৈগুম্ব ওষধি লতাশিংনা লংলব ॥ ১১

সীতা—আর্য্যগী য়াথং ইজরি।

---

১। মহিম্—ভেলয়। ২। নাক্ অমি সনাগী মচু (গোল্ডন ফ্লেন্ক্ড্) সনাগী শক্তি। ৩। অহল্ ওইবা—দেহ মহম অমদি থুইথয়ক্পা।

রাবণ—কৌশল্যমমা ! অরাংব আশা কাল্লবনি। মথোয়বুদি মীনা উবা ফংদে।

রাম—ভগবন্ ! হিমগিরিদবু লৈবরনে ?

রাবণ—হোয়, লৈ।

রাম—অদু ওইরবদি য়েংবিয়ু দো !

সনাগী সজি ঐশোন্দা *হিমগিরিন উত্রদি।
তেরা লেঙনি ঐহাক্কী তাহন্নি ১ ক্রৌঞ্চগী দশা॥ ১২

রাবণ—(মথন্তদা এ হে। মসিগী গর্ব্বসিদি থাঙ্ব য়াদ্রেনা।
(কোংনা) তো তো। নোংথাঙ্গুম্ব করিনো উরিবসে। কৌশল্য-মমা ! হিমগিরিনা অসিমক্তদা লাক্তনা নহাকপু পূজা তৌররি। তো, কাঞ্চনপার্শ্ব !

রাম—মসিদি ভগবান্গী প্রভাব ননি।

সীতা—লাইবক ফবনা আর্য্যপুত্রগী উন্নতি ওইরে।

রাম—নত্তে, নত্তে—

ভাগ্যননি ইপামক্কী লাকচবসি মতোম্তনা।
কৎকদবনি পূজাদো লক্ষ্মন্দা হায়ু মৈথিলি॥ ১৩

সীতা—আর্য্যপুত্র ! তীর্থ যাত্রাদগী হল্লকপ কুলপতিবু ওক্নবগী লক্ষ্মন্দা ভাকপিখরে।

রাম—অদু ওইরবদি ঐহাক্তক চৎলগে !

সীতা—আর্য্যপুত্র। ঐদি করি তৌগনি ?

রাম—ভগবান্ অসিগী সেবা তৌ।

সীতা—আর্য্যপুত্রগী য়াথং। (রাম থোক্খিবা)

রাবণ--রাঘবনা শজিক্ পুতুনা চঙ্শিল্লি। অদুগা শজিনা পিজগদব পোৎ অদুদা মিচ্চিনা য়েংদনা চেল্লি। মতু উবদা রাঘবনা

*'ন' 'না'গী মহুত্তা ছন্দগীদমক্। ১। হিমালয়গী মচা অমসুং মৈনাক পর্বতকী মচা ক্রৌঞ্চপর্বতপু কার্ত্তিকেয়গী তা-না অমসুং পরশুরামগী তেরা লেংখি পুরাণদা য়াওরি।

লীরুংদা তেঙ্গা থোংথরে। ওক্ই পাঙ্গল্ মথৌনাস্থ ওক্ই থাওবা অয়াঙ্‌বস্থ। রাম হায়ব ময়েক্সিনা লীপ্লে 'ধুংনা জগৎ অসি॥ ১৪

শক্তি অসিনা অমুক্তং চোংহনা তেন্‌গী লক্ষ্যদগী নাম্বোক্ত্‌না শূরব বন্দা হোচ্চিন্‌থরে।

সীতা -( মথন্তদা ) আর্য্যপুত্র নৈতবদা অসিদা ঐ কিরে।

রাবণ—( মথন্তদা ) পুত্রিচৈ মায়ানা রাম্বু,
হুগে কপ্পিবী সীতাবু,
মন্ত্রশোন্দব [১] আহুতিগুম্ ১৫

সীতা—ঐ থাংপোক্তা চঙ্‌লগে। ( চৎকে তৌবা )

রাবণ—( নিজরূপ লৌহনা ) সীতা! ভাইখো! ভাইখো!

সীতা—এঃ! কনানো 'সিদে!

রাবণ—নং খঙব্রা?

লান্দা মায়থিব পীব ইন্দ্রবুস্থ দৈত্য-য়াওব-লাইয়াম্বস্থ।
মাঙ্‌বা শূর্পনখা মশক্ত্‌ উবদা, ভাইশিংবু হাত্তোক্‌খিবা।
পাঙ্গল্ য়ায়স্থ কম রামবু মবুকচেন্ খোয়ব লৌনমহনা
লাক্লে হুনবগী নহাক্‌পু কজবী মিত্তাদি রাবন্নি ঐ ১৬

সীতা—এঃ! রাবণলা। ( চৎপা )

রাবণ—হেহে! রাবণগী মিৎমাঙ্‌দগী কদায়দা চৎকদৌরিবা?

সীতা—আর্য্যপুত্র! কম্বিয়্ কম্বিু। হে সুমিত্রানন্দনা! কপ্পোরাও কপ্পোরাও।

রাবণ— সীতা ঐগী পাঙ্গল্ হায়গে তাও।
মায়থিব্রে ইন্দ্ররাজ নীক্‌থরে [২] লম্মপু।
নাম্বব্রে থাজমক্ নম্‌থুরে মৃত্যুরাজ।
তোল্লিদা স্বর্গদো পাঙ্‌দবা লাই-থবা।
জানকী নৈবলম্ লম্নিদো য়াইকবা॥ ১৭

১। মৈদা কৎপা যী। ১৫ গৌরীছন্দ। ১৬ শার্দ্দূল বিক্রীড়িত ছন্দমুলস্থ। ২। কুবের।




হে হে! রাবণগী মিৎমাঙদগী কদায়দা চৎকদৌরিবা? লাঃ ৫২

সীতা—আর্য্যপুত্র ! কম্বিয়ু, কম্বিয়ু। হে সৌমিত্রি। ঐবু কল্লোরাও কল্লোরাও।

রাবণ— রাম্‌দরা লক্ষমন্রা স্বর্গদা লৈগ্রবা।
নঙ্গি রাজাদরা চঙ্‌জরো 'পাম্বদা॥
কাৈম্ন মশোয়গী করি মিংত্তু পম্বদা?
নৈহৎপ * কৈজাওবু শঙাইন † ঙম্বরা? ১৮

সীতা—আর্য্যপুত্র ! কম্বিয়ু, কম্বিয়ু। সৌমিত্রি! কম্বিরোলাউ, ঐবু কম্বিরোলাউ।

রাবণ— মিত্তা কবী কাম্নরোই পি তাবনা।
লৌরো নহাকী নপুরোইব ঐবুত্তুম॥
লাই ময়াম্ য়াওদুনা ঙম্মৈ কপ্ল'স্থ।
ঙম্মরোই থেংনবা ঐসিগা রামনা॥ ১৯

সীতা—(শাউনা) নংবু শাপ তৌরে।

রাবণ—হাহা। পতিব্রতাগী মরিংজেন্ অঙকপনি।

চোংথৎলবন্থ রাম্‌রাংনা হুমিৎ মৈশান চাক্তুগা।
রাহৈ 'সিমক্ক 'শাপ্ তৌরি' চাকয়া ঐবু হেক্তমক্॥ ২০

সীতা—আর্য্যপুত্র ! কম্বিয়ু কম্বিয়ু।

রাবণ—(সীতাবু ফারগা) ও জনস্থান্দা লৈব তপস্বীশা ! তাও!
রাবণ ঐনা পাঙ্গম্ন সীতাবু পুম্রি ফাদুনা।
উৎলসন্নু মপাঙ্গন্ রাম্না ক্ষেত্রী ধর্ম ঙাক্লবৈ॥ ২১

সীতা—আর্য্যপুত্র। কম্বিররো ঐবু কম্বিররো।

রাবণ—(কোয়চচ্চত্তুনা য়েংলগা) হেহে! তম্‌থিব মচিন্‌পাম্ব
মশাখম্ন শউম্না ঙপাম্বী পুম্ব নৈহৎপ জটায়ু ঐতম্না
হোচ্চিয়ক্লি। অচ্ছা, ঙহাক্কং ঙাইখো।

---

*ছন্দগীদমক্ 'আ' ওইহন্দয়ে।

ইথুৎনা পায়ব থাংশাংনা কক্থৎলগা নশা অচু ।
ঈনা চোৎহল্লগা নংবু থাগে যম-ময়ুমদুদা ॥ ২২
( থোক্‌খিবা )

ইতি মঙাশুব অঙ্ক ।

## তরুক্‌শুব অঙ্ক

বিকম্ভক ( ইন্টার্ল্যুড )

( হন্নুব তপস্বী অনি চঙ্‌লক্পা )

অনিমা—মহাশয়খোয়না কন্বিয়ু কন্বিয়ু

অহাব— থয়ো অশংবৈ মচুগুম্লবা কুচু ।
য়া লংলব থম্বোগুম্ ঙৌরব উৎপা ॥
হিংচাব মকোক্লা নোংয়াইতদ কোয়ব ।
সীতাবু শঙাইগুম্ শুম্মাল্লনা কাখরে ॥ ১

অনিশুব— ভো ভো মাননীয়া বৈদেহী লৈরে অসিদা—
হাইহৎলে [১] নাপী-নিঙোল্‌গুম্ ।
হাইরে লৈশাৎপী উরীগুম্ ॥
নঙ্গৎলে পাপী রাবন্না ।
তুপ্রে বন্দে তপ্‌কী ফল্‌গুম্ ॥ ২

অনিমা — মহাশয়খোয়না কন্বিয়ু, কন্বিয়ু !

অহাব— ( মথক্তা য়েংলগা ) ভো ভো ! ঐখোয়না শোয়রিঙৈদা জটায়ুনা দশরথগী [২] লমন্ শিঙ্‌নবগীদমক, 'ঐ লৈরিঙৈদা নংনা কদায়দা নাম্থোক্লনি'—অসি হায়দুনা রাবণবু কৌর-কৌরদুনা আকাশদ পাইখৎলম্মী ।

---

১। শিল্। ২। জটায়ু মহারাজ দশরথগী চায়ব মরূপ্নি। মমাঙৈদা শনি গ্রহগী ভন্থীব মিৎয়েংদগী দশরথনা জটায়ুবু কন্থিখি। লমন্ অদু শিংনবগী সীতাবু কনবা লাক্লম্মী।

অনিশুব—ভো, রাবণনা শাউবনা মমিৎ উরুরু লৈদ্রুনা মমায় লৈশিল্লে।
অহায—রাবণ অসিদা—
অনিশুব—জটায়ু অসিদা—
অনিনা—হাই হাই। আকাশদা লান্ থেংনরে।
অহায—কাশ্যপ, কাশ্যপ! য়েঙু, গৃধ্ররাজগী মশাঙ্গল্সে—

লান্ তৌরম্মী বৈরীগা কন্থিল্লুনা হেক্ মশানা।
থিন্-গাই-হোগাইদুনা কম্না লাক্লরম্মী মচিন্না।
চীঙ্মায়দৈ নুংদুম্ ফুক্তোকুম্ য়ান্দুনা বজ্রমক্না।
য়োৎপীগুম্বা শদুম্ কক্লম্মী থবাক্তে খুজিন্না॥ ৩

অনিশুব—হাই হাই! রাবন্না শাউদুনা থাংশাংনা গৃধ্ররাজগী য়েথংব লেংবান্দা য়াল্লে।
অনিনা—ওঃ মুঙাইতেদা! মহামান্য জটায়ু তাখরেদো!
অহায—অয়াবনিদা! মাননীয় জটায়ু অসিনা—

চপ্ চানব মথৌনাগা মতীক্ উঙু্না,
শাম্নপোৎকুম্ য়েক্নববু থৌ-রা শাদনা,
লংলব-শাঙ্গল্ রাবণ্গী নমথুরম্দুনা,
তুপ্রে থুদেকপ উগুম্ গজরাজনা॥ ৪

অনিনা—মহাক্ স্বর্গ কংজসনু!
অহায—কাশ্যপ! ল্লাউ! রারম্ অসি মাননীয় রামচন্দ্রদা হঙ্গৎল্লুসি।
অনিশুব—মানি, চুম্মী। মসিমক্ অহায থৌদাংনি।

(অনিমক্ থোক্খিবা)

॥ বিষ্কম্ভক ॥

(কঞ্চুকী চঙ্লক্পা)

কঞ্চুকী—কনা কনা লৈ অসিদা! সিংহদ্বার ঙাকপা কনা লৈবগে?

(চঙ্লপা)

প্রতিহারী—আর্য্য! বিজয়া লৈজৈ। করি ভাবুশিনদবা?

কঞ্চুকী - বিজয়া ! কুমার ভরতা হঙ্গৎলু—'রাম দর্শনগীদমক্ অনম্বান্দা পূজনীয় সুমন্ত্র চৎলুবদু হল্লক্লে।'

প্রতিহারী—আর্য্য ! মাননীয় সুমন্ত্রবু থবক মহৈ য়াল্লগা হল্লক্লবরা ?

কঞ্চুকী—ইবেম্মা ! থওদে।

থম্মুঙ্গীরাব-মৈচাক্লা কাহৎলব মমায় অদু।
উবদা ঐদি মুংশাথীরে য়াম্নমক্ সুমন্ত্রগী ॥ ৫

প্রতিহারী—আর্য্য ! মসিত্তাবদা ঐগী হৃদিশু য়াম্না খোয়রাংলে।

কঞ্চুকী—ইবেম্মা ! করিগী লেপ্তুনা নৈরিবা থুনা হঙ্গৎলুরো।

প্রতিহারী—আর্য্য হঙ্গৎলুরগে। (থোক্খিবা)

কঞ্চুকী—( য়েংলগা ) মাননীয় কুমার ভরত সুমন্ত্র লাক্পদা মপুক্লিং হয়াওনা চীয় (শেগায়বা কী) অমসুং উকু শেম্ভনা মকোক্তা নাপু-শানা ওাংব জটা পুদুনা অসোম্দা লাক্পিরি।

য়েক্লবদদি কাল্গুম্ব গুণ চেল্লব ফাওরব।
ইন্দ্রগুম্নব লাইয়াম্গী সূর্য্যবংশ লুচিংখিব ॥
পুক্চেল্ চাউব ময়াথংনা পৃথী ওাক্পা মহাক্তনা।
শাজৎ শামু মচাগুম্না চীওলেম্না লাক্পিরে 'সিদা ॥ ৬ যুগ্মক

( মতুংদা ভরত অমসুং প্রতিহারী চওলক্পা )

ভরত - বিজয়া ! অচুম্বরা, মাননীয় সুমন্ত্র লাক্লে হায়ববু ?

মমাওৈদা চৎপদা আর্য্য উনবা,
পাদুকা বাশক্ কংথুনা হল্লক্খিবা,
উনরগা সুমন্ত্রনা হল্লক্পরা ?
য়াম্মু থাইগী মিৎ-বুদ্ধি-মন পেলহব ॥ ৭

কঞ্চুকী—( চওশিল্লগা ) কুমারগী জয়।

ভরত—মাননীয় সুমন্ত্র কদায়দা লৈবগে ?

কঞ্চুকী—সনথোওদা।

ভরত—অদুদি থুনা চওহল্লকউ।

কঞ্চুকী—কুমারগী য়াথং ইজরি। (থোক্‌খিবা)

(সুমন্ত্র অমসুং প্রতিহারী চঙ্‌লক্‌পা)

সুমন্ত্র—(থবাইরানা) হাই হাই! অরাবনি!

নিংথৌ মকুম্‌খিব উজরে ঐহাক্না,
রাম্‌ বন্দা চৎখিব উজরে ঐহাক্না,
বৈদেহী হুখিব তাজরে ঐহাক্না,
য়াম্‌কুইনা পুক্লিব ওইররে দোষয়াম্না ॥ ৮

প্রতিহারী—(সুমন্ত্রদা অপাননা) আর্য্য! লাক্‌পিসি, লাক্‌পিসি। মজা-ইবুঙো অসিদা লৈরে! আর্য্য! চঙ্‌শিন্নিয়ু।

সুমন্ত্র—(চঙ্‌শিন্নগা) কুমারগী জয়।

ভরত—মাননীয়! লোক অসিদা মপানুংশিবা হৌদোক্‌পিববু উবিরক্‌-পরা? অরুন্ধতী চরিত অনিথোকপীবু উবিরক্‌পরা? মরম্‌ লৈতনা বন-চৎপ ময়াম্ব-মুংশিববু উবিরক্‌পরা?

(সুমন্ত্র চিন্তা তৌদুনা লৈবা)

প্রতিহারী—মজা ইবুঙোনা আর্য্যদা হংবিরি।

সুমন্ত্র—ইবেম্মা ঐঙোন্দা তাক্‌পিয়িবরা?

ভরত—(মথন্তদা) থাজে শেংনমক্ য়াম্না অরাব ওইরে। অম্নামৈচাক্না মহাক্কী হৃদি শূন্য ওইখরে। (ফোংনা) মাননীয়বু লম্‌খাঙ্‌দগী হল্লিরক্লবরা?

সুমন্ত্র—কুমার! মজা-ইবুঙোগী য়াথংদগী রামদর্শনগী জনস্থান তাম্না চৎপদা লম্‌খাঙদগী করিগী হল্লকদগে?

ভরত—মথোয়গা অওইবমক্ শাউদুনা নত্রগা ইকাইদুনা (নহাক্‌পু) উনশিত্রবরা?

সুমন্ত্র—কুমার!

কদায় অশাওব-নোল্লুক্‌পৈ রাশক্ চেৎপৈ ইকাইবম্ন।
মথোয় লৈত্রে তপোবন্দা ইহাঙ্‌ হাঙ্‌না উরক্‌ইদো॥ ৯

৮। জলধরমালা।

ভরত—অদুদি কদায়দা চৎপ্রবগে, তাবিরকপরা ?

সুমন্ত্র—কিষ্কিন্ধ্যা কৌব বান্দরশিঙ্গী দেশ অমা লৈ। মহুদা চৎখ্রে হায়না তারকই।

ভরত—ওঙ্খোকইদা! বান্দরশিংদি [১]পুরুষগী তারতম্য খঙ্বিদে মখোয়দি য়াম্না রানা লৈবনি।

সুমন্ত্র—কুমার! শা-ঙাগী অাত্তা পোক্লবসু উপকার খঙিঙ।

ভরত—মাননীয়! করম্ হায়না ?

সুমন্ত্র—রাজ্যদৈ তাক্লব নূপীসু মুন্থ্রব
ময়াম্ব অহন্ বালিনা!
চীঙ্দা লৈমিন্নব অচুবু সুগ্রীব
লাম্বিরে রাব মান্না॥ ১০ (যুগ্মক)

ভরত—মাননীয়! 'রাব-মান্নব' হায়রিবসিবু করিগীনো ?

সুমন্ত্র—(মখক্তা) হাই! ওন্নমক্ হায়খ্রেদো ঐনা। (কোংনা) কুমার! মহু করিসু নত্তেদা। ঐশ্বর্য্য মাঙ্বা মান্নবগী রাখন্দগী হায়বনি ঐনা।

ভরত—মাননীয়! লোত্তুনা থম্বিরিবা করিগীনো ? স্বর্গ কাখ্রব মহারাজগী চরণ পন্দুনা রাশক্লে, মাননীয়না সত্য হায়দোক্পিত্রবদি!

সুমন্ত্র—গতি লৈত্রেদনা। তাও—
ওইরে হিংচাবৈ অকম্ব মুনিগীদমক্ য়েক্লব,
পুখ্রে মায়াগী পাম্বৈনা সীতা হুন্দুনা রাবন্না। ১১

ভরত—করি! করি হায়বা হুখ্রে! হায়বা! (মূর্চ্ছা ওইবা)

---

(১) "পাত্রে ত্যাগী গুণে রাগী ভোগী পরিজনৈঃ সহ।
শাস্ত্রে বোদ্ধা রণে যোদ্ধা পুরুষঃ পঞ্চলক্ষণঃ॥"

পাত্র চাবদা থাদোক্পা, গুণ পাম্বা, স্বজনগা ভোগ ভৌমিন্নবা, শাস্ত্রদা পণ্ডিত ওইবা, লান্দা মায়োং রাবা—নিপাগী লক্ষণ মঙা।

সুমন্ত্র—তপ্‌থবিয়ু, তপ্‌থবিয়ু।

ভরত—( থর তপ্‌থরগা ) আঃ! কয়াত রাপ্রবনো!

মপা জ্ঞাতিশিঙ্গা কায়নব,
য়াম্মা রাবা বন্দা নংলব,
অহুদগী নুপী কায়নব,
ভাম্রে আর্য্য থাগুম্ নোংথর॥ ১২

হাই, হাই! ঐনা হৌজিক্ করি তৌগনি? করে, খঙ্‌লে। মাননীয় ঐগী ইতুংদা লাক্‌পিয়ু।

সুমন্ত্র—কুমারগী য়াথং ইজরি। ( অনিমক্‌ থোক্‌খিবা )

সুমন্ত্র—কুমার! নত্তে, নত্তে, লেঙ্‌শিন্নিগনু লেঙ্‌শিন্নিগনু। মসিদি মহারাণীশিঙ্গী লৈমকোম্নি।

ভরত—ঐহাক্কী মকম্ অসিমক্তদা থবক্ লৈ। প্রতিহারী কনা কনা লৈ? ( চঙ্‌লগা )

প্রতিহারী—মবুঙোগী জয়। ননাই বিজয়া লৈজে।

ভরত—বিজয়া! পূজনীয়াশিংদা ঐ লাক্‌পগী পাউ হঙ্গথবু।

প্রতিহারী—করম্ব রাণীমাদা হঙ্গৎকনি?

ভরত—ঐবু রাজা ওইহন্নিংবীদা।

প্রতিহারী—( মথক্তদা ) করিগী ওইরিগবা। ( কোংনা ) মবুঙোগী য়াথং ইজরে। ( থোক্‌খিবা )

( মতুংদা কৈকেয়ীগা প্রতিহারীগা চঙ্‌লক্‌পা )

কৈকেয়ী—বিজয়া! ঐগা উনগে হায়দুনা ভরত লাক্লবা!

প্রতিহারী—মবেম্মা! লাক্লে। মহারাজ কুমার রামগী মনাক্তগী মাননীয় সুমন্ত্র হল্লক্লে। মহাক্না লোয়ননা রাজকুমার ভরত মবেম্মাবু উননিঙিঙ।

কৈকেয়ী—( মথক্তদা ) করিমরম্ হায়দুনা ভরতনা ঐবু অমুক চৈরগবো-রিবা?

প্রতিহারী—মবেম্মা। মহারাজ কুমার মনুংদা চঙ্লকদরা ?

কৈকেয়ী—চৎলো। মহাক্পু পুন্থনা লাউ।

প্রতিহারী—মবেম্মগী অজ্ঞা। ( কোয়চচ্চৎপা অমসুং চঙ্শিন্নক্পা ) কুমারগী জয়! লেঙ্শিন্বিরকউ।

ভরত—বিজয়া! হঙ্গৎলুরবরা ?

প্রতিহারী—অজ্ঞা।

ভরত—অদুদি ঐখোয় অনি চঙ্লসি ( চঙ্লগা )

কৈকেয়ী—ইবুঙো! বিজয়ানা হায়—'রামগী মফমদগী সুমন্ত্র হল্লক্লে।'

ভরত—মথংদা সুঙাইব পাউ অতৈসু নঙোন্দা হায়গে।

কৈকেয়ী—ইবুঙো। কৌশল্যা অমসুং সুমিত্রাবু কৌগদরা ?

ভরত—হুম্হুম্, মখোয় অনিনা তাবা য়াবা নত্তে।

কৈকেয়ী—( মথন্তদা ) হুঁ করি ওইরিগবা ! ( ফোংনা ) ইবুঙো ! হায়রো।

ভরত—তাবিরো—

থাদোক্লম্মে নৈপাক্ চৎপ্রে বন্দা য়াথংদৈ নংমকী।
হুপ্রে সীতা নুপী মাগী পুম্পুং থুংলে আশা নঙ্গী ॥ ১৩

কৈকেয়ী—হুঁ

ভরত—হাই হাই!

পাঙন্ কয় মবুকচেন্ চাউরব ইক্ষ্বাকু বংশগী।
হুবিথরে মমৌনুপী মমৌ নহাক্পু ফংবদৈ ॥ ১৪

কৈকেয়ী—( মথন্তদা ) ফরে। হৌজিক্সক্ হায়দোক্পগী মতম্ চপ্চারে।
( ফোংনা ) ইবুঙো! নংদি মহারাজগী শাপকী মরম্ খঙ্ব্রা ?

ভরত—মহারাজবু শাপ তৌখ্রবরা ?

কৈকেয়ী—সুমন্ত্র। শন্দোক্লা হায়বিয়ুদনা।

সুমন্ত্র—দেবি। য়াথং ইঙরে। কুমার! তাবিয়ু—মমাঙৈদা মহারাজনা মৃগয়া লেঙ্খিবদা কনাগুম্ব অন্ধমুনিগী নয়ন ওইরিব মুনিকুমারনা করিগুম্ব পুথ্রি অমদা ঈশিং শোক্প মতমদা, জললগী শাম্

১৩। বিদ্যুম্মালা ছন্দ।

ঙংবগুম্ব মখোম্ভাবদা বনগী শান্থু লৈরমাল্লে চিংনত্তুনা শব্দভেদী ভেম্না মুনিকুমার অদুবু হাৎলম্মী।

ভরত—হেক্ হাৎলম্লবা ! বিষ্ণু বিষ্ণু ! পাপ পুদসম্নু. পাপ কোক্‌সম্নু ! অদুদগী ?

সুমন্ত্র—মচা শিবদু উবদা—

কপ্লগা সত্যবাদী মুনি 'দুনা হায়খিরম্বনি ।
শিয়ু নহাক্স, ঐশুম্না নচা কায়নব-য়াবদৈ ॥ ১৫

ভরত—হাহা ! মসিদি য়াম্না অয়াবনিদনা !

কৈকেয়ী—ইবুঙো ! মরম্ অসিদগী ঐঙোন্দা দোষ থৈজিন্দুনা ইচা য়াম্নু বন্দা থাখিবনি—য়াজাপাম্বদগী নত্তে। মহর্ষিগী অভিশাপ কোক্‌পা য়াদ্রবনি । মচাবু বন্দা থাদনদি ওইরোই ।

ভরত—মচাবু বন্দা থাবা চপ মান্নবদি করিগী ঐবু থাদবগে ?

কৈকেয়ী—ইবুঙো ! মাতুলগী মযুমদা লৈবনিনা নঙা কায়নবদি মহৌশা অদুম্মক্ ওইরে ।

ভরত—অদু ওইরবদি "চহি তরা মরি" হায়বগী মরম্ করিনো ?

কৈকেয়ী—ইবুঙো ! "সুমিৎ তরামরি" অসুম্ হায়গে তৌবদগী পুক্লিং য়াম্না চরাঙ-খোয়রাঙ্‌নবদগী "চহি তরা মরি" হায়দোক্‌খিবনি ।

ভরত—বিচার তৌদুনা চপ চানা হায়নবগী বুদ্ধিদি লৈ। অদুদি গুরুজনশিংদি মসি খঙ্‌ব্রা ?

সুমন্ত্র—কুমার ! বসিষ্ঠ-বামদেব-নচিংবনা মসি খঙ্‌বি অমসুং য়াবি।

ভরত—ওঃ। মখোয়দি ত্রিভুবনগী সাক্ষীনি। লাইবক্-ফবদগী ইমাগী দোষ লৈত্রে ! ইমা ! ইয়াম্ব সুংশিবদগী অশাওবা খোরক্‌পনা ঐনা নহাক্‌পু নিন্দা তৌখ্রে, পুম্নমক্ অদু ইমানা ক্ষমা তৌবিয়ু। ইমা ! ঐনা প্রণাম তৌজরি।

কৈকেয়ী—ইবুঙো। মমা কমানা মচাগী দোষ কমা ভোদবগে?
হোগথলো, হোগথলো। মসিদা দোষ করি লৈগদগে?

ভরত—চাম্বিরে। ইমাদগী বিদায় লৌজরে।
ওসিমক্ ঐ আর্য্যগী সহায়গীদমক্ রাজমণ্ডল পূম্নমক্ শেম্-শাদুনা থম্লগে। হৌজিক—
থল্‌হনগে ভোর্বাম্দু লাক্বং মহাম্মা।
মক্ষনগে তাবা মচুম্ শামুশিংনা।
রাহনগে লাম্হোক্‌প লাম্মী মপেনা।
ঈপাকা চপ্ মান্নবা কোক্ তরাগা॥ ১৬
আঃ! করিনো লাউ-খোঙ্গুম তারিবসে। থুনা মরম্ খঙ্‌ঙ্‌চো।

(চঙ্‌লগা)

প্রতিহারী—কুমারগী জয়। রারম্ অসি তাবদা মহারাণী অহন্ রাম্বথরে।

কৈকেয়ী—ইসে।

ভরত—করি! ইমা রাম্বপ্রবা!

কৈকেয়ী—ইবুঙো! লাউ। আর্য্যাবু থেম্‌জিল্লুসি।

ভরত—ইমাগী য়াথং ইজরে। (ওয়বক্ থোক্‌খিবা)

ইতি তরুকশুব অঙ্ক।

## তরেৎশুব অঙ্ক

মিশ্র বিষ্কম্ভক (মিশ্র ড ইন্টলুড্)

(তাপস চঙ্‌লকপা)

তাপস—নন্দিলক। নন্দিলক।

---

১৬। শালিনী ছন্দ

নন্দিলক—( চঙ্লগা ) আর্য্য ! ঐ অসিদা লৈজরে।

তাপস—নন্দিলক ! কুলপতিনা তাকৃপি—'মহাক্কী নূপী হুরাব অমসুং মরোল্ অহুম্-নৈব-রাবণবু হাৎলগা, রাক্ষসশিঙ্গী ওয়ৈতনব-লম্চচ্চৎপ অয়াম্ব-গুণ-লৈতেংব-বিভীষণবু (লঙ্কা রাজ্যদা) অভিষেক তৌরগা —দেবতা অমসুং দেবর্ষিশিংনা চরিত্র শেংবীনি হায়না য়েপ্পরবা মাননীয়া সীতাগা লোয়ননা শরৎঋতুগী মতুম অতিয়া থাজগুম পুক্লিং হুরব রামচন্দ্র শওম্-হিংচাব-য়োং-লুচিংবনা ইকোয় কোয়-শিন্না থুওরে। মরম্অসিনা, ওসি আশ্রমঅসিদা ঐখোয়গী লৈজবা মতুং ইন্না খোয়াং তৌগদবা পোচ্চে পুম্নমক্ শেম্শারো।'

নন্দিলক—আর্য্য ! পুম্নমক্ শেম্শাবা লোইরে। অদুবু—

তাপস—অসিদি করিনো ?

নন্দিলক—অসিদা বিভীষণগী মন্নাপ্ মপাংশিংসু লাক্লে। মখোয়গী চান-থক্লবগীদি কুলপতিনা তাকৃপিগনি।

তাপস—করিগী ?

নন্দিলক—মখোয়দি চায়দনা।

তাপস—অরেম্বদা পাখৎকনু। রাক্ষসশিংদি বিভীষণগী য়াথং ইথ-ঙাক্কনি।

নন্দিলক—রাক্ষস সাধুবু খুরুম্জে। ( থোক্খিবা )

তাপস—( য়েংলগা ) মাননীয় রাঘবনিদনা। মহাক্না—

জয় মী অখোইব ! বৈরীবু অতৈ লৈর'সু মায়থিম্ন্।
ছত্র অমত্তগী খাদা পৃথিবী পুম্ব লৈসনু ॥ (ক)
পোঘিরব মুনিশিংনা স্তুতি তৌরব অমুনা।
কুম্থরক্লে বিমান্দগী পৃথিদা মীগী ইন্দ্রনা (খ) ১
জয় রামচন্দ্রগী জয়। ( থোক্খিবা )

॥ মিশ্র বিষ্কম্ভক ॥

( রাম চঙ্‌লক্পা )

রাম—হ !

মপাঙ্গন্ কয় লীংজেলৈব দশ্যানবু হাৎলগা ।

চরিত শেংবী মগুণচেৱী জানকীবু পুররগা ॥

জগত্তা গুরুগী য়াথং থম্থেং কাওব ওারগা ।

মুনিশিং লৈব আশ্রম্দা হয়া অমুক্ত থুংলরে ॥ ২ (যুগ্মক)

তাপসশিংবু খুরুম্নবগী সীতা ইমুংদা চঙ্‌খিবহু য়াম্না ফুইখরে ।

( য়েংলগা ) বৈদেহীরা—

সখী-সীতা জানকী মমৌ হায়না,

বয়স্ লোঙ্গা নাইনা য়াম্না তয়াম্না,

চাম্না তৌরবী মুনিনুপীশিংনা,

জনক্ রাজকন্যা-লাক্লে তপ্না তপ্না ॥ ৩

( সীতাগা তাপসীগা চঙ্‌লক্পা )

তাপসী—হোয়নে, হৌজিক্ কাওব ঐহাক্পু থাজব-য়াদব ওইনা লৌবিরে । ( চঙ্‌শিন্নগা ) আর্য্যপুত্রগী জয় ।

রাম—মৈথিলি ! নং খঙ্‌দয়া, জনস্থান অসিদা ঐখোয়না মমাঙৈদা লৈরম্বদো ? মকম্ অসিগী ইচাগুম্ব পাম্বীশিং অসিবু নং নীংশিংদরা ?

সীতা—খঙিও খঙিও । মনা পিশক্ পিক্না উরম্বশিংহু হৌজিক্তি মরাই বাংনা হাইগৎনা উরে ।

রাম—মচুমরি । মতম্না অকৃৎপ-অতোওব শেম্মী । মৈথিলি ! নং নীংশিংলিবরা—সপ্তপর্ণ পাম্বীগী মখাদা ফিভৌ শেৎপ ভরতপু উবদা শজি ময়াম্না খংলম্বদো ?

সীতা—আর্য্যপুত্র ! ঐ পুম্নমক্ নীংশিঁওও ।

রাম—ঐখোয়গী তপস্যাগী সাক্ষিগী মশক্ অচৌব তোর্বান্ অচুনিদনা অসি । মকম্ অসিদা কম্হুনা ঐখোয়না পাবুং মহারাজগী পিণ্ডদান কর্ম্মগী বা খন্নরিঙৈদা [1] কাঞ্চন-পার্শ্ব কৌব শজি উয়ম্বদো ।

১ । সনাগী শজি ।

সীতা—হুঁ আর্য্যপুত্র! অমুক্ অদুম্ হায়বিরগনু। (কিহ্না নীকৃপা)

রাম—কিরুবগী দরকার লৈতরে! মতম্ অদুদি হোৎরে। (মাইকৈ মরি য়েংলগা) অহা! কদোম্গীনো—

লৈ-মকুপ্ পাইরিবা লোম্প্রগুম্ শোরব।
মালংবন হুয়ে মাইগৈ মরি শীন্না॥
শখগী শব্দগা চোলমখোন্ বীরখোন্।
হেন্নকৃপদগী ওইরে বন্সি নগর্গুম্॥ ৪
(চঙ্লগা)

লক্ষ্মণ—আর্য্যগী জয়। আর্য্য!

লান্মী ময়াম্ ইমাশিঙ্গা য়াম্না উনিংব আর্য্যবু।
ময়াম্ব নীঙ্‌ব লাক্লে ভরত য়াওনা মক্‌মসিদা॥ ৫

রাম—ইনাও লক্ষ্মণ! ভরত মতো অমুম্না লাক্লবকো?

লক্ষ্মণ—অজ্ঞা, আর্য্য!

রাম—মৈথিলি! ননেম্শিঙ্গী মাঙ্-থারকৃপ ভরতপু য়েংননবগী নমিৎ অদু লাওনা পাঙ্ঙু।

সীতা—আর্য্যপুত্র! অনীঙ্‌ব মতম্দা চপ্চানা ভরত থুঙ্ঙরে।
(মমাশিঙ্গা লোয়ননা ভরত চঙ্লক্পা)

ভরত—হেন্গৎলকৃপ অয়াম্ব অরাবদৈ কোক্লব।
লৈচিন্নোংকাই কোক্লব শরৎ থাগুম্ মক্লব।
[১] আর্য্যা য়াওব ঐহাক্কী [২] গুরু উননিংদুনা।
লাক্লে ঙসি হরাওনা স্বজনশিঙ্গা লোয়ননা॥ ৬

রাম—ইমাখোয়! খুরুম্জরি।

পুয়মল্লা—ইবুঙো। পুঙ্গিয়ু। ভাগ্যলৈবদগী রাশক্ ঙাক্লদুনা ইমৌগা লোয়ননা নংবু মঙ্গল ওইনা উবদা ঐখোয় য়াম্না নুঙাইরে।

রাম—ঐবু চাম্বিরে।

---

১। সীতা ২। রাম।

লক্ষ্মণ—ইমাখোয় ! ঐনা খুরুম্‌জরি ।

পুম্নমক্—ইবুঙো ! পুক্নিংয়ু ।

লক্ষ্মণ—চাম্বিরে ঐবু ।

সীতা—আর্য্যাখোয় ! খুরুম্‌জরি ।

পুম্নমক্—ইবেম্মা ! মতম্ কুইনা মঙ্গল ওইয়ু ।

সীতা—চাম্বিরে ঐবু ।

ভরত—আর্য্য ! ননাই ভরতনা খুরুম্‌জরি ।

রাম—লাউ লাউ, ইনাও ! ইক্ষ্বাকুকুমার ! নঙ্গী মঙ্গল ওইসনু, পুক্নিংয়ু ।

কন্দোক্উ নথবাক্ খোঙ্‌পাকী মতৌগুম্ব,
কোক্সিল্লু ঐহাক্‌পু নপাম্বোম্বা শাংলব,
হাইগৎলু নমায়দো শরৎকী থাজমাম্ব,
মুঙাইহল্লু ঐবু অরাবনা চাক্লব ॥ ৭

ভরত—চাম্বিরে । আর্য্যে ! ননাই ভরতনা খুরুম্‌জরি ।

সীতা—আর্য্যপুত্রগী লোয়নব ওইয়ু মতম্ কুইনা ।

ভরত—চাম্বিরে । আর্য্য ! খুরুম্‌জরি ।

লক্ষ্মণ—লাউ, লাউ, ইনাও ! পুক্নিংয়ু । ঐবু চেৎনা আলিঙ্গন তৌ ।

(কোম্বা)

ভরত—চাম্বিরে । আর্য্য ! হৌজিক্তি রাজ্যভার লৌবিরসি ।

রাম—ইনাও ইবুঙো ! করি হানো ?

কৈকেয়ী—ইচা ইবুঙো ! মসি ঐখোয়গী মতম্ কুইনা নীঙলক্লব অপাম্বনি ।

(মতুংদা শত্রুঘ্ন চঙ্‌লক্‌পা)

শত্রুঘ্ন—অরাবা য়াম্বা নংলব গুণ-তেজ মক্সিন্দব ।
উননিংবনা খোয়য়াংলে পুক্লিং রাবণ-হাৎপবু ॥ ৮

(মনাক্তা চঙ্‌শিল্লগা) আর্য্য ! ননাই শত্রুঘ্ননা খুরুম্‌জরি ।

রাম—লাউ, লাউ, ইনাও ! মঙ্গল ওইয়ু, পুক্নিংয়ু ।

শত্রুঘ্ন—চাম্বিরে । আর্য্যে ! খুরুম্‌জরি ।

সীতা—ইবুঙো। পুঙ্খিয়ু।

শক্রঘ্ন—চাম্বিরে। আর্য্য! খুরুম্‌জরি।

লক্ষ্মণ—মঙ্গল ওইয়ু, পুঙ্খিয়ু।

শক্রঘ্ন—চাম্বিরে। আর্য্য! বশিষ্ঠ অমসুং বামদেবনা প্রজাশিঙ্গা লোয়নদুনা অভিষেককী পোচ্চৈ মাঙ্‌খানা পুরদুনা আর্য্যবু দর্শন তৌনিঙিঙ।

তীর্থজল্‌না শোক্লুব মুনিশিংনা মশানা,
থৌজান্দুগী নহাক্কী তুরেঙ্খিংদা চত্তুনা;
অভিষেক হান্নলা তৌরদুনা চোৎলব,
মুনিশিংনা য়েংনিঙিঙ নঙী মায়থোং থামায় ॥ ৯

কৈকেয়ী—ইবুঙো! চৎলু। অভিষেক তৌবা য়াউ।

রাম—ইমাগী য়াথং ইজরে। (থোক্‌খিবা)

(নেপথ্যদা)

ইবুঙোগী জয়। স্বামীগী জয়। মহারাজগী জয়! লাইয়াম্ব জয় তৌরসনু। য়াইফব-মায়থোঙ্গী জয়! আর্য্যগী জয়। রাবণ হাৎপগী জয়।

কৈকেয়ী—পুরোহিত অমসুং কঞ্চুকিশিংনা ঐগী ইচাদা বিজয়-শব্দ হেন্না হোৎনা আশীর্বাদ তৌদুনা সন্মান তৌরি।

সুমিত্রা—প্রজা ময়াম্‌, মনাইশিং অমসুং সজ্জনশিংনা ঐগী ইচাগী বিজয় শব্দ অমুক্‌ হেল্‌হল্লি।

(নেপথ্যদা)

হে জনস্থান্দা লৈবিরিব তপস্বিশিং! তাবিয়ু, খ্বাই পুন্নমক্ তাবিয়ু।

মাঙ্‌হল্লগা বৈরীদগী পোক্‌প অমম্বমপৈ মপালৈতব,
মাঙ্‌হযগুম্‌ অমম্বা মুমিৎনা থোনাগী মশক্‌ ওইব মঙাল্লা,
সীতাবু তৌরগা উদ্ধার য়াইফব পুম্ব তিল্লবী,
জয় তৌরে ১মহী রাম্না মী পুন্নমক্ মুংশিব ॥ ১০

---

১। থব

কৈকেয়ী—ঐগী ইচাগী বিজয় ধ্বনি য়াম্না হেল্লক্লে। (মতুংদা অভিষেক তৌরব য়াম্না [1]পরিবার মাওনা চঙ্লক্পা)

রাম—(আকাশদা য়েংলগা)—হে ইপা ইবুঙো।

তোক্‌পিরসি থরাইরাবা স্বর্গদগী মপেম্বিসি।
তৌরে ঐনা মপুংফানা নংনা পাম্ব থবক্ অদু॥
ওইজরে পৃথিবী রাজা পুনবৈ লুম্বা রাজ্যভার্।
তৌজবনি প্রজারক্ষা ধর্মগী বিধি কায়দনা॥ ১১

ভরত— নিংথৌ খুভম্ ফংলব রাজছত্র খাল্লব,
রাজমুকুট্ লৈতেংব তীর্থজল থীল্লব,
রাজ সন্মান্ ফংলব প্রজাশিংনা খুরুম্ব,
পেল্লে ঐদি য়েংবদা আর্য্যবু থানৌগুম্ব॥

শত্রুঘ্ন—শাগৈ'পাপ মখৈ কোক্লে অভিষেক্ আর্যা তৌবনা।
ঙাম্মোরক্লে অমুক্‌হন্না জগৎকুম্ থাজ থোক্‌পদা॥ ১৩

রাম—ইনাও! লক্ষ্মণ! ঐনা হৌজিক্তি রাজ্যভার ফংলে।

লক্ষ্মণ—ভাগ্য ফবদগী আর্য্যগী উন্নতি ওইরে।

(চঙ্লগা)

কঞ্চুকী—মহারাজগী জয়! মাননীয় বিভীষণ, অদুগা সুগ্রীব, নীল, মৈন্দ, জাম্ববান, হনূমান্নচিংব ননাইশিংনা হরাওনা হঙ্গচ্চরি—'লাইবক্ ফবদগী ইবুঙোনা উন্নতি অসি ফংবিরে।'

রাম—মখোয়দা হায়বিরু -'মহায়শিঙ্গী কৃপাদগী উন্নতি অসি ওইরিবনি।'

কঞ্চুকী—মহারাজগী সনা য়াথং ফীগাও শানা য়াজরি।

কৈকেয়ী—ঐ ধন্য ওইরে। উন্নতি অসি অযোধ্যাদা উজনিঙ্ঙি।

রাম—ইমানা উবিগনি। (য়েংলগা) এঃ! মঙাস্তনা বন পুন্নমক্ অসি সূর্য্যগুম্না লংলে। (চিন্তা তৌরগা) ওঃ! খঙ্লে রাবণগী বিমান পুষ্পক আকাশদা পাইরক্লে। মহাক্না রাশক্লম্মী হেক্ নীংশিংবদা

১। নুপী, মতু।

থুংলগনি। মরম্ অচুনা, খাই পুম্নমক্ তোংখৎপিয়ো।

( পুম্নমক্ তোংখৎপা ]

রাম— হৌজিক্লক্ চৎলগনি অযোধ্যাপুরদা।
সম্বন্ধি মরাপ্ শিঙ্গা লোয়নদুনা হেক্॥

লক্ষ্মণ— হৌজিক্লক্ য়েংজসনু প্রজাশিংমক্না।
নক্ষত্রসু মাওনা থোরক্চব থাগুম্॥ ১৪

( ভরতকী য়াথং )

জানকীগা বন্ধুশিঙ্গা রাম্না মিলন কন্নুম্না।
পৃথ্বী ডাক্সু ইনিংথৌনা রাজ লক্ষ্মীগা লোয়ননা॥ ১৫

( ডম্নমক্ থোক্খিবা)

ইতি তরেৎশুব অঙ্ক।

প্রতিমা-নাটকম্ সমাপ্তম্।

ওঁ তৎসৎ। শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

ওঁ শান্তিঃ! শান্তি!! শান্তি!!!

খৃষ্টাব্দগী কলম্বর্ত্ত গ্রহ কুমুদিনীপতি
বিধু থাগী কলম্বাক্ষি দিন্দা সমাপ্ত নাটক॥



# পরিশিষ্ট

## (ক) সমালোচনাগী মন্তব্য ( ক্রিটিকেল রিমার্ক )

## অহান্‌ অঙ্ক

সূত্রধার অমসুং নটীগী হোনবী রাহৌদোকী মতুংদা নাটকী বিষয়-বস্তু অদু রামচন্দ্রগী অভিষেকী অযোধ্যাগী হরাওব এৎমোস্ফেয়ারগা লোয়ননা হৈশিংনা হৌদোক্লম্মী। নাটক অসিদি অকক্লব নিয়ম য়াওব নাট্যশাস্ত্রগী বিশেষ পথাপ্‌শিং শেমদ্রিঙৈদা আ মমাংদা ইবিরম্মী। অদুনা কবি অসিনা, রত্নাবলীগী লেখকী মতৌগুম্না, নাট্য শাস্ত্রগী নিয়ম চপ্‌চানা ইবিরম্দে। অদুবু নাটক মপুংফানা মহৈ য়ামবা মূল নিয়মশিং য়াওরম্মী। অরোইব ফল ( কার্য্য ) পাংথোক্পদি রামগী রাজসিংহাসনদা অভিষেকনি। উদ্দেশ্য অসিগী নাটকী বীজ ( সীড্‌ ) প্রাতহারীগী রাহৈদা—"মহারাজগী……সনা য়াথংনি……… থুনা পুরকউ" ( লাঃ ২ )…মসিদা মুখসন্ধিসু হৌরে। অবদাতিকানা উকুকিগী থোথোক্না হাইরপ্‌ হৌদোক্পা রাম বন চৎপগী অমঙ্গল থৌরম্না মুখসন্ধিসিবু থর নমথবগুম্‌ তৌরম্মী। অহাম্‌ নম্‌শিংসি ঙাইহাক্কঙ্গীনি, করিনা মসিনা প্লোটকী বীজদুবু থাঙ্গৎশেংনা হাত্তোক্তে, অদুবু বাধা মরামগী মরক্তা মূল লিঙ্ক'দুদি ইকাই-কায়হন্দে অমসুং বীজ অদু মথং মথং থরসু-উ-থরসু-উদা তৌদুনা চত্থরকই। থরমং শম্না হায়রবদা—প্রতিমুখসন্ধিগী মমি মুখসন্ধিদা তাররে—অবদাতিকাগী রাহৈদা—"হাই, হাই, সর্ব্বনাশ!" ( লাঃ ৩ ) সীতানা শেৎনিংবদা মসিবু মুথহল্লে—"ইবেম্‌শা! হায়ুদো, মসি ঐঙোন্দা পক্‌চগন্ত্রা" ( লাঃ ৪ )। বীজ উন্নতি ওইরক্পা অমুক থেংনগনি ( লক্ষ্য-উদ্ভেদ ) চেটীগী রাহৈদা—"মবেম্ম অকব পাউ, অকব পাউ" ( লাঃ ৫ ); অদুদগী অলক্ষ্যউদ্ভেদ—"ঢোল্‌ মখোন্‌…খংলেপ্‌ লেপ্‌থরে"—( লাঃ ৫ )। মসি রামগী রাহৈনা অমুক কোন্‌ফারম্‌ তৌরে—"ইবুঙো। হৌজিক্‌ বিশ্রাম তৌরুখো"—( লাঃ ৬ )—"ওইদ্রে থুদক্তা নিংথৌ" ( লাঃ ৮ ) অলক্ষ্য অসি মপুংফারে

কঞ্চুকীগী ৱাহৈদা—"মহাক্ৱক্তী খুজিন্দগী মবুঙোগী অভিষেক বন্ধ ওইখ্ৰবনি" ( লাঃ ১০ )। অদুদগী অৱোইবদা বাধা অমুক্ মপুং কারে লক্ষ্মণগী ৱাহৈদা—"চহি তৰামৰী বন্দা নহাক্না লৈব তাবনি" ( লাঃ ১৩ ) মুখসন্ধি কদায়দা লোইবা অদুগা প্ৰতিমুখ কদায়দা হৌবা হায়বা লুনা থোক্লে, মোৎ খেমবসি লাম্থোক্তুনা হায়বা য়ায়—লাঃ ৪ দগী হৌৰগা লাঃ ১০ দা অমসুং ১৩ দা শেম্গৎলগা অঙ্ক লোইবা কাওবা লৈরে।

নাটকী শরুক্ মপুং বন চৎপগী থৌথোক্না নম্থরি, অদুনা 'পতাকা কৌবা য়ায়। অহাম অঙ্কগী মূল চরিত্ৰশিংদি রাম, লক্ষ্মণ অমসুং সীতানি। মখোয়গী চাউৰাক্না উৎলি; অদুগা সীতাগীনা মবুক্-তিংবা, স্বামীনিংবা, অদুগা গুরুজনশিংদা ভক্তি শ্ৰদ্ধা লৈবা অবস্থা চানা মবুক্ ঈংনা থাঙ্বা উৎলি। পতাকানা (long incidental episode ) বীজ মপুং কাহন্দুনা মহৈ পাম্বী ওইহৱা অৱোইব অঙ্কদা লংনা, নিংথিজনা উৎলি। কোইথোক্না মতেং পাংবনি। অদুগা ঐথোয়না থেংনৈ অহাম অঙ্কদা পতাকাগী-উন্নতি অদুগা অঙ্ক অনিশুবদা মদু মাঙখিবা।

## অনিশুব অঙ্ক

রাজা বন-যাত্ৰা তৌখিবদা রাজা দশরথগী অৱাযৈচাক্না চাক্তুনা মৃত্যু-দশা তাদৌবদা অঙ্ক অসি হৌই। ডাক্তর দে অমসুং দাশগুপ্তগী মন্তব্য—নাটক অসিগী মৰ্ম য়ৌব দৃশ্যশিঙ্গী অমনি—দশরথগী মথৱাই রাবা অমসুং মৃত্যু, মসিনা অবস্থা অদুগী করুণ মূৰ্ত্তি থোৎনা মেঙ্না লাম্বিদুনা উৎলি। অঙ্ক অসিগী অৱোইব কাওব চপ্ মান্নব থৌদোক্ অদুমক্ লৈ ; অদুনা মিষ্টর কালেনা হায়, অঙ্ক অসি লৌথোক্পদা করি-মতা কায়রোই। মদুবু মসি চুমদে, মসিনা ইম্প্ৰেসিড্ দৃশ্য অমা উৎলি। দশরথগী শিগদোব অবস্থা অমসুং তেংথাবনা দৰ্শকশিঙ্গী থমোইদা রাজা কুইনা লৈগদব ইনফ্লুয়েন্স অমা পী; অদুনা মসিগী নাটকী অকব ইফেক্ট অমা লৈ। মথক্তী অঙ্ক উৎলবগী হায়না মমি তাবনা অঙ্ক অসিগী মনৈগী

শরুক্ হেন্না কৈ। অঙ্ক অসিদা হৌবদগী লোইবা কাওবদা ঘটনা অমত্তগী বর্ণনানা monotony গী দোষ পীবা য়াদে। কৌশল্যা অমসুং সুমিত্রানা মশা-মশাগী অৱাবা নমৎথৃনা দশরথবু থেম্জিনবা, সুমন্ত্রনা রাম য়াওদনা বন-দগী হল্লকপা, অমসুং মসিনা থরাইচাক্লব শিদোৱব নিংথৌগী থমোইদ হোগায়বদা থুক্কি হৈথবগুম্ নৌনা থোক্হৱ অদুগা খ্বাইগী মমৈদা বৃদ্ধ রাজাগী মৃত্যু দৃশ্য—ময়াম্সিনা অঙ্ক অসিদা নাটকী তোঙান্ তোঙাম্ব এক্সনা মথম্মথেন্ নাইহন্না হেন্দোক্লা যুৎ চারে। তোঙান্ তোঙাম্ব অবস্থাদা অৱাব-অনঙ্ব মচুনা য়েক্লিবসিনা মসিগী আবেদন (আপিল) মচিন্ তুক্লে। সবজেক্ট মেটারগী স্বভাবনা হায়বদি 'রাম বন দা থাবা তঙাইকদব দৃশ্যসি থানবা য়ারোই, মসিদা সুংশিহৈব মপানা মচা য়াম্না হুংশিবদগী অদুগা মশাগী বুদ্ধি শেরায়বদগী মৃত্যু আলিঙ্গন তৌই। নাটকী মূল করুণ-রস অসি অঙ্ক অসিদা মথোই হেন্না হেন্গৎহল্লে। বিশেষ ওইনা দশরথনা নোঙ্গাবদা প্রতিমুখ সন্ধি চথরি, অদুনা অলক্ষ্য উদ্বেগনা লাম্বাবদগী থোরকপ মহৈ অদু মার্ভেলস্ ওইরি। দশরথগী শিরম্দাইগী দৃশ্য অসি হৌদোক্পগী ভাসগী থাঙ্গৈশেংব মতৌসিনা পার্টিকুলার অঙ্ক অসিত নত্তনা ড্রামা অমমক্ অসিদা থোইদোক্পা চার্ম অমা পীরে। করুণ-মূর্ত্তি য়েক্পদা ভাসনা কয়ামুক্ ব্যঞ্জনা উৎপৃগে হায়বদু অঙ্ক অসিনা উৎলি। ভাষানসু মহৈ অদু তানবা মতিক্চানা শেম্বিরে। মৃত্যুশয্যাদা রাজাগী তেংথাবা অহুবু ইচম্ চম্না অহিংবা মালহল্লি। বর্ণনা শংশংনা উৎলি, অরা-মৈচাক্-চাক্লব-হুংশি-হৈব মপাগী দাগশিংদু স্বাভাবিক (নেচরেল্) য়াম্না ওই; অদুগা মদুনা মমৈথঙ্গী অকক্লব নাটকীয় টেক্নিকতগী থর অক.য়বা লৈৱবসু অঙ্ক অসিদা অকুংব নাটকীয় এক্সন্শিংনা থম্না য়াওরি।

## অহুম্শুব অঙ্ক

দশরথগী শাথিব মৃত্যুনা থোক্হন্ব আদুগুম্ব অনুভূতিনা (ফিলিংনা) অহুম্শুব অঙ্ক অমমক্ শীন্ থুতি, অমসুং অযোধ্যাগী প্রেঙ রাজাশিঙ্গী

প্রতিমূর্ত্তিশিং প্রতিমাগৃহদগী হৌরি। অয়োধ্যাগী রাজ-অন্তঃপুরদা অরাবা-বিপদ থোক্লিঙৈদা ভরতি মহাক্কী মাতুলগী য়ুমদা লৈরি। বৃদ্ধ রাজানা শিক্লবা অমসুং রামনা বনযাত্রা তৌরবা মতমদ ভরত কৌরুনবা দূত অমা থাখিরম্মী। মহাক্না অযোধ্যাগী সমাচার হায়দোক্তনা রাজা শাথিনা হক্চাং ঊরেত হায়রম্মী। অযোধ্যাদা লাক্পদা নগরগী চিদাই য়ৌবদা মঙোন্দা হায়রম্মী—পুং অমগী মতুংদা কৃত্তিকা নক্ষত্র লাক্লোক্লগা মহাক্ (ভরত) নগরদা চঙ্‌বা য়াগনি। ভরতপু নগরগী চিদাইদা ঙাইহন্দুনা অরাপ্পদগী উব প্রতিমাগৃহদা পোত্থানবগী সুবিধা পীবসি ড্রামাটিক্ অবস্থাগী রাম্না মথোইকাব অমসুং ঊখোয়াংব মেণ্টেল অবস্থা অমনি। মতুদা চৎলগা, মহাক্না মথং মথং মপা শিরে হায়বা খঙ্‌লম্মী। অচুমগী লুপ্রাবী মমাশিং কৈকেয়ী য়াওনা অচুদা লাক্লম্মী অমসুং জাম য়াওদনা লৈমায়দা তাব ভরতকা থেংনরম্মী। দৃশ্য অসিনা মনঃ চিংশিন অমসুং খঙ-পাল্হনত নত্তনা নাটকী শক্তদা গ্রাণ্ড সক্সেস্ ওইহল্লে। দেব কুলিকগা ঙাংনরিঙৈদা ভরতকী থরাক্ থরাক্ য়াল্লিব শঙ্কা অমসুং খোয়াংবগী কবিমা য়েক্লিব মূর্ত্তিগী খমথেংব মাধুর্য্যনা নাটকী থিক্লিং প্রিন্সিপল্‌গী কৌশল তাক্ই। খ্বাইদগী হেন্না উংকম্ থোক্প মওংদি অসিনি—থোথোক্ মচা অমুক য়াম্ব তিম্নবদা নাটকী সম্বন্ধদা অলৌকিক অমসুং যুৎ চাদব করিস্থ য়াওদে। বিপদ পূর্ণমক্ থোক্হবা মাগী অপোক্পী মমাবু চৈ-থাংহুনা উৎপা ভরতকী চরিত্র অমসুং গাম্ভীর্য্যগী পূক্চেন্ চাউবা, মহাক্কী স্বার্থত্যাগ অমসুং খ্বাইগী অরোইবদা মহাক্না রামগী মকমদা লেঙ্‌দবা ভক্তি—অসিনা অঙ্ক অসিবু শিল্পগী মাস্টার পিস্ অমা অদুগা প্লোট অসিগী মথং মথং উন্নতি ওইরক্লবগী লম্বীদা অঙকপ, লংলব মহৈ য়াবা অমা ওইহল্লে। করুণ-রসগী অথোৎপ-অনেব স্বর অদু অঙ্ক ওন্নমক্ শীন্-থুংনা চেল্লে। সুধাকারগী কাগী জোগাইগী থৌথোক মচা অসি মমৈদা খোয়াংব-ঙাইব ড্রামাটিক থোথোক্শিংদা চপ্চানা থোক্হল্লে। অহাব অঙ্কগী মমৈদা মশক্ উৎপা অমসুং অনিশুব

অঙ্কদা অতৈ অতৈ থোৌথোক্লিঙ্গা তপ্না তপ্না চত্থরকপা প্রতিমুখ সন্ধি অদু অঙ্ক অসিগী মথৈদা গর্ভসন্ধিগী অবস্থাদা ওল্লে; মতাং অসিদা ভরতনা সিংহাসনগী ক্লেম্ অদু একদম্ ত্যাগ তৌরগা রাম্না লৈব বন তাম্না চৎখিরম্মী। প্রতিমুখ সন্ধিগী দৃশ্য-নষ্ট (উরম্দব) অদু মতাং অসিদ্দা সমুস্তেদদা (খংউৎ উৎপদা) তোংদুনা চনৈনব উন্নতি থরদা রাম্না পাক্না জোর পীরে।

## মরিশুব অঙ্ক

অযোধ্যাগী রাজধানীগী মকম্ অমদা চেটি অনিনা কৈকেয়ীগা ভরতকা উনবদা করি ঙাঙনখিবগে হায়বদু ঙাঙনদুনা মিশ্র বিকম্ভকা হোৌদোক্লম্মী। মসি রাম্না সংক্ষেপ্নি। অদুদগী রাম, সীতা অমস্তুং লক্ষ্মণ অহম্না বন্দা লৈবগী দৃশ্য উস্তুনা এক্ত অসি হোৌরে। নাটক মথং মথং চত্থরকপা থেংনকম্ থোক্ই। অঙ্ক অসিদা ভরতকী অকব চরিত্রনা কার্য্য উন্নতিবু নক্নাৎলে। অঙ্ক অসিগী অহৌবদগী অরোইব কাওবা ভরত-রাম-সুমন্ত্রগী কথা-বার্ত্তানা থল্লে; অদুনা নাটকী বস্তু (প্লোট্) মপুং কাহব থোৌথোক মথম্মথা য়াওদবনা কার্য্য (এক্সন্) মথা চত্থদরে। ভরত-চরিত্রগী মহত্ব অহম্শুব এক্তদা পাক্-শম্না উৎখিবদু মরিশুব এক্ত অসিদা মতোন্ তোলেন্ য়োৌরে মশাগী খুজিন্-থোৌরাঙ্গী মপুং ফাব রাজপদবী থাদোক্ত্-না, ভরতনা রামগী মতম্পুম্ব লোয়নব লক্ষ্মণগী অকব ভাগ্যগী শরুক্ থরদং ফংনবগী বন্দা চৎখিবম্মী অমস্তুং বনবাসগী মতম্ লোয়ব কাওবা বন্দা মহাকা রাম্না লৈজনিংবদু রামদা খংহন্নিওম্মী। অদুবু রাম্না অযোধ্যাদা হন্দুনা রাজ্য শাসন তৌনবগী তকশিল্লম্মী; অদুদা ভরতনা, মশামক্ রাজা ওইবগী মহুত্তা, রামগী খুরুম্ অনি সিংহাসন মথক্তা থম্লগা চফি তম্নামমরি রামগী প্রতিনিধি ওইনা রাজ্য শাসন তৌনবগী খুরুম্ অনি পুখিরম্মী। আত্মত্যাগ অসি কিদম্নকম্ ওইবত নত্তনা অনিশুদবনি।

মরিশুব এক্টনা অহুম্শুব এক্টদগী মেইন্ ওব্জেক্ট য়াম্না শেংনা ওইরক্লবা অবমর্শ অমদি বিমর্শ সন্ধিগী বর্ণনানি। মসিদা রাম্না চহি তরামরি মতুংদা রাজ্যভার লৌবা য়ারম্মী। মতম্ অসিদা বনবাস তৌগে হায়রনা মপাদা মহাক্না বাশক্লম্বনি। অতুনা ওব্জেক্ট অদু মপুং ফানবগী মতম্ খরদং য়ৈথোক্লম্মী (সান্তরায়নি)।

## মঙাশুব অঙ্ক

অঙ্ক অসি দণ্ডকারণ্যদা হৌরে, অঙ্ক অসিগা মরিশুবগা মতম্ খেন্নবা চহি ১৩ নি— রামগী বনবাস লোইরম্দাইদা রাবন্না সীতা চুখি। অঙ্ক অসি থৌথোক্ ময়াম্না শাল্হল্লি অমসুং করুণরসনা থল্লি। বিশেষ ওইনা সীতা পুখিব মতাংদনি। মুনিগা রামগা য়াম্না চান্নবা সুঙাই-মিন্নরিবৈ অদুগা সীতানা তাপসিনীশিঙ্গা লৈমিন্নরিবৈদা অদুগা মখোয়না অবস্থাগা চাননা ময়ুম্দোনা সুঙাইরিবৈদা রাবণ-না মহাক্কী জাতিশিংদা য়াম্না তৌখিবদুগী লম্মন্ খুন্নবগী ছদ্মবেশদা (মশক্ লোত্তুনা) লাক্লম্মী। মশক্ লোৎপ রাবণ অমসুং শ্রাদ্ধবিধিগী য়াঙাং অসিগী থৌথোক্ অসি রামায়ণদা য়াওদে, মসি কবিগী হৈশিংব মপুথোক্নি (ইন্‌ভেন্সন), বারিশাবা অমসুং সনা-শক্তি খুদক্তা থোরক্পা অদুগা য়াম্না মচু তান্নবা পুন্নমক্ অসি নাটক্কী মতৌনি অমসুং কবিগী য়াম্ন-শেংব, ইনৌনৌব অনিশুদব শক্তি উৎপনি। কার্য্য অসি নাটক্তা য়াওরিবশিঙ্গী বাহৈ-ব তাদা চথরি। অহুম্ শুবদগী মূল বস্তু পাঙ্থোক্লবগী খর ময়েক্ শেংনা উৎপা মরিশুব অঙ্কদা য়াওব অমসুং রামগী (চহি ১৪ তুংদা রাজ্য লৌবা য়াবা) বাশক্না মরক্ থৎপদু— থৌথোক্ ময়াম্ অমসুং ইন্টরেষ্ট মথম্মথা থম অঙ্ক অসিদা শীন্-থুংনা চথরি। জটায়ুগী যুদ্ধ অমসুং মাগী—স্বার্থত্যাগনা ইন্টরেষ্ট অদু লংহল্লে অমসুং অঙ্ক অসিগী বিয়ুটি হেল্হল্লে। ড্রামাটিস্টগী মগুণ ওইনা মসি হায়রবা তারে—মহাক্না রামায়ণগী মূলভাব-দগী খোইগৎনা রচনা তৌবিরে। মরিশুব অঙ্ক অমসুং মঙাশুবগী টাইম্ খেন্নবা য়াম্না

শাংলবন্থ অদুগা নাট্য-শাস্ত্র নীতিনা য়াত্রবদসু, অদুমকপু মতম্, মফম্ অমসুং কার্য্যনা এক্ত অসিগী অতোৌবদা হৈশিংনা খন্দোকখিবনা মরিগুব অমসুং মঙাগুব এক্তগী অস্বাভাবিক (এব্‌নোর্মেল) মতম্ অশাংবদু ওডিয়েন্সশিংবু কাউহল্লি। মশক্‌ল্লোৎপ ভূত রাবণ, জটায়ু অমসুং রামগী চরিত্রশিং—মায়া সনাশক্তিনা শুম্বদু য়াম্না ফজনা হেক্লে অমসুং য়াম্না সাধারণ ওইরে।

## তরুকপুব অঙ্ক

তরুকপুব অঙ্কগী বিষ্কম্ভক মঙাগুবদগী চথরকপনি, মসিদা জটায়ু রাবণগী অঙকপ যুদ্ধ বর্ণনা তৌরি। নিয়ম ওইনা অচুম্ব এক্তদা যুদ্ধ বর্ণনা য়াওবা য়াদে ; অদুনা থৌথোক্ অদু—ইণ্টাল্যুড্‌দা বর্ণনা তৌবনি, নত্রবদি বিশেষ মতম্ অসিদা ইণ্টাল্যুড্‌ অদুগী চমকম লৈতে। অঙ্ক অসি অযোধ্যাগী রাজধানীদা হৌরে, মদুদা সুমন্ত্রনা জনস্থানদগী হল্লক্লগা ভরতা সীতা হুখ্রে হায়না পাউ তম্বরে। মসিদা, ভরতনা, বিপদ পুম্নমক্‌সিগী দায়ী মমাদা অমুক্ হেন্না শাউরম্মী অদুগা মাগী কাদা চঙ্‌লুনা কৈকেয়ীদা পাউ পীরম্মী ; মহাক্না পাউ অদু অসুক্ শাথিনা চৈ-থাংলুনা তম্মী, মদু মার্ক তৌকল্লি অমসুং মদুনা ভরত চরিত্রগী মতিক্ চাউবা অমসুং রামদা অচেৎপ ভক্তি হেল্‌হল্লি। দৃশ্য অসি খজিক্কুংদি হেল্লে, নত্রবদি মসি য়াম্না থমোইদা পাল্লি অমসুং সুঙাইহল্লি। মঙাগুব অঙ্কগী অরোইব মতাং তাক্‌প কার্য্যগী কুংশিল্লকপদু—তরুকপুব অঙ্কদা সুমন্ত্রগী থবাই রাব-বিলাপনা মহুৎ শিন্‌খরে। সুমন্ত্রগী করুণ-থম বচন অমসুং কৈকেয়ীগী অতোপ্ম দোষ শেংদোক্‌পগা চাংদম্নব ভরত-চরিত্রগী চিত্র অসিনা অবস্থা অদুগী নাটকী ফল য়াংহল্লে। মরিগুব অঙ্কদগী হৌরকপ অবমর্শ সন্ধি অদু অঙ্ক অসি লোইবা ফাওবা চথরি অমসুং মতুংদা নির্বহন সন্ধি হৌরে। মমাদা ভরতকী কলঙ্কপেন্না চৈ থাংবা, কৈকেয়ীনা তৌখিবগী অচুম্বনি হায়বগী চপ্‌চানব পাউথুম্ মমাম্ অমসুং জটায়ুগী

স্বার্থত্যাগনা— অঙ্ক অসি মথম্মখানা অমসুং নাটকী চিজনা থয়ে। কৈকেয়ীগী পরম্পরাগী মপুক্ রায়া খোয়ব চরিত্র সমর্থন তৌনবা হোৎনবসি ঐখোয়গী কবিগী মূল ইনভেন্সন-নি অদুগা চথরিব তাব অমু পুম্মচিং চিংশিলহয়ে। থরদি শোয়বমু, মসি থাক্তে শেংনা থাগৎনকয়ি। অহুমশুব অঙ্ক য়ায়া সাধারণ ওইনা তরেৎশুব অঙ্ক চথয়ে। মতুদা নাটকীয় বস্তুদু মপুং ফানা অমসুং অয়োইব ওইনা পাংথোক্লে (কলাগম ওইয়ে)।

## তরেৎশুব অঙ্ক

মিশ্রবিষ্কম্ভক অত্রিমুনিগী আশ্রমদা হোয়ে। মতুদা যুদ্ধদা রাবণ-বধ তৌরগা, বিভীষণদা লঙ্কারাজ্য পীরগা য়োং-শওম্ অমসুং রাক্ষস লোয়ননা রাম্না আশ্রমদা থুংলবদা—মহাকপু অতিথি সৎকার তৌনবগী কুলপতিগী য়াথংদগী থৌরাং তৌনবগী তাপসশিংনা মনাইশিংদা তাক্পনি। অদুনা বিষ্কম্ভক অসিনা এক্ত অনি শরহল্লি। রাম্না অহ অসি হৌদোক্লি, ওহাক্ লৈরগা সীতা য়াওয়রে। মখোয়না লৌখিব থৌথোক্শিং নীংশিংলম্মী অদুগা অথওব দৃশ্যদু য়েংলম্মী। মথংদা লক্ষ্মণ লাক্লগা রাণীমাশিঙ্গা লোয়ননা ভরত লাক্পা পাঙ্ত তম্মী। মুঙাইব পুনর্মিলন (হেপি রিয়ুনিয়ন), অদুগা ভরতনা কৈকেয়ীনা সমর্থন তৌদুনা, হায়া য়ানখিব মতুং ইন্না রামদা রাজ্যভার লৌবগা প্রস্তাব তৌরম্মী। অদুদগী শত্রুঘ্ন চঙ্লক্না মুনিশিং অমসুং প্রজা পুম্নমক্না রাম-অভিষেক তৌবা উনিডি কায়না তম্লে। কৈকেয়ীনসু থবাই য়াওনা প্রস্তাব অদু সমর্থন তৌই। অভিষেক অদু প্রজা পুম্নমক্কী মমাংদা বিজয় ধ্বনিগা লোয়ননা পাঙথোক্লম্মী। মতুংদা কৈকেয়ীনা অযোধ্যাদা কোর্মাল উৎসব তৌহন্নিঙম্মী। রাবণগী পুষ্পক বিমান থুংলয়ে, পুম্নমকপু থুংকম্ তাম্না পুরম্মী। তরেৎশুব অঙ্ক শুভ-শংনব ইপিলোগ

অমনা ( কবিতা মচানা ) লোইশিল্লে। মসিদা অনৌব মরী লৈনব বারি মচানা ঐখোয়গী মনঃ চিংশিন্দে। য়েংব-য়াব মতৌ হায়বদু কৈকেয়ীবু রামগী অশেংব মমাগী প্রেম ওইনা উৎলে, হায়-তৌখিবগী মথবাই মুঙাইতবদু রাকস্সু লৈহন্দ্রে। রামায়ণগী মূল সূত্র পাবদা থেংনব কৈকেয়ীগী চরিত্রগী অমুখ কলঙ্ক অদু ড্রামাটিষ্টশিংনা মহৈ রাম্না কত্তহল্লে। এক্ত পুম্ব থুংনা নির্বহন সন্ধিনা (সংহার অমসুং উপসংহৃতি) কৃপ শিল্লি। অরোইব কলগী ( রাম-অভিষেক্কী ) বিয়পুম্ব পুম্কোক্ কোক্হল্লে। নির্বহন (কেটেস্ট্রোফি) অসিদা মত্তাশুব অমদি নাটক্কী কার্য্যগী অরোইব থাক্ ( অবস্থা ) হায়বদি কল্যাগম থোক্লে। মসি রামগী বাহৈদা শ্লোক ১০ শুবদা—কৈকেয়ীগী বাহৈদা শ্লোক ১১ শুবদা আভাস ( ইঙ্গিৎ ) উৎলে।

## (খ) প্রতিমা নাটক্কী ৱারী

স্থাপনা—নান্দীগী মতুংদা সূত্রধারনা মঙ্গলাচরণ-শ্লোক থীরগা মহাক্কী স্ত্রী-নটী ( Prima Donua ) বু রঙ্গমঞ্চদা কৌই। মহাক্কী আজ্ঞা মতুংইন্না নটীনা শরৎঋতুগী মরম্দা গান অমা শক্ই অদুগা নাটক অসি ইচম্‌চম্না হৌদোক্ই।

অহায অঙ্ক—অঙ্ক অসি অযোধ্যাগী রাজ-অন্তঃপুরদা প্রতিহারীগা কাঞ্চুকীয়গা ৱারী শাবগা লোয়ননা হৌই। রাজপুত্র রামচন্দ্রগী অভিষেক্কী অমসুং বৃদ্ধ রাজা দশরথগী রাজ্যভার থাদোক্লুনা পোথানবগী থৌরাং পুম্ব মপুংফানা চথরি। খুদক্ অদুদা অবদাতিকা কৌবী চেটী অমনা নেপথ্য-পানবী য়েবাদগী কাগী ওইনা উকু-কী পোছাক অমা পুথুনা লাক্ই। সীতা দেবীনা সহচরীশিঙ্গা লোয়ননা মফম্ অদুদা লাক্ই অদুগা অবদাতিকাদা মথোংচাদব থবক্ তৌরকপগী চৈ-থাংই, অদুবু কুম্মৈ তৌনবগী উকু পোছাক অদু শেংলি। কণ অসিমতুদা চেটী অনিনা

মথং মথং রাম-অভিষেককী সংবাদ তশ্মে অমস্তুং সীতানা মহাকী অলঙ্কারশিংছু মখোয়দা উপহার পী। মনাইশিংগী উক্তিছু ঢোল ক্লৌনা য়্যেবগী ধ্বনিগা চানৈ। অদুবু ঢোল ধ্বনিছু থংলেপ্‌ লেপ্পগুম্ তৌই অমস্তুং রামচন্দ্রনা সাধারণ পোছাক করিস্তু হোংদনা লাক্‌ই। থৌদো পুরমক্‌ অসি সীতাদেবী অমস্তুং মহাকী মনাইশিংদা ইঙক ঙক্লা থোক্‌ই। অদুবু রাম্না সীতাদা হায়—মহারাণী য়াইম কৈকেয়ীগী মনাইনুপী মন্থরানা মহারাজগী সনা মাকোংদা চীক্লা করিনো থর হায়বদগী তৌগদৌরব অভিষেক অদু থাংতপ্ত থংলেপ্‌ লেপ্তুনা তৌখিরম্‌দবে। রামদি থোইনদুম্ য়াম্না হরাওই —মরম্‌দি মহাকী পিতা মহারাজ হিংলিঙৈদা রাজ্যশাসনগী দায়িত্ব ভার পুনিংদে; অদুগা সীতানস্তু য়াম্না নুঙাইজে—মহাক্কী হমুব অমস্তুং নুংশিব মকু-ইবুঙো রাজ্যশাসন্দগী ছুটী লৌবিররোই। মতুংদা রাম্না সীতাদা হংই —অলঙ্কার পুম্ব লৌথোক্ত্‌ুনা উকু-পোছাক শেৎলিবা করিগীনো, অমস্তুং মহাকীদমক্‌ উকু-কী অমা পুররুবা হায়। সীতানা অমঙ্গল চিহ্ননি হায়না মছু কম্মোক্‌ই। মতুংদা কৈকেয়ীনা রামগী মহুত্তা ভরতকী অভিষেক পাম্মী হায়না লাঙিথোক্লবা কাঞ্চকীয় চংলক্‌ই। মহাক্না হায় কৈকেয়ীগী থবাই চাক্‌প অপাম্বা অসি তাবদা রাজাগী মূর্চ্ছা ওইরে। রামদি করিমত্তা নুঙাইতবা তৌদে, অদুগা কৈকেয়ীগী যুক্তি পীনবা হোৎনৈ। মতুংদা লীরুংতেন্ পায়দুনা লক্ষ্মণ লাক্লগা বিদ্রোহ তৌনবা রামদা তক্‌শিল্লরে। মহাক্না হায় রাজ্যগীদমক্‌ মহাক্‌ করিস্তু থৌশাদে, অৱেু কৈকেয়ীগী রামগী চহি ভরামরি বনবাস তৌনবগী শিথাংনব অপাম্বা অসি মঙোন্দা থাংবা ভমদনা থোক্লে। রাম্না, অদুম্ ওইনমক্, মধ্যম রাণীগী ভম্থিব অভিলাষ অসি শান্ত ওইনা য়াই, অমস্তুং বন্দা চৎনবা বন্দোবস্ত তৌই। সীতানা মহাকী মতুং ইম্নবা মপুক্লিং লেপ্লি। রাম্না মহাক্‌পু থাম্মী, অদুবু লক্ষ্মণ-না সীতাগী সমর্থন তৌই। রাম উকু-পোছাক শেৎলে অমস্তুং মথংদা লক্ষ্মণ-নস্তু উকু-কী শেৎনবা মহাকী অনুমতি লৌই। অমুক্‌হন্না, রাম্না থাম্‌জিল্লি, অদুবু সীতানা ময়ায় লেপ্তুনা সমর্থন তৌই। ত্রিমূর্ত্তি.

উকু-কী শেচ্ছাদুনা বনবাসগী যাত্রা তৌই। কাঞ্চুকীয়না মখোয়বু খাম্নবা হোৎনৈ অদুগা হায় অসিগুম্ব থৌশিন্ অসিনা বৃদ্ধরাজাদা শাথিব চৈফু ওইনা থোক্লনি অদুমক্পু মখোয়না কাঞ্চুকীয়গী বা লৌবিদনা চৎলি। মখোয়গী বন যাত্রা য়েংনবা তিল্লরিব নাগরিকশিংনা অরোইব মিংয়েং ওইনা মহাক্কী মায়থোং নিংথিনা উজহোনবা সীতানা রামগী আদেশদগী মমায় হাংদোক্কনা চৎলি।

মিশ্র বিষ্কম্ভক—প্রতিহারীগা কাঞ্চুকীয়গা বা শরদং ওাংনদুনা, রাম, সীতা অমসুং লক্ষ্মণ-না বনবাস যাত্রা তৌগ্রবগী হেক্ মতুংদা বৃদ্ধরাজাগী অদুগা অযোধ্যাগী নাগরিকশিঙ্গী অরাব-দশাগী প্রত্যক্ষ বর্ণনা তৌই।

অনিশুব অঙ্ক—রাজা দশরথ জ্ঞান তাদনা চোইরোল্ লোন্দুনা সমুদ্রগৃহদা লৈ, মহারাণী কৌশল্যা-সুমিত্রানা সেবা থোগন্ তৌই। মহাক্না ইতস্ততনা রাজকুমার অমসুং রাজকুমারীনা চৎখিব মাইকৈ পাংনা য়েংদুনা মথরাই ইশুক্ শুক্থনা বিলাপ তৌই। অসুম অসুম্ মহাক্কী জ্ঞান মাংথরক্লই অমসুং মমৈদা মনাক্তা লৈবশিঙ্গী মীশক্খংবা ওয়রক্রে। দেবী কৌশল্যানা মহাক্পু সান্ত্বনা (Consolation) তৌই, অদুবু মহাক্না মহাক্পুসু খংবা ঙম্দরে। সুমিত্রাদাসু মহাক্না মরিলৈতব চোইরোল্ ওাঙি। মতুংদা কাঞ্চুকীয়না, রাম্বু রথদা তোংহন্দুনা পুখিব মন্ত্রী সুমন্ত্র হল্লক্লে হায়বা সংবাদ পীরৈ। মন্ত্রীনা রাম্বু পুরক্পরা পুরক্তবরা হায়না রাজানা হঙি। পুরক্তবগী পাউখুম্ তাবদা, মহাক্কী মূর্চ্ছা ওইরে। জ্ঞান তারক্পদা মহাক্না সুমন্ত্রদা অনৌব ঐ-পাউ হঙি। সুমন্ত্রনা খুম্মি—অহল্না শৃঙ্গবেরপুরদা রথদগী কুম্থরগা, অযোধ্যারোম্দা মমায় ওৎন্দুনা বৃদ্ধরাজাদা শ্রদ্ধা-ভক্তি কৎলগা রাহৈ অমত্তা হায়রম্দনা বন পাংনা যাত্রা তৌখি। সংবাদ অসিনা বৃদ্ধ রাজাদা অকন্ন-শাথিব চৈফু থাই, কৈকেয়ীদা দোষ পীনবগী জ্ঞান খর খরদি মতাই মহাক্। মতুং অদুদা অরাব-কুম্বংনরব রাজা অদুনা মহাক্কী প্রেত (মৃত) পিতা-পিতামহশিঙ্গী চিত্র অমা [illegible] অমসুং রাম-সীতা-লক্ষ্মণগী নাম পন্দুনা হৃদয় শেৎকায়না মৃত্যু-শয্যাদা

পুন্থি চুমা চেপ খি। কাকুকীয়না রাজাগী মৃতদেহতু কায়-কুমবকীনা কুপ্-শিল্লি অমসুং পুরবাসী পুরমক্ রাজা লোঙাখিবদা শোক-সাগরদা লুপ্লি।

প্রবেশক—সুধাকার রাজমিস্ত্রি অমনা লম্-তু-বাইরম্ শিত্তোক্লগা, কল্লাং শুমু হাইদোক্লগা অমসুং প্রতিমা গৃহ ( Statue House ) লৈ-শুনা লৈতেংলগা শুহাক্তুং তুম্মি। অদুবু ভট অমনা থবক্ শুদে হায়দুনা মাবু চৈ-থাংদুনা য়ৈ। মখোয়না রা শুাংনবদগী—রাণীমা-খোয় প্রতিমা-গৃহ দর্শন তৌবা লাক্লি হায়বসি তাক্ই।

অহুমশুব অঙ্ক—ভরতকা সারথিগা রথ তোংদুনা লাক্পদা অঙ্ক অসি হৌই। মহাক্ কৈকেয়-লৈবাক্তা মমা-পোক্লিরব মামগী য়ুম্দা হৌখির চহি তরানিথোই লৈরম্মী। মহাক্না সারথিদা মহারাজগী স্বাস্থ্যগী ( Health গী ) মরম্দা হঙি অদুবু সারথিনা মবুক্তিংদব, মসুংদা অর্থফুম্ব বাহৈ মরাম হায়দুনা রাজাগী মৃত্যুগী বর্ণনা তৌই। ভরতনা, অদুম্ ওইনামক্, অযোধ্যাগী ঘটনা অমসুং অবস্থাতু থাঙ্গশেংনা খংদবনা মহাক্কী বাহৈশিঙ্কী চপ্চাব অর্থ লৌবা ঙম্দে। মহাক্না, অদুমক্পু, অরেপ্প সংবাদ কংদবনা খর খোয়রাংই অমসুং সারথিদা শুমমথৈ থুনা রাংনা রথ থৌনবা হায়। রাজধানীগী চিদায়দা হেক্ য়োবদা, ভরতনা মহাক্কী মনংগী লাইয়েক্কম্দা চিত্র অমা য়েক্ই—মহাক্কী মপা-মমা, মচিম্মনাও অমসুং অযোধ্যাগী অতৈ আত্মীয়শিংনা মহাক্পু কন্না তরাম্না লুনা ওক্পা—মমাগী মপিনা মথক্তা জরজর শিম্ববা—শোয়দনা থোকদব অদুগা ওম্থোক্প মওং অমগী ওইব দৃশ্য! সারথি অদুনা ( মহাক্কী মপাগী মৃত্যু, মমাগী লোভ—মিহৌবা অমসুং মরামুক্কী বনবাস) সত্যঘটনাতু ফোংনা হায়দোক্পা ঙম্দে, করিনা মদুনা নির্দোষী অমসুং শঙ্কালৈতব রাজপুত্রগী শাথিবা চৈথা অমা ওইরম্লি। থুদক্ অদুদা ভট অমা চংশিনগা হায়—রাজগুরুশিংনা কুমার ভরততা তাক্লক্ই মঙ্গল খংনব রোহিণী নক্ষত্রনা চংত্রিবা কাওবা মতম্ খরদং রাজধানীগী মপান্দা ঙাইদুনা লৈবিনবা। ভরতনা রায়, সারথিবু রথ পুখিনরা থাদোক্ই অমসুং ইনরুক্না উব

মন্দিরমায় গৃহ অমদা মতম্ খরদং বিশ্রাম তৌনবা চঙি। মহাক্না গৃহ অদুবু মন্দির ওইনা খল্লি, অদুবু মপানগী কবিগুম্ব চিহ্ন (ফিরান্, খুৎলাই-নচিংব) য়াওদবনা করম্ব দেবতাগী মন্দিরনো হায়বদু খংবা ঙম্দে। মহাক্না মমুংদা চংবদা অহিংব-মায় মূর্ত্তি মরিখক্ উই অমসুং মখোয়দুবু মশক্খংদব দেবতাশিঙ্গী প্রতিমা ওইরবোই নিংদুনা মখোয়দা প্রণাম তৌনবা চংশিল্লি। মতম্ অদুদা পুরোহিতনা চাব-খক্প লোইরদুনা কা অদুদা হেক্ চঙ্লক্পদা মহাক্পু খাঙ্মী অদুগা কুমারদা হায় প্রতিমা-শিংসি দেবতাশিঙ্গী নত্তে, ইক্ষাকুবংশ রাজাশিঙ্গী প্রতিমানি। যৌবন কুমার অদুগা প্রতিমাগা য়াম্না মায়মযদা মহাক্ পুম্ণক্ ঙক্ই; অদুবু মহাক্কী অনুভূতিদু (কিলিংদু) খংহন্দনা প্রতিমাশিংদু অমমম্ ওইনা মহাক্না বর্ণনা তৌই—মসিনা দিলীপ, মথংসিনা রঘু অমসুং অজ। মরিশুবদুগী মমাং হেক্ য়োবদা, ভরতনা মপাবুঙ্গী প্রতিমা ওইনা অনুমান তৌই, অদুগা য়াম্না নিংজিং-মাংজিংননা মহাক্না পুরোহিতা হঙি—শিত্রিব রাজাশিঙ্গী প্রতিমাশিংসু থম্লবরা। ওয়তৈনব উত্তর ফংবদা ভরতকী অন্তরাত্মানা শাথিব দুর্ঘটনাগী মাংজোনব ইঙ্গিত ওইনা অনুভব তৌই। অদুবু রাজকুমারনা মরিশুব মূর্ত্তিগী থাজেশেংবা খংনবগীদমক্ ঙাইনিংলম্দে অদুগা মকম্ অদুদগী চথোক্লবা তৌই। অদুবু পুরোহিতনা য়াম্না পংনা মরিশুব মূর্ত্তিগী অশেংব পরিচয় অদুগা কৈকে-য়ীগী চক্রান্তগী রারিপুম্ব তাক্থোক্ই। ভরতনা, খুদক্কী অরাব-চৈথা খাঙ্বা ঙম্দ্রদুনা মূর্চ্ছা কঙি। চিল্লব তাঙ্গা অসিমক্তদা মহারাণীমা অহুম্ অদু, সুমন্ত্রগা লোয়ননা প্রতিমাগৃহদা লাক্ই। ভরতপু সান্ত্বনা তৌই অমসুং পুন্নমক্ অমগামগা খংনরে। ভরতনা কৌশল্যা অমসুং সুমিত্রাদা প্রণাম তৌই, মমা কৈকেয়ীবুদি মহাক্কী মবুক্ কত্তব কর্মগীদমক্ থৌ-রা শাবিদনা চৈ-থাংই। কৈকেয়ীনা মনক্কৎকী চুক্তি মপুংফানবগী মরম্ উত্তনা যুক্তি পী, অদুবু ভরতনা মদু লোদে। চুক্তি অদুদা রাম বনবাসনী রা য়াওবরা হায়না ভরতনা হংবদা কৈকেয়ীনা খুম্মী মদুগী যুক্তি অদু মতুঙ্গা তাঙ্গা লাক্পদা পীগনি। সুমন্ত্রনা মখুংদা লাওথোক্ই—বশিষ্ঠ,

বামদেব অমসুং অতে অতে মন্ত্রী ভরতকী অভিষেকীদমক্ লাক্লে। অদুবু রাজকুমার ভরতনা শাথিনা করেম্-কথাইনদুনা মন্তব্য পী, অভিষেক অদুদি মহাকী মমাদা তৌবিবা য়ায় অতগা মহাক্তি রাম থিবা চৎকনি হায়। (অঙ্ক অসি বস্তু পূম্বগী কেন্দ্র ওই অদুগা নাটকী মমিং অঙ্ক অসিগী ঘটনা অমদগী থোরক্প ঘটনাদগী থোক্লে।)

প্রবেশক—অন্তঃপুরদা চেটী অনিগী বারিশাবদগী শেংনা তাক্লে ভরতকী বন্দা চত্তনা রাম্বু থিরুনবগী মহৎপ্রতিজ্ঞা অদুনা মহাক্পু অযোধ্যাগী পুরবাসীশিংদা থোইনা হেন্না নুংশিহন্না থোক্হল্লে।

মরিশুব অঙ্ক—রামগী আশ্রম মনাক্তা রথ তোংদুনা সুমন্ত্র অমসুং ভরত হেক্ থুংবদা দৃশ্য অসি হৌই। কুমারনা সুমন্ত্রদা 'ভরত হায়বসি চক্রান্ত তৌবী মমাগী মচৎকত্তব মচানি' হায়বিনবা হায়জে; অদুবু মন্ত্রী অদুনা মদু হায়বা য়াদে। ভরতনা মশামক্পু তৌবিমন্ খংদব, মন্না লৈতবনি হায়দোক্চে, অদুমদি ওইরগা রাম্বুদি য়াম্না লুনা নীংজবনি। শব্দসি তাবদা, রাম্না নকুব স্বজনগী মথোম্নি খংদুনা লক্ষ্মণবু পরিচয় লৌরুনবা থাই। ভরতনা লক্ষ্মণ-দা প্রণাম তৌই (ভাসনা লক্ষ্মণবু ভরতকী ময়াম্বুং ওইনা বর্ণনা তৌই), অদুগা লক্ষ্মণ-না ভরত থুঙরে হায়না তম্মুনবা রামদা থুনা লাক্ই, রাম্না মনাও কুমার ওক্লুনবা সীতাবু থাই মশক্-মওং-মতৌ য়াম্না মান্নমন্নদগী সীতানা অরাপ্পদগী অহাম্নদা ভরতপু রাম ওইরবোই খল্লি, অদুবু মদু ক্ষণ অমত্তগী বানি। মহাক্না কুমারবু য়াম্না তরাম্না অভ্যর্থনা তৌই অমসুং মহাকী স্বামীগী মনাক্তাম্দা পুশিল্লমী। উনরবা মতুংদা, সুমন্ত্র চঙি অমসুং রাম্না বৃদ্ধ মন্ত্রী উবদা মপাবুদী মৃত্যু নীংশিংদুনা য়াম্না মথবাই শুঙাইতে। সুমন্ত্রনমু. মহাকী অদৃষ্ট (মরাইবক) অমসুং অশাংব মপুঙ্গি শাপনি হায় অমসুং মদুনা রাম্না নয়ম্না ঙৈরা শিল্লে। রাম্না লক্ষ্মণদা জল পুররকুবা হায়বদা ভরতনা থুনা লৌরুনবা চৎথিবা উবদা হৌজিক্তি লক্ষ্মণগী মথৌ যুবথবে হায়না

রাম্না খল্লি। সীতানা ভরতকী পক্ষদা হায়জবদা রাম্না আদেশ তৌই—ভরতনা অযোধ্যাদা লৈদুনা অদুগা লক্ষ্মণ-না বনবাসদা মহাক্পু সেবা তৌবা। ভরতনা লক্ষ্মণগী থবক্তা সহায় তৌনিঙি হায়দুনা করিনা রাজ্যশাসন্দি বন্দা লৈনা-লৈনা চালাইবা য়ানি। রাম্না মঙোন্দা নীংশিঙি—স্বর্গীয় পিতৃদেবগী পবিত্র ( sacred ) প্রতিজ্ঞা রক্ষা তৌ অমসুং থুনামক্ অযোধ্যাদা হল্লু। সুমন্ত্রনা অভিষেকী সম্বন্ধদা রামদা হংজবদা রাম্না উত্তর পীবি—কৈকেয়ীগী আশা থুংহন্‌গদবনি। মসিদা ভরতনা খুদক্কী শাথিব চৈথা অমা ফঙি অদুগা মমাগী দোষ মচাগী মরেংবান্দা থংথবা য়ারোই হায়না আপত্তি তৌনা আবেদন তৌই। সীতানসু ভরতপু সমর্থন তৌই। রাম্না থাঙ্গৈশেংনা মুঙাইতে অদুগা মনাওগী চরিত্রগী মহৎ লক্ষণদুবু ধন্যবাদ তৌই। অদুমক্পু মহাক্ হঙিবা ওম্‌দে করিনা মদু তৌরবদি মপাগী প্রতিজ্ঞা কায়বা তাই অদুগা মহাক্কী বংশগী কলঙ্কপঙ্কব যশদা কালি তৈহবা তাই। ভরত্তি রামগা লৈনিঙি, অদুবু মহাক্না রাম্না কয়া তক্শিল্লি ভরত্তা রাজকর্মদা থৌশাদবা তৌদনবা। ভরতনা মমৈদা থাঙ্গৈশেংব সর্ত ( condition ) অমদা হয়া য়াই হায়—বনবাসগী অকরুব মতম্ হেক্ লোইবদা রাম্না রাজ্যভার অসি লৌবিগনি। মতুংদা ভরতনা রামগী পাদুকা ( খুরুম্ ) অনি নিজরগা মদু পুদুনা রথদা তোংলগা হায়—অভিষেকী জল খুরুম্ অনিদা হৈথগনি। ভরত-সুমন্ত্র হৌজিক্ মফম্ অদু থাদোক্লে—ভরতনা খল্লি হৌজিক্তি প্রজাপুম্বনা মহাক্পু থজিক্তুং সন্মান তৌবিরনি। বনবাসী অহুম্না মহাক্পু থিন্দোক্ই।

মঙাশুব অঙ্ক—সীতানা তাপসী অমগা লোয়ননা মহাক্কী অনৌব বন্য-আশ্রমদা তাপসীগী থবক্ তৌদুনা ময়ুম্মুক্ মুঙাইনা লৈ। রাম্না ভরতকী দায়িত্বগী অরুব চিন্তা তৌনা লাক্ই। মহাক্না সীতাবু লৈ পাম্বীশিং ঈশিং চাইবিবদু উই, নৌনা থোৎপী রাজকন্যানা অদুগুম্ব অরাব থবক্ তৌবদু উবদা মহাক্ মথরাই য়াই। সীতানা মহাক্কী স্বামীবু

মথৱাই নুঙাইতনা। উৎদা মরম্ করিগীনো হন্তি। রাম্না খুম্মি, মহাক্কী পাবুং মহারাজগী বাৎসরিক (annual) শ্রাদ্ধ হয়েংনি, মসিনা মঙোন্দা অৱাবা ওইরে। সীতানা মহাক্কী মনঃ অমরোম্দা পুথোরবা হোৎনদুনা হায়, ভরতনা শোয়দনা রাজযোগ্য আড়ম্বরগা (Royal pomp গা) লোয়ননা শ্রাদ্ধসি তৌরিগনি অমসুং অদুনা রাম্না মহাক্কী হৌজিক্কী অবস্থা মতুংইন্না অঙম্ব খর তৌবদা করিম্ভ দোষ লৈরোই। অদুমক্তদা রামগী মপুক্লিং পেন্দে। মহাক্না অনুমান তৌই স্বর্গীয় পিতৃদেবগী আত্মানা পরলোক্তা শান্তি ফংবিরোই মরম্দি বনগী উহৈ-বাহৈ রাম্না মঙোন্দা কচ্চবদুনা শোযদনা মচাগী বন্দা চৎপগী রা মঙোন্দা নিংশিংহল্লনি। অবস্থা অসি-মক্তদা, রাবণ-না মনাও খরবু রাম্না বধ তৌখিবগী লম্মন্ খুম্না ওইনা সীতা হুননবগীদমক্ পরিব্রাজক শানা রামগী আশ্রম-গৃহদা চংশিল্লি অমসুং মহাক্পু তরাম্না স্বাগত তৌই। মশক্ খংলক্পা য়ার খন্দনা রাম নত্রগা সীতানা আতিথ্য-সেবা তৌব মহাক্না য়াদে। মহাক্না, আসন্দা ফমব মতুংদা, মশামক্না হায়—মহাক্কী কাশ্যপ-গোত্রনি, প্রচেতগী (বরুণগী) শ্রাদ্ধবিধি য়াওনা শাস্ত্র মথম্মথা মুন্না খঙি। শ্রাদ্ধবিধিগী রা পম্বদা, রাম্না য়াম্না নুঙাই অমসুং প্রেতশিংবু (লৈখিদ্রবশিংবু) খ্বাইদগী হেন্না পেলহন্‌গদবা বিশেষ বস্তুদু খংনিঙি। রাবণ-না শ্রাদ্ধদা কৎপা য়াব পোৎচে হায়রগা, ওহাক খংলেপ্ লেপ্লগা, অতৈ খরম্ভু লৈবগী ইঙ্গিত উত্তুনা হায়। রাম্না মদু করিনো খংনিঙি হায়বদা রাবণ-না কাঞ্চন-পার্শ্ব (Golden Flanked) কৌব সনা-শজীগী বর্ণনা তৌদুনা রাম্বু মায়ানা শুম্মি। শজী অসিদি হিমালয়দাত ফংনৈ অমসুং সাধারণ ওইনা দেবতাশুদ্ব মুনি-ঋষিশিংনা মখোয়গী শ্রাদ্ধদা মসি কৎনৈ। রাম্না খুদক্ অদুদা হিমালয় তাম্না চৎনবা যাত্রা তৌনিং-বদু উবদা রাবণ-না মহাক্পু খাম্‌দুনা হায়—শজী অদুদি মীনা পাক্ ফংবা য়াব নত্তে। অদুমক্তদা রাম্না চৎনবা লেপ্পী, অদুগা তোতো। খুদক্তা অমসুং ইখং-খংহৌদনা সনাশজী মকম্ অদুদা উৎলরে। লক্ষ্মণ-দি মতম্

অদুদা কুলপতি ঋষিবু ওকপা চৎখি, রাম স্বয়ং শত্রী তান্নবা চৎলি অমস্তুং রাবণ-না রামগী সাহস, মপাঙ্গল্ অমস্তুং বীর্য্য উবদা ওক্না হরাওনা সম্মান তৌই। সীতা মথন্তা ঙাইহৌরে, অমস্তুং রাবণ-না সুবিধা অদু লৌদুনা, মহাক্না ছদ্মবেশ লংশেল্লগা সীতাবু পাক্ লাকই। গতি নৈত্রবী জানকীনা সহায়গী লাউজে, অদুবু রাবণ-না মহাক্না মতিক্-মথৌনা-তৌবাওস্বগী রা গর্ব্বতৌনা হায়, দেবতাশিংবুসু পরাজয় পীরিবনি: অদুনা রাম-লক্ষ্মণ-না মহাক্না লাম্বাপাবা য়ারোই। মহাক্না সীতাদা তুমিন্না সমর্পণ তৌনবা হায়বদা সতীসাধ্বী অদুনা শাউনা শাপ তৌই। অদুবু মগুক্পোংব রাক্ষস অদুনা মহাক্পু চেৎনা কোল্লগা রামগা লাম্বানবা লাউথোক্ই। খুদক্ অদুদা, বৃদ্ধদশরথ রাজাগী মিত্র পক্ষীরাজ জটায়ুনা লাক্নুনা রাবণগী দুষ্কর্ম অদুদা বাধা পীরে অমস্তুং মখোয় অনিনা শাথিব যুদ্ধ তৌই।

প্রবেশক—মনাক্ অদুরাইদা নৈবা বৃদ্ধ তপস্বী অনিনা তম্থিব আকাশগী যুদ্ধ অসিগী মরেক্-শেংব বর্ণনা তৌই ; যুদ্ধ অসিদা মহাত্মা পক্ষীরাজনা রাক্ষস-রাজগী দেহ শাথি-শাথিনা হোগাই-থিন্গাইরম্মগা নৈপাক্তা তাই। তপস্বীনা মহাবিপদ অসি রামদা তম্মুনবা থুনা চৎখরে।

তরুক্শুব অঙ্ক—অযোধ্যাগী রাজ-প্রাসাদদা অঙ্ক অসি থাঙ্গেশেংনা হৌই। জনস্থান্দা রামগা উনবা চৎলুবদগী হল্লক্পদ ঙাইরিব সুমন্ত্রনা ভরতকা উনৈ। বৃদ্ধমন্ত্রী অদুনা কুমারদা পাউ পী—মহাক্ অহুমত্ত্ব থেংন-রক্তরে, মখোয় জনস্থান্দগী চৎখিরম্মে। অদুবু রামগী, ময়াম্ব বালীনা রাজ্যদগী তাম্থোক্পিরব অমস্তুং নুপী মুখিল্লব সুগ্রীবগা নৌনা প্রতিজ্ঞা তৌনব মিত্রতাগী ময়মদা রা ঙাংব মতম্দা, মহাক্না মকম্মরাং খংহৌদনা মহাক্না মচিন্দগী রাহৈশিংসি হায়দোক্ই—‘চপ্ মান্নব বিপদ অবস্থাদা তারব রাম্না সুগ্রীববু কিখিরম্মী।’ মতুনা ভরতকী কৌতূহল (eagerness) য়াহৌহল্লে অমস্তুং মহাক্না সুমন্ত্রদা মহাক্না বাহু ময়েক্ শেংনা হায়দোক্নবা তক্লে। অতৈ গতি নৈত্রতুনা সুমন্ত্রনা সাতা হুবগী বারিপুম্ব হায়দোক্ই।

ভরতনা শাথিব বিপদ অসিগী য়া তাবদা মূর্চ্ছা কথি অমসুং জ্ঞান তারব্রুগা থুদক্তা মহাক্না কৈকেয়ীগী কাদা হোচ্চিল্লি, সুমন্ত্রনা অয়েকদা মহাকী মকোক্ খংশাশাব স্বভাব অদু থাম্‌জিন্নবা হোৎনৈ। প্রতিহারীনা, কৈকেয়ীগী অজ্ঞা লৌরগা, ভরতপু চংহল্লি; ভরতনা শাউনা করেম্-কথাইননা রাণীমাবু সীতা হুবগী থাঙ্গেশেংব দারীনি হায়না চৈ-থাথি। মদুদা কৈকেয়ীনা খল্লি মহাকী উনরব চক্রান্তগী মতুঙ্গী য়া অদু ওমক্ কোংদোরুবা হৌজিক্ মতম্ চপচারে, অমসুং সুমন্ত্রদা দশরথগী অভি-শাপকী য়ারিদু লীনবা হায়। সুমন্ত্রনা বর্ণনা তৌই— নোংমা দশরথনা ঋষিকুমার অমবু শামু ওইরবোই থন্দুনা তেন্না হাংলম্মী অমসুং হনুব মমিত্তাংব ঋষিপিতা অদুনা অভিশাপ তৌখি—"নহাক্সু নচা কায়নবগী অরা-মৈচাক্না শিয়ু।" কৈকেয়ীনা মতুংদা ব্যাখ্যা তৌদুনা হায়— অভিশাপ অদুনা রাজকুমারশিঙ্গী অমা শিবা নত্রগা মখোয়গী অমগা কায়নবদগী রাজাগী মৃত্যু ওইবা ওইরম্লি। অহায়গী বিপদ অসি থোক্তনবগী, কৈকেয়ীনা মমৈগীসিনা খর ফগদবোই নীংতনা মসি থোরুবা খল্লি; অদুগা মরম্ অদুদগী মহাক্না মহাকী অকব যশ মাংহন্দুনা রাম্বু বন্দা থাবগী দায়িত্বপুম্ব পুরম্মী। হৌজিক্, অঙাং ওইরিঙৈদগী ভরত মপাগা তিন্নদনা মমাপোক্‌মিন্নব মামগীদা লৈরম্মী, অমসুং মতৌ অসিনা মহাকা কায়নবনা বৃদ্ধরাজাদা শাথিব মহৈ, করিমত্তা থোক্লম্-দরে। অমরোম্‌দা রামদি বৃদ্ধ পিতাগী থ্বাইদগী নুংশিব মচানি, অমসুং মরম্ অদুনা কৈকেয়ীনা মহাক্‌পু বন্দা থানবগী থ্বাইদগী হেন্না যোগ্যচাব খল্লি। বনবাসগী মতম্‌গী মরম্‌দা, কৈকেয়ীনা য়াই—চক্রান্ততৌবী অমগী থবক্ তৌবদা মহাক্ অন্নকী মতিক্ ফুখংনরম্মী, মকম্মরাং খংদনা হায়না শীরপ্রব 'সুমিৎ তরামরিনিগী' মহুত্তা বনবাসগী মতম্ চহি তরামরিনি হায়খিরম্বনি। বিষয় পুম্বসি ভগবান্ বসিষ্ঠ, বামদেব অমসুং অতৈ অতৈ মুনিশিঙ্গী অশেংবা অনুমতি য়াওনা হায়না শীন্‌প্রবনি। ভরতনা মমাগী উনরব মুংশিহৈত্তব চরিত্রগী ব্যাখ্যা অসিদা

পেম্নি অমসুং মহাক্না মমাদা খোগাক্-নাইদব, ব্যবহার লৈতব শাজৎ চৎখিবগী ক্ষমা ভিক্ষা প্রার্থনা তৌই। কৈকেয়ীনা কুমারবু খুদক্তা ক্ষমা তৌবি। ভরতনা সীতা উদ্ধার তৌবদা রামগী সহায় তৌনবা খুদক্তা যুদ্ধ-যাত্রা তৌনিঙে হায়। পাউ অদু ইথং থংহৌদনা আকাশদগী বজ্র তাবগুম্না লাক্পদা রাণী কৌশল্যা শাথিব পাউ তাবদা মূর্চ্ছা ওইরে। মমা-মচা অনিমক্না হনুবী রাণীবু সান্ত্বনা তৌনবা থুনা হোচ্চিল্লি।

প্রবেশক—কুলপতি ঋষিগী আশ্রমদা, তপস্বী অমনা আশ্রমগী সেবাদাস নন্দিলক্তা আদেশ তৌই—'রাম্না রাবণবু হাৎলে, সীতা উদ্ধার তৌরক্লে অমসুং বিভীষণবু লঙ্কাগী সিংহাসন্দা অভিষেক তৌবিরম্মে; অদুগা হৌজিক্ আশ্রমদা থুঙরে; অদুনা মহাক্পু স্বাগত তৌনবগী থৌরাং তৌ।' রামচন্দ্রনা মহাক্না বানর, শওম্ অমসুং রাক্ষসনচিংব বন্ধু-শিঙ্গা লোয়ননা আশ্রমদা থুঙরে তাবদা নন্দিলক ইঙক্ ঙকই। মদুদা তপস্বীনা মঙোন্দা কারিসু কিফম্ লৈতে হায়না বিশ্বাস তৌহল্লি। মরম্দি রাক্ষসশিং অদু ধর্ম্মচেম্ব বিভীষণগী অধীন্দা লৈবা ঙাক্তনি।

তরেচ্ছুব অঙ্ক—রাম্না হাম্না চঙি অমসুং সীতানা কোম্না মহাক্না মতুংদা চঙি। আশ্রমগী তাপসীশিংনা সীতাবু তরাম্না অভ্যার্থনা তৌই। মখোয়গা অসুম রারী-রাতাই শাবদা মখোয়না মমাঙৈগী ঘটনা থুরা নিংশিঙি অদুগা মমাঙৈগী অথংব লম্ থর য়েংবা চৎলি। রাম্না কাঞ্চন-পার্শ্ব শজীগী বা হায়বদা সীতা ইথক্-থকৎলি। রাম্না মহাকপু নুংশা থীদনবা হায়। মতুংদা লক্ষ্মণ-না রাণীমাশিঙ্গা লোয়ননা ভরত থুঙবা পাউ হায়নবা লাক্ই। নুঙাইবা পুনর্মিলন (re-union) ওইরে। ভরতনা প্রস্তাব তৌই হায়নখিব মতুংইন্না রাম্না হৌজিক্তি রাজ্যভার লৌবিরনি। কৈকেয়ীনা য়াম্না পাম্না-হরাওনা প্রস্তাব অদুবু সমর্থন তৌই অদুদগী শত্রুঘ্ননা চংশিল্লগা লাউথোক্ই—বশিষ্ঠ অমসুং বামদেব ঋষি অনিনা অদুগা প্রজাশিংনা রামবু অভিষেক তৌনিঙি। কৈকেয়ীনসু

থরাই য়াওনা প্রস্তাব অদুবু সমর্থন তৌই। য়াম্না নিংলক্লব অমস্তুং কুইনা পম্বরব অভিষেক অদু আশ্রমদা প্রজাশিং অমসুং বিভীষণ, সুগ্রীব, জাম্ববান্, হনুমান, নীল-নচিংবা বন্ধু-বান্ধবশিঙ্গী মহাধবনিগা লোয়ননা পাংথোক্‌ই। মতুংদা কৈকেয়ীনা অমুক্ হন্না সাধারণ অভিষেক তৌনিঙি। রামগী ইচ্ছা মতুং ইন্না রাবণগী পুষ্পক বিমান লাক্‌ই অমস্তুং পুম্নমক্‌পু রাজধানী তান্না পুই।

## (গ) ভাসগী নাটকশিংদা নাট্যকলাকৌশল

ভাসগী নাটকশিংদা সাধারণওইনা, সংস্কৃত নাট্যকলাকৌশল য়াম্না চপ্‌চানা কায়দনা চত্তে। সংক্ষেপ্না হায়ববদা, কলাগী বিবরণশিং অদুগীস্তু মশিং য়ামদে। মসিগী অচুম্ব মরম্‌দি অসিনি, ঐখোয়গী কবি অসিনা মহাক্কী নাটক রচনা তৌবা মতম্‌দা সংস্কৃত নাটক্কি য়াম্না অঙা· ওইরম্মি অমস্তুং সংস্কৃত নাট্যশাস্ত্রগী লেঙদব-অকন্ব নিয়মশিং অদুস্ত হৌজিক্কী মতৌগুম্না নিংথিনা চপ্‌চাব মওংদা লৈরম্‌দে।

রাহৌদোক্কী মঙ্গলাচরণ শ্লোকসিবু ("সীতা মঙ্গল নীংবিব" নচিংব) শাস্ত্র-সম্মত অশেংব ওইনা লৌবা য়াদে, মরম্‌দি ভাসদি মহাক্কী নাটকশিংদা সূত্রধারনা ( stage-manager না ) রাহৌদোক্ ওইনা হোই হায়না পরম্পরাদগী থংনৈ। ভাসনা সূত্রধারগা স্থাপনাগা খেম্নবসি ময়েক্লানা হায়দে। নাটক অসিদা ( ভাসগী অতৈ নাটকশিংদা ), কবিগী অমসুং মহাক্কী বংশগী মমিং অদুগা নাটক্কী মমিং য়াওদে। অদুবু বিশেষ নাটক অসিদা, শরৎঋতুবর্ণন তৌই ("শরৎঋতুগী মরম্‌দা ··· ···")। মতুংদা ভারতী বৃত্তি শিজিন্নরে। ভারতীবৃত্তি মথল্ মরিগী মনুংদা স্থাপনাত ( প্রস্তাবনা = আমুখ ) সংক্ষেপ্না হাপ্লে। অসিগুম্ব অসিবু 'প্রবর্ত্তক' মথল্ কৌনৈ (সূত্রধারনা নটীদা শরৎঋতুগী ঈশৈ শরুবা হায়বদা অমসুং মা কোহুঙ্গী হরাওবী নূপী থোঙাবপীগা হরাওবী কাঙা অমোম্‌গা উপমা তৌবদা দর্শক্কী মমাঙ্‌দা 'প্রতিহারীগী' চরিত্র হোদোক্‌ই।

রাম-সীতানা রাজা-রাণী ওইবগী ঘটনাশিং অদুনি নাটক অসিগী মূলকার্য্যদি ( original aotion ) অমসুং রাজত্ব ফংবগী থাঙ্গৈশেংব মপুংমফা অদু অরোইব ফলনি ( result নি)। অদুবু তোঙান্ তোঙাব সন্ধিশিং অমসুং বস্তুগী ( Plot কী ) মথং মথং উন্নতি ওইরকপগী থাক্ মঙা অদু য়াম্না ময়েক্লানা পংথৈ নাইহন্দে অমসুং নাটক্কী শেষ পরিণতি ( ফল ) খংথু থুবগুম তৌই। বীজদি ( seed দি ) থারে প্রতিহারীনা অসি হায়বদা—"মহারাজ দশরথগী··· ··· রামচন্দ্রদা ···· ···· অভিষেক্কী পোচ্চং ··· ···· পুরকউ"। মসিদা মুখসন্ধিসু হৌরে ; অদুবু মসি অবদাতিকাগী উকু ফিদগী থোরকপ থৌদোক্লা (Bark-incident না) রামগী বনগমনগী ইঙ্গিত উৎপনা নমথরি ("হাই, হাই, সর্ব্বনাশ !" নচিংব)। সংক্ষেপ্পা প্রতিমুখ সন্ধিগী ছায়া ( মমি ) তাররি বীজনা থাঙ্গৈশেংনা মরা তাদ্রিবৈদা। সীতানা উকু শেৎনিঙি হায়বদা মসিবু খর চেৎহল্লে। ('মসি ঐঙোন্দা পকচংদ্রা")। বীজগী লক্ষ্য উদ্ভেদ (ময়োঙ্কোংবা) অমুক্ উরে 'টীগী রাহৈদা ("অক্ষবা পাউ !" নচিংব)। মসি মমসিল্লক্লে ( অলক্ষ্য-উদ্ভেদ ) চেটীগী রাহৈদা ( "চোল মখোন্ ··· ··· থংলেপ্ লেপ্‌খরে")।—অমম্বা অদু হেন্না কুংশিল্লে রামগী রাহৈনা ("বিশ্রাম তৌরুখে" নচিংবা,—"ওইদ্রে নিংথৌ খুদক্তা"—শ্লোক ৭)। অমম্বদু মপুং ফারে কঞ্চুকীগী রাহৈনা ("অভিষেক থন্ধ ওইথ্রিবনি" অমসুং লক্ষ্মণগী রাহৈনা ("চহি তরা মরি বন্দা মহাক্তা লৈবতাবনি"—শ্লোক ২৩)।

অহান্থ অঙ্কদা পতাকা (Episode) অমসুং মসিগী নেতা ভরতকী আভাস উৎলি। অদুবু পতাকা অসিদি অহুমশুব অঙ্কগী মমাংদা শেংনা হৌদে। অলক্ষ্য উদ্ভেদশিংনা (counter incidents না) প্রতিমুখ সন্ধি মরা তারে অমসুং অনিশুব অঙ্ক পুম্ব থুংলে। Aot III গী অরোইবদা প্রতিমুখদগী গর্ভসন্ধিদা চৎপগী অহোংবা অবস্থা ( transition ) অমা লৈ, মদুদা বীজ অদু অহান্বদা উরম্মগা অমুক্ মাংখরে ( দৃষ্টনষ্ট ), থংহৌদনা অমুক্ ময়োন্ চোংলে (সমুদ্ভেদ) ভরতনা ( পতাকা

নায়ক্তা ) রাজ্য লৌবা য়াদবন ঈশিং চাইবদা। মতাং অসিদা পতাকা হোরে অমস্তুং Act VII লোইবা ফাওবা চথরে। (অহুম্শুব অঙ্কগী সমালোচনাগী মন্তব্য য়েংউ ) | Act VI তা অবমর্শ সন্ধি চথরে, মসিদা মূল বস্তুদু ফংনবগী Act III দগী হেন্না ময়েক্ শেংনা উৎলে, মরম্দি রাম্না রাজ্য লৌবা য়াবিরে ( "ফবে, মদুম্ তৌরসি" Act IV, শ্লোক ২৪ অমস্তুং মখাগী য়াহৈশিং )। অদুবু মহাক্তু চহি তরা মরি বন্দা লৈরগা ( মপাদা মহাক্কী য়াশক্ ) বনবাস মতম্ লোইরগা রাজ্য অমুক্ লৌবগী ইচ্ছা মতম্ খর য়ৈথোক্লে ( সান্তরায় ) ( "ঐহাক্কী আর্য্যরাম ·· ··· লাক্চরে লৈজ্রোরা চৎপ্রোরা ?' শ্লোক ৫ )। অবমর্শ হেন্না কুং-শিল্লে Act V দা, সীতাবু রাবণনা—হুখিবদা অরোইব ফল ফংনবগী লম্বীদা অচোবা বিঘ্নি অমনি ( অঙ্ক ৫ গী সমালোচনাগী মন্তব্য) | মসিনা Act VI লোইবা ফাওবা চথৈ মমৈগী বিঘ্নি অদু কোক্লবগী চিহ্ন অমত্তম্ব য়াওদনা। অদুবু শেষ পরিণতি অদুদি Act VII দা খোংকাপ য়াম্না থুনা থাংদুনা য়োৎলে; মসি নাটকীয় ( dramatic ) মান্দে। Act VII দা শেষ পরিণতিগী রামগী—বাজ্যলাভ-ফলগী ) বাধা-বিঘ্নি পুমৈ-লৈতনা মহাক্তা সত্যমক্ রাজা ওইরবদা নির্বহন সন্ধি ওইরিবনি। (অঙ্ক ৭ কী শ্লোক ৯ দগী লোইবা ফাওবা )।

সন্ধিশিঙ্গী তোঙান্ তোঙাম্ব শরুক্ মচাশিং পুথোকপা য়াদরে। খুদম্ ওইনা অনিদং উৎলি। অহান্নদি উপন্যাস হায়বদি বীজথাবা ( বীজন্যাস )—মদুদি, "মহারাজ দশরথগী ···· রামচন্দ্রদা ··· ···· অভিষেকী পোচ্চং পুরকউ" । অদুগা অরোইবদি প্রশস্তি রাজা অমস্তুং রাজ্যগী মঙ্গলগী বর্ণনা—"জানকীগা ···· ··· রাজলক্ষ্মীগা লোয়ননা।" ( ভরতকী য়াথং )।

Act I দা উকু-ফিগী মতাংদা পতাকাস্থানগী (ড্রামাটিক আইরনিগী) ফজব নমূনা অমা য়াওই। কলাকৌশলগী মথল্ অতৈশিঙ্গী মতুংদা নাটক্তা শম্বল্লে কক্পগী থবক্ অমদি মাঙ্দা মরুম্ খজিষা Act II দা

য়েক্লিবা দশরথগী শিরম্দাইগী দৃশ্য—দিলীপ, রঘু অমসুং অজ—স্বর্গীয় রাজাশিঙ্গী ছবিশিং—মখোয়গী প্রতিমাশিং প্রতিমা-গৃহদা ভরতনা উথিবা—শিংথানবা য়ায় ।

মিষ্টর কালেনা চুমমক্ হায়খিরে "নাটক্কী অরোইব অঙ্ক ( denouement ) দোষ চেল্লে" । মসি খর হাথু হাথু ওইরে । "কালিদাস অমসুং ভবভূতিগী রা থম্খো, কবিনা, হর্ষ অমসুং অনিশুব শ্রেণীগী কবিশিংনা য়াওহন্বা শেম্গৎপ কলাকৌশল মসিদা উত্তে। নাটক অসি বস্তু-উন্নতি ওইরক্নবগী থাক্ মথং মথং চিংথদব পোক্খোরকপ খোংখোক্ কয়ামরুম্না তাইশিন্ন পোৎ মাল্লি ।" অদুবু কনা অমত্তুনা যুক্তি চানা মিষ্টর কালেবু য়াবিরোই ; মহাক্না হায় "অনিশুব অমসুং মঙাশুব অঙ্ক অনিসি খোংখোক্পদা নাটক্কী কার্য্য ( action ) করিস্সু কায়রোই" । অদুমক্পু, মসি হায়বা য়ায়—অঙ্ক অনিশুবদা য়াওরিবা দশরথগী থাঙ্গৈশেংব মৃত্যুদৃশ্য অদু ইরাইলায়না য়াওহন্দবা য়ায় । অদুবু Act V দি থাদোক্পা য়াদবনি, মরম্দি মসিনা অবমর্শ সন্ধিগী চূড়ান্তোন্ ( climax ) উৎলি অদুগা ঐখোয়গী কবিগীপক্কদা মৌলিক আবিষ্কারগী ( original invention গী ) অনিশুদব শক্তি তাক্ই । ( Act V গী সমালোচনাগী মন্তব্য ) ।

নাটক্কী নায়ক রাম ধীরোদাত্তুনি অমসুং মহাক্না মপাগী প্রতিজ্ঞারক্ষাগী দমক্ কন্ন হোৎনবনা মহাক্ বিশেষ ওইনা ধর্মবীরগী প্রতিনিধিনি। কবিনা কাব্য-রসগী যেসা অমা নাটক অসিদা চাংনাইনা উন্নতি ওইহল্লবসু অনিশুব অমসুং অহুম্শুব অঙ্কদা করুণরস অদুগা মঙাশুবদা অদ্ভুতরসশুব ঐখোয়না থেংনৈ ।

নাটক অসিগী বস্তু য়াখিবব মথন্নি—মপুংদি বাল্মীকিগী রামায়ণনি । অদুবু ঐখোয়গী কবিগী মৌলিকতাগী ( originality গী ) উদাহরণ ময়াম্ য়াওরি, মদুদা মহাক্না পরম্পরাদগী খংনরব রারিগা মায়দব থাগৎপয়াব অনৌব বিষয় কয়া থুসি তৌনা পুথোক্লি । (পরিশিষ্ট 'ঘ য়েংবিয়ু)

## (ঘ) রামায়ণদা য়াওদবশিং

১। বস্তুদা য়াওদবশিং :—উকু-কিগী ঘটনা অমসুং অভিষেক্কী মতম্দা শত্রুঘ্ন য়াওবা ( অহান্ন অঙ্কগী শ্লোক ৭ ) অহান্ন অঙ্কদা কবিগী অনৌব থুংশেম্শিংনি। অনিশুব অঙ্কদা মৃত্যুশয্যাদা চেপ্লব দশরথগী স্বর্গীয় মপামপুশিঙ্গী ছবিগী দৃশ্য অসিসু কবিগী সৃষ্টিনি। প্রতিমা-গৃহগী বিষয় ইরিব অহুম্শুব অঙ্ক ওম্নমক্ কবিগী মথন্তুগী ওইবা সৃষ্টিনি। মরি-শুব অঙ্কদা ভরতপু লক্ষ্মণগী মনাও ওইনা উৎলি—মসি রামায়ণগীগা মান্নদবনি। রামগা রাবণগা উ-রগা সীতা হূবগী দৃশ্য মপাবুঙ্গী শ্রাদ্ধগী দমক্ ( সীতাগী অপান্বা থুংহন্নবগী নত্তবা ) রামগী সনা-শজীগী আশা, অমসুং লক্ষ্মণবু অতৈ বিষয় অমদা থাবা—মখোয়সি মঙাশুব অঙ্কদা মপুংওইনা মান্নদবনি। ভরতকী আদেশদগী সুমন্ত্রগী জনস্থানগী অনিশুব খোংচৎ, সীতা হূত্রবা মতুংদা কৈকেযীগী কাদা ভরতকী দৃশ্য কৈকেয়ীগী আত্মরক্ষা ( self-defence ) অমসুং 'সুমিৎ'কী মহুত্তা 'চহি' হায়খিবা মহাক্কী অশোয়বা অমসুং রাবণগী বিরুদ্ধদা ভারতকী যুদ্ধযাত্রাগী আয়োজন—তরুকশুব অঙ্কদা মান্নদবশিংনি। কুলপতি ঋষিগী আশ্রমদা রাণীমাশিঙ্গা লোয়ননা ভরত লাক্পা, মদুদা রামগী নিয়ম নাইদব ( in formal ) অভিষেক তৌবা, রাম্না রাজ্যশাসনভার লৌবা অদুগা রাম, রাণীমাশিং, ঋষিশিং অমসুং রাজকুমারশিংনা বন্ধু-বান্ধব পুরবাসীশিঙ্গা লোয়ননা পুষ্পক বিমানদা অযোধ্যাদা চৎপা—তরেচ্ছুব অঙ্কদা কবিগী অনৌবা সৃষ্টিনি।

২। মান্নদব চরিত্র বর্ণনাগী বৈশিষ্ট্য ( Peculiarity ) :—

পুষক্কারনা হায়রি—"প্রতিমাগী চরিত্র পুন্নমক্, মীওইবগী অশেংব মতৌ ওইরবসু, রামায়ণগীগা তুলনা তৌবদা খর রাংথৎপ থাক্কী ওইনা তৌই।" মসি ঐখোয়না য়াবা ঙম্দে। অদুগা মসি অচুম্ব সত্যনি—রামগী চরিত্র 'খর হেন্না পুক্চেন্-চাউব, মর্য্যাদা-লৈব অদুগা মপাবু খর হেন্নিনা ভক্তি তৌবা মতৌগুম্না থে কৃপিরে ; মরম্দি মহাক্না ওন্নতৈনব

টীকা (remark) করিমতা তৌদনা বনবাসগী দণ্ড অদু য়ারম্মী (রামায়ণ, ২ কাঃ ২১/৫৭-৫৯ ; ২১/১২-১৩ )। মহাক্কী প্রিয়া সীতাগী মপুক্কিং থুংনবগী নত্তনা মপাবুঙ্গী শ্রাদ্ধগীদমক্ সনা-শঙ্গী ফানবা হোৎনবদা মহাক্কী মহত্ত্বসু ( nobility সু ) ময়েক্লানা ফোংদোক্লে। ( রামাঃ ৩ কাঃ ৪৩/৯-২১, ২৪ ৫০ )। সীতানা রঘুমণিদা নাকোং-শাব রাহৈশিং ভাংদে ( রামাঃ ২ কাঃ ৩০/৩-৮ )। সীতা হূবা মতম্‌দা লক্ষ্মণ লৈরম্‌দবনা সীতানা লক্ষ্মণবু নক্ত-নক্তব, হৌনদব রাহৈনা অপমান তৌদরে ( রামাঃ ৩ কাঃ ৪৫/৫ ৮, ২১-২৭ ৩৬-৩৮ )। কৌশল্যানা রামায়ণদা য়াওবগুম্না ( রামাঃ ২ কাঃ ৭৫/১১, ১২ ১৬ ) কৈকেয়ী অমসুং ভরতপু নুঙাইতবা তৌদরে। অদুগা কৈকেয়ীগী আত্মরক্ষাগী যুক্তিদু ওম্লমক্ চুম্‌দ্রবসু (খুদম্ - অশোয়বা—the slip) মহাক দোষীনি হায়বদু মিথ্যানি হায়না খর পাক্লা সমর্থন তৌরে। অমামা ওইরবসু, কৈকেয়ীগুম্বগী য়াম্না নিন্দা লৈব চরিত্ররক্ষা তৌবসি কবিগী পক্কদা য়াম্না থাগৎপ-য়াবা চেষ্টা অমনি হায়বা য়ায়। প্রতিমাগী সুমন্ত্র মর্য্যাদালৈব অমসুং মিন্নুংশিহৈব মন্ত্রী অমা ওইরে। মহাকবি ভাসনা, ইশম্ শম্না, রামায়ণগী চরিত্রশিঙ্গী অকংব শরুদা ঈ-তোংশা হাপ্পিরম্মে।

## (ঙ) নাটক্কী মিল অহুম্ অমসুং সময়-বিশ্লেষণ ( **analysis** )

মিল-শিং ( unities : নাটক্কী ফিভম চেৎহন্ন মতম্, মফম্ অমসুং কার্য্যগী ( action গী ) মিল অহুম্ অসি য়াম্না মপুং ওইনা হায় গ্রীক নাটকশিংদা। মখোয়গী মমুংদা, অদুমক্পু কার্য্যগী মিল অসিনা খ্বাই-দগী অথোইবনি।

১। মতম্ (Time)—সংস্কৃত নাট্যকারশিঙ্গী মোত্তা অঙ্ক অমগী কার্য্যগী অয়োব সীমা নোংমদগী হেল্লোইদবনি। যেসা কার্য্য, হুমিৎ নিনিদগী চহি অমা কাওবা চথুরবদি, অশেংব অঙ্ক অমগী মমুংদা য়াওহন্দনা প্রবেশক ওইনা উৎকদবনি। চহি অমদগী হেন্ন কার্য্য অমা

য়ীতি মতুং ইয়া চহি অমদগী য়াৎপগুম্না উৎকদবনি। প্রতিমাদা কার্য্যগী লীশাং চুপ্প অশাংবা চহি তরামরি হেন্না শন্দোক্লি।

২। মকম্—সংস্কৃত নাট্যশাস্ত্রদা. কার্য্যগী দৃশ্যগী মরম্দা অথীংবা করিম্ব লৈতে। অঙ্ক অমনা রাজাগী রাজধনী, অমনা লৈকোন্, অহুম্শুবনা রাজপথ, মরিশুবনা আশ্রম অদুগা মঙাশুবনা মর্ত্ত্যলোক য়াংমগী লম্ অমা ( স্বর্গ )কাওবা উৎপা য়ায়। শকুন্তলাদা, ঐখোয়না থেংনৈ, অঙ্ক তরেচ্ছুবনা স্বর্গগী ইন্দ্র ভবন্দগী হিমালয় চুড়াদা লৈব আশ্রম কাওবা লম্বী লম্শাং পুম্ব বর্ণনা তৌরি। সংস্কৃত নাট্যশাস্ত্র বিধিদা বিষয় অসিগী অকরুব মাইকৈ তাক্পা অমত্তা য়াওদে। প্রতিমাগী অহাম্ব অমসুং অনিশুব অঙ্কদা অযোধ্যা রাজপ্রাসাদগী তোঙান্ তোঙাম্ব মকম্শিংনা কার্য্যগী দৃশ্যশিং উৎলি। অহুম্শুবনা কার্য্য-দৃশ্য ওইনা অযোধ্যাগী নগর চিদাইদা প্রতিমা-গৃহ উৎলি। মরিশুব অঙ্কনা কার্য্যদৃশ্য ওইনা জনস্থান বন্দা রামগী আশ্রম উৎলি। মঙাশুব অঙ্কনসু আশ্রমগী দৃশ্য অমা উৎলি, মদু মরিশুব অঙ্কগী মকম্ অদুমক্না নত্তরা হায়বা লুরে। তরুক্শুব অঙ্কনা অযোধ্যাগী রাজধানীদা হোরে। তরেচ্ছুব অঙ্কনা কুলপতি ঋষিগী আশ্রম উৎলে ( রাম্না সীতা হুদ্রিনৈদা লৈরম্বা )।

৩। কার্য্য ( action ):—কার্য্যগী মিল অসি নাটক্তা খাইদগী মরু ওইব মরম্নি, গৌণ কার্য্যশিং ( minor actions ) হায়বদি থোথোক্, বস্তুগী মসুংচম্ব অংশশিং (sub plots—প্রতিমা-গৃহগী দৃশ্য), অচোইব থোথোক্শিং ( সনাশঙী ) অমসুং প্রাসঙ্গিক ( Episodes—কৈকেয়ীগী আত্মরক্ষা ) অদুগা শক্-মান্নব প্রাসঙ্গিক ( counter Episode—সীতাহুবা )– পুম্নমক্সি মিল ওইনা ( মতা চানা চানা ) অমসুং থাইদোক্নবা য়াদনা অমগামগা মরিমরি শম্নহন্না য়েক্পিরে ঐখোয়গী কবি অসিনা ; মহাক্কি পুম্নমক্সি অমসুং মুর্ত্তিগী অতৈ অতৈ পোচ্চংশিং অমগামগা পুক্নিন্দুনা মরিন্ফুম্ব মপুম্ অমা পুথোক্পদা শিংথানরবা, হেক্ অনৌব-পুথোক্প শক্তি-চেম্ব কবি অমনি।

**সমন্নবিশ্লেষণ** :—অহান্ন এক্ট—রাম অভিষেক্কী বিশেষ থাগী অকলুম মুমিৎ অমগী লংজিন্ পীদে। স্থাপনাদা শরৎ-ঋতু পল্লি ; অহুবু নাটক অসিগী থাঙ্গৈশেংব অহৌব মতম্গা মরি অমত্তা লৈনদে। মুল রামায়ন্দা রামগী অভিষেক্কী তিথি অসি মঙ্গল তাকপ পুষ্যা নক্ষত্রনা চংব চৈত্রগী শুক্লপক্ষগী দশমী তিথিনি ( ভরানি পাম্বনি ) হায়রি ( রামাঃ অযোঃ কাঃ সর্গ ৩/৩৪, ৪/১১-১২, ৫/১০ )। রামা মুমিৎ অহুমক্তদা বনযাত্রা তৌবিখি।

**অনিশুব এক্ট** :—মিষ্টর কালেগী মতুংইন্না অঙ্ক অহান্নগা অনিশুবগা কান্নব মতম্ মঙানিনি। মসিসু রামায়ণগী উক্তিদগী লেপ্পনি। ( অযোঃ কাঃ ৬৩/৪, ৬৪/৭৮ )। অদুনা দশরথনা চিত্রা নক্ষত্রনা পায় চৈত্র পূর্ণিমাগী অর্দ্ধরাত্রিদা মৃত্যু আলিঙ্গন তৌবিখি।

**অহুমশুব এক্ট** :—অনিশুব অঙ্কগী কার্য্যগী মতুংদা পক্ষ অমরুম্ ( ১৫ নিরুম্ ) লৈরগা অহুম্শুব অঙ্কগী ঘটনাশিং থোক্ই। রামায়ণদা ভরতনা কৈকয়পুরদগী অযোধ্যাতান্না লাক্পদা মুমিৎ তরেৎনি চডি হায়রি ( অযোঃ কাঃ ৭২/১৮-১৯ )। অদুনদি দূত অদুনসু অযোধ্যাদগী কৈকয়পুর তান্না চৎপদা মতম্ চপ্মান্নবা চডি হায়না লৌবা য়ায়। ভরতনা কৈকয়পুরদগী যাত্রা তৌবদা নোংমা কান্নহল্লবদি মহাক্না দশরথগী মৃত্যুগী তরা তরুক্নিশুব মুমিত্তা অযোধ্যাগী রাজধানীগী সীমান্তদা থুংলম্মী। কৌর্ত্তিকাসু চিত্রাদগী তরা তরুক্শুব নক্ষত্রনি। ( রোহিণীসু যুম্দা, গ্রামদা চংবগী অকব নক্ষত্রনি—জ্যোতিষ শাস্ত্র )। ভরতনা মথ্যান্ বাইদা প্রতিমা-গৃহদা চংলম্মী, মরম্দি পুরোহিতনা মতম্ অদুদা চাব-থক্পা লোইবত্তা ঙাইরম্মী। মরম্ অদুনা অহুম্শুব অঙ্ক বৈশাখগী ( শজিবুগী ) পান্থৎলক্পা প্রতিপদ নত্রগা নিনিপাম্বদা হোরে।

**মরিশুব এক্ট**—অহুম্শুবগা মরিশুবগা মুমিৎ নিনি কান্নরম্মি। মরম্দি ভরতনা রাজ্যাভিষেক স্বীকার তৌরম্দনা রাজধানী কাওবদাসু

চংলম্‌দনা বনযাত্রা তৌবিখি। (অঙ্ক অহুম্‌শুবগী শ্লোক ২৪ অদুগা মরি-শুবগী প্রবেশক)। অযোধ্যাদগী হুমিৎ নিনি চৎলগা রাম্না চিত্রকূটদা লৈরম্মী।

মঙাশুব এক্ট:—চহি তরাহুম্‌দোই কায়রে অঙ্ক মঙাশুবগা তরুক্‌শুবগা [ তিলক টীকাগী মতুংইন্না মতম্ কায়বসি চহি তরাহুম্‌দোই মপুংদগী খজিক্কং তাই। রামায়ণদা হায়রি—রাম্না বনবাস তৌখগী চহি তরাহুম্‌দোইশুবদা মাঘগী পান্‌খৎলক্‌প নিপাম্নি পাম্বদরা (তিলক টীকা, বঙ্গবাসী সংস্করণ, যুদ্ধ কাঃ ১১০ দা আগ্নিবেশ্য রামায়ণ কোট তৌরিবা অদুগা পরঙাপে অমসুং কালেনা কোট তৌরিবা পদ্মপুরাণ অযোঃ ৩৬)—নত্রগা ফাল্গুনগী পান্‌খৎলক্‌পা নিপাম্নি পাম্বদরা (তিলক টীকা আরণ্য কাঃ ৪২/৩১, যুদ্ধকাঃ ১১০)]।

তরুক্‌শুব এক্ট—অঙ্ক অসিগী অশেংব থৌথোক্‌শিং বরিষা ঋতুদা হৌই। মরম্‌দি, রামায়ণদা হায়রি—বালিবধগী মতুংদা সুগ্রীববু কিষ্কিন্ধ্যাগী রাজ-সিংহাসনদা অভিষেক তৌবিরগা, রাম্না প্রস্রবণ পর্বতা বরিষা লেন্‌খি। (কিঃ কাঃ ২৭/১, ৩৮, ২৮/১-২)। মরম্ অদুনা অঙ্ক মঙাশুবগা ৬শুবগা থা ৪ নত্রগা ৫ খম্নৈ।

তরেচ্ছুব এক্ট—রামায়ণদা হায়রি—চহি ১৪ শুরগা ৫নি কোম্বদা রাম্না ভরদ্বাজগী আশ্রমদা থুংবিখি—(যুঃ কাঃ ১২৪/১)। কনা অমনা অনুমান তৌই—চৈত্রগী পান্‌খৎলক্‌পা ৫নি পাম্বনি (কালে)। মতুঙ্গী সুমিত্তা রাম্না অযোধ্যাদা চৎখি। আগ্নিবেশ্য রামায়ণ-না (তিলক টীকাদা কোট তৌবা) বৈশাখগী পান্‌খৎলক্‌প ৫নি পাম্বনি হায়। মতুঙ্গী সুমিত্তা রাম অমসুং ভরতকী পুনর্মিলন নন্দীগ্রামদা অমসুং নিয়মনাইব অভিষেক তৌখি মতুং নোংমা কোম্বদা (যুদ্ধ কাঃ ১০৮ তিলক টীকা, নির্ণয় সাগর প্রেস সংঃ ৯৩০)। অদুবু তিলক টীকানা তারিখশিংসি য়াদে—"চৈত্রশুক্লপঞ্চম্যাং ... ... ... এবাযোধ্যা প্রবেশস্থ লাভাৎ"। টীকাকারনা অশাংব জ্যোতিষগণনা তৌদুনা য়ারেপ্ আই

( কালিকা পুরাণদা মপুং ওইদুনা ) আশ্বিনগী ( লাংবন্‌গী ) শুক্লা নবমী তিথিদা রাবণ বধ তৌখি। অদুগা বনবাসগী মতম্ ( চহি ১৪ ) আশ্বিন নত্রগা কার্ত্তিকী ( চহি ১৫ শুবগী ) কৃষ্ণাগী শিথরকপগী তরুক্সি চযদা লোই। মসিনা, অওইবদি, মতম্ অদু থাঙ্গেশেংনা চহি ১৪ মপুংদগী থা ৫ সুমিৎ ১৯ হেন্না উৎলে। হায়বদি থা ৬ তগী সুমিৎ ১১ নি রাৎপা। মসি চুম্‌দব গণনা নত্তে; মরম্‌দি, সাবন গণনা মতুংইন্না, চহি অমা খুদিংদা থা ২ হেল্লি। মহাভারত, ভীষ্মগী বাণী, বিরাট পর্বদা— "পঞ্চমে পঞ্চমে বর্ষে দ্বৌ মাসাবুপজায়তঃ"— নচিংব )-অদুগা ( তিলক টীকা যুঃ কাঃ সর্গ ১০৮ নির্ণয়সাগর প্রেস, লাঃ ৯২৮ )। অদুনা অহাবগী অভিমত লৌরবদি ৬শুব অমসুং ৭শুব অঙ্কগী থম্ববসি থা ৮ নত্রগা ৯ নুমিৎ ( কালেনা পীব )। অদুবু তিলক টীকাগী মোত্তি থা ১৫ নত্রগা ১৬ কাম্নবনি। ( মরম্‌দি রাম অমসুং রাবণপক্ষগী যুদ্ধদু চহি ১৪ গী পৌষ ( পোইন্সু ) দগী ১৫ গী আশ্বিন ফাওবা চথরম্মী।

## (চ) নাটকক্কী সাধারণ বৈশিষ্ট্য ( Characteristics )

নাটক (*Drama*) : লীলাদা শরুক্ অমদি থৌদাং অমমম্ লৌদুনা য়াওব মীশিংনা অচুম্ব ওইনা কার্য্যশিং ( motions ) মতৌ তম্বা অমদি মহুৎশিন্দুনা উৎনবগী কলা কৌশল অদুবু নাটক ( Drama, গ্রীক, drao, to do ) কৌই। দশ-রূপক-কা গ্রন্থকারনা 'অবস্থা অমদি কার্য্যগী মতৌতম্ববু' নাট্য dramatic art ) কৌই ( দঃ রূঃ ১/৭ )। অদুগা মহাক্না মসিবু মহুৎশিন্ন-য়াব রূপ ( art ) সু কৌই হায়বদি পাত্র-চরিত্রশিংনা ( actors না ) মহুৎশিন্দুনা উৎপা য়াব কলাবিদ্যানি ( দঃ রূঃ ১/৭ )।

কার্য্য ( action ): নোংচুপ্‌কী সমালোচকশিংনা হায় নাট্যদি থাক্তিসেংব মীগীত মতৌতম্বা নত্তে, চরিত্রশিং-তাক্‌প কার্য্যগী মতৌ-তম্বনি। "নাটকী বিষয়-বস্তুবু নিংথিনা চালাইরিব, অচুম্ব নত্রগা

কাল্পনিক ( imaginary ) ঘটনা অমদি ঘটনা পরেংশিং অমুবু 'কার্য্য' কৌই। অচুম্ব চরিত্র-বর্ণনাদা তাক্লিব কার্য্যগী অনুকরণ অদু নাটক-কী মোলান্ পুম্বগী খিন্‌ফম্-নুংনি। সংস্কৃত নাটক্তা action বু 'কার্য্য' হায়না খংনৈ।

মরুওইব পোচ্চংশিং : মপুংফানা মহৈয়াম্নবগী, নাটক অমদা মথাগী মরুওইব মরম্‌শিং অমসুং পোচ্চংশিংসি য়াওগদবনি :

১। বস্তু ( plot ) : কাম্নদব গৌণওইব অমসুং হুন্তাইরোইদব দৃশ্যশিং য়াওহন্দব, নিংথিনা শেম্ব বস্তু অদু নাটক অমগী খ্বাইদগী মরু ওইব ফেক্টরশিঙ্গী ( মরম্‌শিঙ্গী ) অমনি। খ্বাইনা য়াদব অমসুং ছিঁড্রয়াওব নাটকী থবক্ থোক্হমগী অরুবা কোক্লনবগীদমক্ এরিস্টোটলনা সাবধান বাণী (warning) পীবিরম্মে—নাট্যকারশিংনা মহাকাব্যগী নমূনাদা (Epic plan দা হায়রবদি পোক্‌থোরক্‌প থৌথোক্‌শিং incidents অদুগা প্রাসঙ্গিক Episodes ময়াম্ য়াওব ) বস্তু শেম্নবা হোৎনরোই-দবনি। সংস্কৃত নাট্য লেখকশিঙ্গীসু অভিমত অসিনি। (সাঃ দঃ ৬)। ভবভূতিনা সাবধান-বাণী অসিবু থৌশাদনা মহাকী 'মহাবীরচরিত' মহাকাব্যগী মওংদা ইবিরম্মী ; অদুনা মদু মহৈ য়ান্‌খিদে।

২। চরিত্র বর্ণনা ( Characterization ) : চরিত্র-বর্ণনাগী মওং অসি অনিশুব মরু ওইব মরম্ অমনি, মসিগী মথক্তা নাটকীয় বস্তু পুম্নমলিবনি। চরিত্রশিঙ্গী মরম্‌দা সেইন্টবরিনা ( Saintbury না ) হায়, কবিনা পোৎ মরিদা লক্ষ্য থম্‌গদবনি : (ক) অহানবা, মাবাগী বস্তুগী মরম্‌দা য়ারিমথৈ অফব ওইহন্‌গদবনি ; (খ) অনিশুবদা, ঔচিত্য ( propriety = মতিক্ চপ্‌চাবা ) য়াওগদবনি ; (গ) অহুম্‌শুব তন্তাইফদব পোচ্চংনা সত্যগুম্বা উব-পোৎ ( verisimilitude ) অমসুং মরিশুবনা সামঞ্জস্য ( consistency = ফিভম্ চেৎপ মিল )। নাট্য-কলা স্বভাব ওইনা মপান্দা পোৎশক উৎপনি ( objective মি ); অদুনা কলাগী সার্বজনিনতা ( universality ) মাংখৎ কাল্পনিক

( subjective elements ) মরম্‌শিং অদু মুন্না থাথন তৌদুনা য়াও-হল্লোইদবনি। চরিত্রশিংগী হকথেংনব মরিওইমক্ য়াওহন্‌গদবনি অদুগা কবিগী মরগাইগী করিমত্তা থাক্কুনা থন্নোইদবনি। মমাংগী সংস্কৃত নাট্যকারশিংগীমু অভিমত অসিনি। ( সাঃ দঃ ৬ )।

৩। মিল অহুম্ ( Three unities ): নাটক্কী গঠন ( ক্রম্ ) চালাইরিব মতম্, মফম্ অমসুং কার্য্যগী মিল অহুম্‌সি অহান্নদা এরিস্টোটলনা মহাক্কী কাব্য সমালোচনাদা ( Poetics ) দা হোৎদোক্লম্মী অমসুং মতুংদা ফ্রেঞ্চগী থাইদগী থাংব বিদ্বান্না ( classical school না ) লৌথোক্লম্মী। মাদা মরাচেৎনা নিয়মনাইহন্না মথোন্নগী দরকারদি— "থৌমকপ ( stage দা ) নোংমদা মফম্ অমত্তদা থোক্‌প মপুংফাব কার্য্য অমত্ত হৌবদগী লোইবা ফাওবা উৎকদবনি।" আধুনিক উচ্চ-শ্রেণীগী নাট্যকারশিংনসু সমর্থন তৌরব মিল অহুম্‌সিগী ভাব-পান্থ ( Romantic ) লেখকশিংনা মায়োক্নারা আপত্তি তৌরম্মী। মথোন্না মতম্-মফম্‌গী মিলশিং লৌবিরম্‌দে অদুগা কার্য্যগী মিলত মরোইরম্মী। সংস্কৃত নাট্যশাস্ত্রদা মতম্‌গী মিলসি নাটক্কী অঙ্ক অমা ফাওবাত্ত হাপ্লম্মী। অদুবু গ্রীক নাটক্কী মতৌগুম্না নাটক পূম্নমক্কী ওইনা হাপ্লম্‌দে। হিরম্ অসিমক্কদসু য়াম্না মনিংতম্বা উৎলি। থুমিৎ নিজিদগী চহি অমা ফাওবা চপ্থবা ঘটনা যেসা অমা অঙ্ক অমগী মতুংদা উৎলোইদবনি, মদুদি প্রবেশক-তা য়াওহন্‌গদবনি। চহি অমদগী হেন্না শাংথব যেসা প্রাসঙ্গিক অমা চহি অমদগী ৱাৎনা উৎকদব-নি ( সাঃ দঃ ৬ )। বিধিশিংসি অকাওব কবিশিং—ভাস, কালিদাস, ভবভূতি অমসুং অতৈ অতৈনা থুগাইরম্মি।

কার্য্যগী মিল : মমুংচম থোৎথোক্ মচাশিংনা তোখাইহন্দব অমসুং ঈরোইনব প্রাসঙ্গিকশিংনা চয়েৎনদব মথক্তনা মপুংফাব অঙ্ক অমত্ত অমসুং মতোম্‌তগী অর্থ নত্তে কার্য্যগী মিলদি। মিলগী অর্থ মতাং অনিদা চয়েৎনব-য়াম্বি য়ুৎচাদবা নত্তে। মসিগী অর্থদি নিংথিজনা

মথং-মনাও নাইনা তাইশিন্নবা অমসুং মরি শন্নহন্নবী থাক্তা শংস্কৃত নাট্যশাস্ত্রদা, বিষয়বস্তু মখল্ অনি শুই : (১) আধিকারিক (main plot = বস্তু মপুং) অমসুং প্রাসঙ্গিক (subsidiary plots or Episodes)। প্রাসঙ্গিকশিংনা আধিকারিকগী মপুং থাক্তবগীদমক্ চাংনাইনা মথং মথং মতেং পাঙি। (সাঃ দঃ ৬) নাট্যশাস্ত্রদা মিল অসিগী বর্ণনা মথাগী মতৌ অসুম্না তৌই :— যদ্ মমৈ মৈতোন্ অদু অসুম্ অসুম্ মৈতোন্ কাওবা পীক্শিন্নগুম্না নাটকী কার্য্যসু মশাদা মতেং পাংব বস্তুশিংবু খর খর চুপ্ শিন্দুনা তপ্না তপ্না অরোইবতাম্না চথৈ। (সাঃ দঃ ৬)।

৪। ৱারিশাবা (dialogue): — নিপা অমগী চরিত্রগী অয়েক্পা চিত্র, মহাক্কী ভাবাবেগ (passions), উদ্দেশ্য (motive), অনুভূতি (feelings) অমসুং অতৈ অতৈ মনস্তত্ত্বগা মরিলৈনব অউব বিষয়শিং (psychological phenomena) নাটক্তা মুখ্য ওইনা ৱারিশাবনা মপুং ফানা উৎপগী মথক্তা তারিবনি। মহৈ য়াম্নবগীদমক্, নাটক অমদা অকব অমসুং মনঃ চিংশিন্ন (থমোইদা দাগ তাহন্ন-উন্ন) ৱাঙিং য়াও-গদবনি। সংস্কৃত নাট্যকারশিংনা মোৎ পা- অতেন্ন অশিন্ন, সরিচেন্ন, ময়েক্ শেংব অমসুং অশিংব ৱাঙাং ওইগদবনি। অশাংব, কোইথোক্পা ৱারেম্ অমদি পত্তয়াম্নব ওইরোইদবনি। (সাঃ দঃ ৬)

(ছ) ফিদম্কম্ সংস্কৃত নাটক্কী বৈশিষ্ট্য :

মেজর ড্রামা মখল্ তবাগী মনুংদা নাটকনা প্রকৃতি (main type) নিঃ— খুদম্— ভাসগী প্রতিমা। নাটকী মুল্ পোচ্চং অহুম্নি—(১) বস্তু, (২) নেতৃ (Hero), অমসুং (৩) রস (poetic sentiment)।

১। বস্তু (plot): রামায়ণ, মহাভারত অমসুং পুরাণশিংব খ্যাতবৃত্ত (খ্যাইনা খংনব), থাজনরব গ্রন্থশিং লৌবা অমদি সংস্কৃত নাটক্কী প্লোটকী য়ুম্ফম্ ওইগদবনি ; মসিগী নাট্যশাস্ত্রদা বস্তু দম্লৈনে।

বস্তুগী মরম্দা তোঙান্-তোঙাম্ মগুং অহুম্গী মরম্দা অহাবদা খন্নগদবনি, মসুমি—(১) অর্থপ্রকৃতি ( Characteristic elements of the plot ), (২) অবস্থা ( stages of development ) অমসুং সন্ধি ( Junctures ), বস্তু চাউরাক্না অনি থোক্ই :— (১) আধিকারিক ( Principal, or main plot ) অমসুং (২) প্রাসঙ্গিক (subsidiary or accessory ) । নাটকী অরোইব ফলগী মপু, মুখ্য চরিত্র অমদি চরিত্রশিংগী ( নায়ক-নায়িকাগী ) মরম্দা ইববু আধিকারিক কৌই। অদুগী প্রাসঙ্গিক-না মুখ্য বস্তু অদুগী মপুং ফাননবগীদমক্ মতেং পাংব, নায়ক-নায়িকা নত্তব গৌণ পাত্রগী মরম্দা ইবনি। মসিসু অমুক্ মখল অনি শুই—পতাকা ( Banner Episode ) অমসুং প্রকরী ( Episodial incident )। অহান্নগীসিনা বস্তু অদুগী উন্নতি অদু, করিগুম্বদা ইরোইননা চথহন্ন অদুগা করিগুম্বদা অহেন্ন মুঙাইবা পোক্হন্নবগী অথিংবা ওইব অশাংব ইপিসোডনি (করিগুম্বদা লোইবা ফাওব শাংথব)। মমৈগীসিনা মতম্ অমসুং মরাক্-ময়ুং অকরব খর গৌণ ওইব ইপিসোড নি। পতাকা অমসুং প্রকরীগী নেতৃশিংবু উপনায়ক কৌনৈ। মখোয়দি স্বাধীন ফল ফংদে।

(ক) অর্থপ্রকৃতি :—মখোয়সি নত্তনা বস্তু উন্নতি ওইনবগী অতৈ মরম্ অহুম্ লৈরি ; মহুদি,-(১) বীজ ( seed or germ ), (২) বিন্দু ( drop ), কার্য্য ( অরোইব থবক্ )। অহুম্ অসিগা পতাকা অমসুং প্রকরীগা মঙা অসি প্রয়োজন সিদ্ধিগী ( অনৌংব ফল ফংনবগী ) মরম্ অর্থপ্রকৃতিগী পোচ্চং মপুংনি। অবস্থা অদুগী খজিক্কং উৎপনা অহুম্ পাক্তোরক্তুনা অরোইব ফলগী মরম্ ওইরকপ অদুবু বীজ কৌই। মরি লৈনদ্রব থকনা বস্তুদা অকায়বা পীবদু তাইশিন্হন্নদুবু বিন্দু কৌই। মহুগী অরোইব সম্বাধান ( solution ) অমদি অরোইব অঙ্ক ( ফল ) অদুবু কার্য্য কৌই। মসুঙ্গী সাধারণ নিয়মা য়াম্না থাঙ্গৎশংনা কার্য্যগী থাক্ মঙাগা খত্রাংনদব বস্তুগী কারণ মঙা লৈ। অহাযনা বীজ (germ),

মসিদগী কার্য্য পোক্‌ই—। অনিশুবনা ৈলেভং হোংবগা লোয়ননা বিন্দুনি, মসিদি ঈশিংদা থাওগুম্না শন্দোক্‌ই; নাটক-কী লথীচ্ছ অমুৎ পল্মহন্ অমুক চথহন্ ভোই। অতে কারণ অহম্ অদুদি পতাকা, প্রকরী অমসুং অরোইব কার্য্যনি।

বস্তুগী পুথোরক্‌কম্ মতুং ইম্না শ্রেণী-অহম্ থোক্না থায়: মদি (১) ইতিহাস নত্রগা পরম্পরাদগী নত্রগা (২) কাল্পনিক ( fictitious ), নত্রগা (৩) মাম্নব হায়বদি থরনা ইতিহাসদগী অমুগা থরনা কবিগী কল্পনানা শেম্বা।

(খ) অবস্থা:—"রূপক মথল্ পুম্বগী মমুংদা থাইদগী মপুংফাব নাটক্কা মহৌশা ওইনা মপুং কারবৃপ কার্য্যদা মপুং কারকগী অবস্থা মঙা মাওরি; আরম্ভ ( beginning ) গুম্বা কবিগুব থব কংনবগী ইচ্ছা লৈগদবনি।" অহাব অবস্থা অসিবু মথক্তা হায়বিবগুম্বা বীজনা কোংদোক্লে। ইচ্ছা অদুনা "ইচ্ছাগী বিষয় কংনবগী প্রযত্ন (determined effort ) ভৌনা লম্‌জিঙি।" অনিশুব অবস্থা অকাবব সিমেন্ট ভৌশিব বিন্দুনা কোংদোক্লে অমসুং প্রযত্ন অবস্থাদু সিমেন্ট ভৌশিব অসিদগীনি। মসিনা মহৈ-মাম্বা শোয়দবা ( প্রাপ্ত্যাশা—প্রাপ্তিসম্ভব )—অকংব মহাক অমসুং মহৈ মাম্নবদা অপথশিঙ্গা মরিলৈনব অবস্থা ভান্না পুক্সি।" অহম্‌শুব অবস্থাদা অরোইব মহৈ কংনবগী আশা অদু থুনোং চাব-চাদবগী মতুং ইম্না অরেপ্প নাইদব মওংদা লৈ। অদুদগী "অকরব বিপদ অমা হেক্ লাম্মোক্‌পদা মহৈয়াবগী অরেপ্পা ( নিয়তাপ্তি ) ওই।" মরিগুব অবস্থাদা অরোইব মহৈ কংনবগী অপথশিং মমেং ভাথরক্‌পগী মমুংদা শোয়দনা কংবগী আশা থোরক্‌ই। অদুগা "মবৈদা উদ্দেশ্য অদু কংলৈ ( ফলাগম ওই )।" মঙাগুব অবস্থাদা মথক্তা হায়খিব অবস্থা মথং মথংদা বস্তুদু থর থর মপুং কারবৃপগী মমুংদা অরেৎপ মরম্‌শিং পুক্লৈ লৈয়ক্তব মতম্‌দা অরোইব ফল অদু কংলৈ।

(গ) সন্ধি ঃ অবস্থা মঙা অাস চথরিবৈদা, আধিকারিকগা মথাপোম্ব গৌণ প্রাসঙ্গিকশিঙ্গা ( Episode and incidents ) তাই-নবম্ব খুদোপ্ ( link ) খরদি লৈগদবনি। খুদোপ্‌শিং অসিবু সন্ধি কৌনৈ। "মপুং ফানবগী চাংনাইব অবস্থা মঙাগা মপা-চাননা সন্ধি মঙানা নাটকী আধিকারিকগা তোঙান্ তোঙাম্ব ঘটনাশিঙ্গা তাইশিন্ন-হল্লি।" সন্ধি মঙাদু অসিনি : মুখ ( The opening—Protasis ), প্রতিমুখ ( Progression—Epitasis ), গর্ভ development—Catastasis ), বিমর্শ অমদি অবমর্শ ( pause—peripesia ) অমসুং নির্বহণ ( Conclusion—Catastrophe )। মখোয় অসি মথক্তা হায়খিব অবস্থাশিঙ্গা শেংনা অমসুং নক্লনা মপা চপ চানা খব্রাংননা চৈথে। মুখসন্ধি বীজগা আরম্ভগা তিন্নবনি মসিদা বীজ অদু রসপুম্বগা লোম্বননা অহাম্বদা থাই। প্রতিমুখদা প্রযত্ন হায়বদি মহৈ ফংনবগী সহায়নি অমসুং মুখগী বীজদু মসিদা ময়োন্ চোর্ঙি। মরক্ মরক্তা অকায়বা লৈরকপদু বিন্দুনা থোং ওইদুনা তাইশিল্লি গর্ভদা বীজ অদু মঙ্গরী খর হেম্না মকা ফম্ননবাদমক্ অনৌংব পোলোই ফংব-ফংদবগী মরক্তা থেঙ্গাইনবা clash অমা লৈ। প্রাপ্ত্যাশানা মসিগী সঙ্গী ওই। মতৌ অসুম্না আধিকারিক অদু অপম্বা লৈন-লৈনমক্ ফিভম্ তাই। অবমর্শদা অরোইব ফল অদু অনৌব বাধানা য়ৈথরবস্থ মঙ্গরী অদু খরহেম্না লেক্লেক্ লাউনা চাউখৎলকই। পোলোই ফাওবা মসিনা নিয়তাপ্তিগা তিন্নৈ। নির্বহণদি অরোই ফল য়োনা লমজিংব, বস্তুগী তোঙান্ তোঙাম্ব মচেৎশিঙ্গী পুল্লপ পুক্লিম্ব, মপুম্নি। মতাং অসিদা ফলাগমগী ( অনৌংব ফলগী ) অরোইব প্রাপ্তিনি। অদুবু সন্ধি মঙাসি অমুক্ মথল্ ৬৪ থোক্না চয়েৎচনৈননা খায়দোক্ই :- মথংশিংনা ১২, ১৩, ১২, ১৩ অমসুং ১৪। য়েপ্পোক্লিবসিগী অচুম্ব মমন্ লৈতে—মখোয়দি মচেৎশিংনা পু থাক্লিংলিব রস অদুগী মরু ওইনা মখা পোল্লি, মখোয়না অথম্ব বিষয়দু শিক্তাম্ননি, বস্তু শন্দোকনি, অপাম্বা হেল্‌হন্নি, অঙকপা।

পোক্‌হন্নি, কার্য্যদা য়াওরিব পাত্রশিঙ্গী মঁহুৎশিন্‌গনি নত্রগা লোৎকন্‌ খোক্‌পা লোৎশিন্নি ··· ··· খর যেসা ড্রামাদা হাপ্‌চিন্নৈ, করিনা, করিন্নু য়াওদব অদুদি য়াম্না হৈশিংনা শিঙ্গীন্নব মখুৎ-মশা য়াওদব মী ওইগনি, মখোয় অদুনা অচম্ব বিষয় বস্তুদা গুণ হাপ্না তানি ষড়যন্ত্রগী গতিদা (movement of the intrigue) সহায় তৌনবা অতৈ মন্নাম্ লৈরি; মডাদি আন্তর-সন্ধি ( internal Juncture ) কৌনৈ। নাট্যশাস্ত্রনা আন্তর-সন্ধি হায়দনা সন্ধ্যন্তর ( special Juncture ) হায়নৈ। মসিদা মন্নম্ অতৈশিঙ্গী মরক্তা স্বপ্ন ( dream ), পত্র অমসুং সংবাদ – অহুমসি শীংথানৈ। উপায়শিঙ্গ খ্বাইদগী অফব অমসুং মৌলিক্তি ( original দি ) 'প্রতিমা-গৃহ' নি। মসিদগী ভরতনা মপাবুঙ্গী মৃত্যু অমসুং মন্নাম্বুঙ্গী বনবাস খংলক্‌ই। অতৈ অতৈ উপায়শিঙ্গী মরক্তা দুর্ঘটনাগী ন্নারি ( দশরথনা অন্ধমুনিগী মচাদা থোক্‌হল্‌খিব ) সুমন্ত্রগী মচিন্দগী থোরক্‌হন্না—মসি কৈকেয়ীগী হায়জিন্ন শাথিব কল্লক্‌পদগী মমৈদা দোষ কোক্‌হন্ন উপায় অমনি।

২। নেতৃ ( Hero ):—থোথোক্‌শিংদুবু সমাপ্তি য়োনা 'নী'—পুদুনা চৎলি হায়দুনা 'নেতৃ' বু নী+অক=নায়ক কৌনৈ। নায়ক্তি নোল্লক্‌পা, স্বভাব-ফজব, পুক্‌চেন্ চাউব, থৌখংব, ন্নাঙাং মুংশিব, মীনা চাম্ব, লম্‌চৎ শেংব, ন্নাঙাং হৈব, জাৎফব, শাজৎলেঙ্‌দব, যুবা ( পাখং ), বুদ্ধিলৈব, থৌনাফব, স্মৃতিথৌব, অভিজ্ঞ ( experienced ), ললিত কলা খংব, মর্য্যাদা জ্ঞানলৈব, বীর, ফিভম্‌চেৎপ, মন্নিলৈব, শাস্ত্র-উব অমসুং ধর্ম-লৈব ওইগদবনি। নাট্যশাস্ত্রদা সাধারণ ওইনা নায়ক মখল মন্নি থেংনৈ। মদুদি:—(১) ধীরোদাত্ত (patient & magnenimus) (২) ধীর ললিত ( patient & gay ), (৩) ধীর-শান্ত ( patient & calm ) অমসুং ধীরোদ্ধত ( patient & haughty )। নাটক অমগী নায়ক্তি ধীরোদাত্ত ওইগদবনি। মহাক তেজলৈব, য়াম্না গম্ভীর লৈব, ক্ষমাহৈব, চাউথোক্তব, খাংহন্নব, অহংকাদব অমসুং-ব্রতচেৎপ মী

ওইগদবনি। নায়িকাসু নায়কীগুম্না শুণ-পূম্বমা লৈতেংবী ওইগদবনি। চাউরাক্না মখল্ অহুম্ শুই ;—(১) স্বীয়া (নায়কী স্ত্রী) (২) অন্যা (অতৈগী নূপী—লুহোংবী - হোংদবী ), (৩) সাধারণ ( a common w man )। প্রতিমাগী নায়ক রামনি ; মহাক্কি যুগ অমসুং দেশ পুম্নমক্কী আদর্শনি অমসুং ধীরোদাত্ত স্বভাব চেন্ননি। মহাক্কী-নায়িকা সীতাসু স্বীয়ানি অমসুং যুগ পুম্নগী আদর্শ-নায়িকানি। উপ-নায়কশিং:—ভরত পতা-কানায়ক অদুগা লক্ষ্মণ প্রকরী নায়ক। অতৈ গৌণ চরিত্রশিং—সহায়ক, কঞ্চুকী, প্রতিহারী ভট নচিংব। প্রতিনায়ক- ধীরোদ্ধত, পাপী, বিপদ-থোক্হন্ন—রাবণ।

৩। রস ( Sent me t : বিভাব ( Excitants ), অনুভাব ( Ensuants ) অমসুং ব্যভিচারী অমদি সঞ্চারী Accessorie ) শিঙ্গা তিন্নবদগী স্থায়ীভাবনা (Permanent mood না) সহৃদয় অমদি সমবাদী দর্শকশিঙ্গী হৃদয়দগী থোরক্হন্ন অনুভূতিগী হায়ব-থোক্তব, অঙকপ-মুঙাইবগী কুইনা মখি তাবা ( lasting impressi n ) অদুবু কাব্য-রস কৌই। বিভাব অনি শুই : (১ আলম্বন ( The supp rt ) —নায়ক অমদি নাযিকা, ২) উদ্দীপন ( that which excites ) —ঙ, বসন্ত-নচিংব। অনুভাব মসুঙ্গী অনুভূতিগী মপান্দা প্রকাশ তৌবা —মিচ্চিনা যেংবা, কপ্লিংবদা পেরকপা নচিংবা। সাত্ত্বিক ভাবশিং ( Emo ional moods ) অনুভাবগী মখল্নি। মখোয় নিপান্ শুই .... ....। স্থায়ীভাব নিপান্নি : রতি ( tenderness ), হাস ( laughter ), শোক ( sorrow ), ক্রোধ ( anger , উৎসাহ ( enthusiasm ), ভয় (fear), জুগুপ্সা (avers on) অমসুং বিস্ময় (wonder) —মখোয়দগী মথংশিংনা রস নিপান্ থোরকই : শৃঙ্গার (Erotic), হাস্য ( Comic ), করুণ (Pathetic), রৌদ্র (Furious), বীর (Heroic), ভয়ানক (Terrible) বিভৎস ( Disgustful ) অমসুং অদ্ভুত ( Marvellous )—স্থায়ীভাব শম অমদি নির্বেদগী ( Tranquillity )

থোরক্প শান্তরস ( Quietistic ) য়াওনা কাব্যরস মাপল্নি। নাটকী মুখ্যরসদি বীর নত্রগা শৃঙ্গার নত্রগা শান্ত ওইগদবনি। অতৈ অতৈনা মতেং পাঙ্গদবনি। অদুবু পোলোইদদি অদ্ভুত রস ওইগদবনি। অদ্ভুত অসিদি বিশেষ অদ্ভুত রস নত্তে, অদুমদি ওইরগা ড্রামাগী অরোইবদা দর্শকশিং কনাগুম্বগী থমোইদা মমি তাহন্ন সৌন্দর্য্য-জ্ঞানগী অরংব চমৎ কার অদুনি। মহানন্দ অদু হক্থেংনবদা স্থায়ীভাবশিংগী তোঙান্-তোঙান্ তাবদু মাংখিদুনা পুন্নমন্না অমত্ত ওইদুনা চমৎকার ওইরক্প অদ্ভুত অদুনি। বিশেষ মন্তব্য ঃ—ধ্বনি-রস—মচিংব কাব্যগী শব্দোক্প ব্যাখ্যা ঐগী 'কাব্যতত্ত্ব পরিচয় দা য়েংবিয়ু। শব্দোরুবা মফম্ লৈতরে।

৪। নাটকী বৃত্তি ( Style —বস্তু, নেতৃ অমসুং রস অহুম্ অসিতনা নাটকী মচাক্ নত্তে; কাবিনা বৃত্তিগী চপ চপ্চাব-চূশিন্নব কায়দা শিজিন্নবদা হৈশিঙ্গদব.ন ; মরম্দি কার্য্য খুদিংদা বৃত্তিনা feature অমদি dress গী থ্বাইদগী ফজবদা য়াওব মপুংফাবগী হায়ব-থোক্তব মরম্ ( elements নাটক্কা হাপ্চিল্লি বৃত্তি মথল্ মরিনি—কৈশিকী (the graceful), সাত্ত্বতী (the grand), আরভতী ( the violent ) অমসুং ভারতী ( the verbal )। ( 'কাব্যতত্ত্ব পরিচয়' য়েংবিয়ু ) প্রতিমাদা মপুং ওইনা ভারতী অমসুং সাত্ত্বতী বৃত্তি উৎলি মুলদা; আরভতী খরসু য়াওই—রাবণ জটায়ু যুদ্ধ।

মিংকৌ ( mode of address ) ঃ—রাজসভাগী সদস্যশিংনা রাজাবু 'দেব' নত্রগা 'স্বামিন্' মখাপোম্বশিংনা 'ভট্ট', 'প্রভু' কৌই; ব্রাহ্মণ, মন্ত্রীশিংদা আর্য্য' অদুগ নৃপীনা মপুরোইববু 'আর্য্যপুত্র' কৌই। ঋষিবু 'সাধু' নত্রগা 'ভগবান্' কৌই। মন্ত্রীবু 'অমাত্য' নত্রগা 'সচীব' কৌনৈ। রাণীবু ভট্টিনী নত্রগা স্বামিনী, মতুবু 'আর্য্যা' কৌনৈ। নৃপী মমান্নবদা 'হলা' দাসীদা 'হঞ্জা' কৌনৈ।

## প্রতিমাদা জাদু ( magic )—

প্রতিমাদা জাদু শিজীন্নবগী উদাহরণ খর য়াওরি – (১) জাদু-বিদ্যাহৈব মী অমগী মশক্ ভাক্পা (২) মায়া উৎপা। (১) রাবণ-না মহাক্কী মায়ানা ব্রাহ্মণ-শাদুনা রাম অমসুং সীতাগী মমাংদা লাক্ই। রাজকুমার অমসুং রাজকন্যাগা মহাক্না য়া ডাংনরিঙৈদা নোংথাং অমা কূপ্ই। মসি রাবণগী মায়াননি। (২) অনিশুবগী খুদম্ অঙ মরিদা অনিরক্ থোক্ই—মশক্ মান্নমন্নদগী লক্ষ্মণনা অমসুং সীতানা ভরতপু রাম ওইরমাল্লে খল্লি। জাদু-বিদ্যা অমসুং অসিগুম্ব অতৈ বিষয়দা মতম্ অদুরাইদা ভারতকী মীগী বিশ্বাস লৈরম্বগী সাক্ষ্যনি খুদম্শিং অসি।

## (জ) প্রধান চরিত্রশিং

রাম : কালেনা অভিমত পী – "নাটক্কী নায়ক রামগী চরিত্র অসি নিংথিজনা প্রকাশ তৌদ্রে।" পুষল্কারনা, অমরোম্দা হায়রি—"রাম্না মপাবুংদা অনাব রাহৈ অমত্তা হায়রম্দনা বনযাত্রা হেক্ তৌবা অমসুং মহাক্কী প্রিয়াগী আশা থুংনবগী নত্তনা শ্রাদ্ধগীদমক্ সনাশঙী ভাগ্নবনা রামগী চরিত্র খর হেন্না পুক্চেন্ চাউহন্না, মর্য্যাদা হেন্না অমসুং মপাবুংদা ভক্তি লৈহন্না য়েক্লে।" অদুবু ঐখোয়না খল্লি মখোয় অনিনা রামগীদা নিংথিনা ন্যায় বিচার তৌবিদ্রে। ঐখোয়গী কবিনা য়েক্পিরিবগুম্না। মতাচানব পরিবেশদা ( environment দা ) থোৎনা মখোইকাবদা থাঙ্গৈশেংনা পুক্চেন্ চাউব অমসুং মর্য্যাদা লৈব চরিত্র দি লৈদগী হেন্না থোৎলি, অদুবু থোথোক্কী ভাঙ্গা মতুংইন্না মতম্ চপ্চানা অশেংব শক্তি করম্না ডাকদগে খঙি অদুগা শিখাংনবদগী হেন্না কল্লকই। অদুনা উকু-ফি-থোথোকী মরিদা ভাসগী রাম্না ধীর-ললিত নায়ক-মতৌগুম্না মশামকপু উৎলি। মসিনা থাঙ্গৈশেংনা মহাক্কী মান মর্য্যাদা হন্থহন্দে, কালেনা খন্নগুম্না, থোইনদুন্ন খর থোৎপ পরিবেশগা মপুংকানা চপ্চানৈ। অদুগা অতৈ অংশদা মহাক্না নাটক্কী অশেংব ধীরোদাত্ত

নায়ক অমগীগুম্না মহাক্কী মর্য্যাদা মপুং ফানা গুংকই। মহাক্ ধীর-উদ্ধত ওইরক্কে, অদুগা সনাশঙ্গী তান্নবা মতম্ ফাওবদস্থু মহাক্না মহাক্কী শান্ত স্বভাব লেঙহন্দে অমস্নুং মহাক্কী বৈশিষ্ট্য অসি হৈশিংনা শন্না বর্ণনা তৌরে মহাক্কী বৈরী রাবণনা ( অঙ্ক ৫, শ্লোক ১৪ )। মহাক্তি কৈকেয়ীগী বিরুদ্ধদাস্থু কত্তব-রাখল থম্বিদে। অদুগা মহাক্না মহাক্কী স্বভাব চাননা কঞ্চুকী অমস্নুং লক্ষ্মণগী দোষ তৌবগী বিরুদ্ধদা মহাক্পু ( কৈকেয়ীবু ) কল্লি। করিমত্তা মুরুম্ মুরুম্ শোন্দনা রাজ্য থাদোক্পদা রামগী অরাংব-পুক্চেন্ অমস্নুং স্বার্থত্যাগ—প্রেতশিংনা পাম্ব, থ্বাইদগী অফব অমস্নুং অভাংব পোচৈচেনা বৎসরগী শ্রাদ্ধ তৌনবগী চপ্ য়ুংব অকাঙ্ক্ষা তৌদুনা মহাক্কী মপা-মমাদা শ্রদ্ধা উৎপা অমস্নুং মহাক্কী অভিষেক্কী মতুংদা হনুব রাজাগী আত্মানা পেম্বিনবগী মহাক্কী মর্মশোক্পা উক্তি—মহাক্কী মচিন্নাও-শিংবু সুংশিবা, মখোয়গী সাধুতাদা ( honesty দা ) মহাক্কী বিশ্বাস অমস্নুং মখোয়দা অসাধারণ গুণ উবদা মহাক্কী মুঙাইবা,—অদুগা অরোই-বদা খজিক্ত ওইরবস্থু, প্রতিজ্ঞা রক্ষাতৌবদা মহাক্কী অচেৎপ পুক্চেন্—পুন্নমক্সি য়াম্না নিংথিজনা য়েক্পিরে রাবণগী রাহৈশিং ( সনা-শঙ্গী অদুদি হিমালয়দা লৈ ) লৌশিম্বদা রামগী হেক্ত-থাজগম্বা অসি নোক্নকম্ ওইদে, কালেনা খম্বগুম্না। রাম্না শাস্ত্রখংব সাধু অমবু মান-মর্য্যাদা কয়ামুক্ তৌবগে হায়বদুগী মসিনা ঐখোয়দা অশেংব ভাব অমা পী হায়বসি ঐখোয়না খল্লক্পা মতম্দা মসি মপুংফানা চুম্নকই। সংসারগী সাধারণ জাম্না থেংনবদগী জগৎ অসিমক্তদাস্থু বিষয় অতৈ কয়াস্থু লেপ্নমক্ লৈরি হায়বসি রাম্না খংলম্মী হায়বসি মসিনা উংলি। সনা-শঙ্গী তান্নবগী বিষয়দা ( সীতা পেন্নবগী নত্তনা শ্রাদ্ধগীদমক্ ) রামায়ণদা রাওরিব মূল চরিত্রদগী ভাসগী রাম্না কেন্না কবগী মরম্দা, মসিত থিন্দুনা তাক্কদবা মঙাইরে—সংস্কৃত নাট্য শাস্ত্রগী নিয়মশিংনা, বস্তু, চরিত্র অমদি রসশিঙ্গী, নাট্যকারগী অভিমত মতুং ইম্না হৌনদবা ওইরবস্থু হোংদোক্ হোংজিন্ তৌনবগী সুবিধা য়াম্না পী। লাইবক্থীবনা, অদুমক্পু,

বনযাত্রা তৌরম্‌দাইদা রাম্না হনুব মপাবুঙ্গা উনবা য়াদবা অমসুং মহাক্কী য়াম্না শম্ব য়াহৈ (ঐখোয়না চৎপ্রগা নিংথৌ য়েংবিহৌ ঐখোয়গী লৈকম্‌সি—অহাম্ব অঙ্ক, ৩১) অদুগা সুমন্ত্রনা তম্মবা মহাক্কী য়াঙাংদব পাউ' ("চৎপ্রে বন্দা অদুম্ হায়রম্‌দনা"-অঙ্ক ২, ১৭),— মসিনা মহাক্কী মপাদা লৈবব ভক্তিদু খর হন্থহল্লি। মতাং খরসিদা ভাসনা হায়রিবা রসসি রামায়ণদা বর্ণন তৌরিবদুদগী খর য়াম্না হেন্না নোক্ল-নিঙাই ওই। অদুনা অচুম্বদি অসিনি ভাসগী রাম মূলগা খ্বাইদগী নকুব অমসুং চংশিন অমা ওইরবসু রামায়ণগী চরিত্র বর্ণনা অদু থোইদোক্ হেন্দোক্কে।

সীতা ঃ সীতাগী মবুক্‌তিংবা, থমোই-থোৎপা অদুগা অথুম্ব-স্বভাব, অনিশুদব স্বামী ভক্তি, গুরুজনশিংদা অচেৎপ শ্রদ্ধা, লাইবক্ থীবদা হরাওনা য়াবা অমসুং অচেৎপ চরিত্র—য়েক্‌পিরে কবিনা শম্না অদুগা হৈ-শিংব তুরিনা। অবদাতিকানা তৌশিন্নবা উকু ফিদু লৌবা মতম্‌দা, মহাক্না মাবু অসুক্ খোৎনা চৈ-থাঙি মদুদা দাসী অদুনা করিসু শাউদে। অদুগা অমুক্ উকুফিদু, শেৎপদা, মহাক্না অঙাংদোনা অপাম্বা অমসুং মবুক তিংবা উৎলি। রাম্না অভিষেক খাংতপ্না লেপ্‌খরে হায়না মঙোন্দা হায়বা মতম্‌দা মহাক্না হনুব মকুবোক্ বন্দা চৎলরোই খন্দুনা অরাবা কোক্‌পগী স্বর হোন্দোক্‌ই। লক্ষ্মণ-না লুতোন্ য়ৌনা শাউদুনা অকব-শাজৎকী সীমা লাম্বোক্‌পা মতম্‌দা মহাক্না মহাক্‌পু খোগাক্-নাইদবগী চৈদে, অদুবু চুম্না মঙোন্দা হৌনদব শাজৎনি হায়না অসিগুম্ব মওংদ উৎলি মদুনা লক্ষ্মণবু ইকাইহল্লি (কপ্ন-লাউনরিঙৈসিদা ..... উজথিদ্রিনা মহাক্কী উৎসাহ 'সিদি (অঙ্ক ১গী শ্লোক ১৮ গী মথা) রাম্না বন্দা মহাক্কী মতুং ইন্দনবগী মহাক্‌পু খাম্বা মতম্‌দা, সীতানা আদর্শ ওইবী সতী সাধ্বীগী যোগ্যচাব মসুংকম্না উৎলি। মহাক্না ভরতপু অস্তর য়ৌনা সুংশি হায়বসি মহাক্না ভরতকীদমক্ বাহৈ খরদং হায়বদুনা মপুংফানা ফোংদোক্‌ই (অঙ্ক ৪, শ্লোক ১৮ গী মথাদগী লোইবা-ফাওবা)। মহাক্কী অবস্থা মথন্মখাদা মশামক্‌পু চানহন্নবগী যোগ্যতা অমসুং মরায়বক্

থীব পরিবেশগী মরক্তা নীংব-কায়ব মতৌদা রামুস্থ হরাওবমবগী মহাক্কী মিস্থংশি-হৈব মহোৎনা অনিশুমবনি। অদুগা অয়োইবদা মিহৌহম্বা মথৈগা লোয়ননা মঙোন্দা থেম্বদা রাবণবু ইস্থোক্পদা মহাক্কী অচেৎপ চরিত্রনা য়েৎনিঙাই লৈতনা মহাক্পু ভারতকী স্ত্রীবগী আদর্শ অমা ওইহল্লে অমস্থং ভাসনা কক্তব অমস্থং মর্য্যাদালৈব আদর্শ অসিবু য়েক্পদা অথোৎপ নিপুণতা ( expertness ) অমা উথোক্পিরে।

লক্ষ্মণ : লক্ষমণগী চরিত্র য়াম্না পাঙ্গন্ থোক্না কৰিনা য়েকপিরবনি। মহাক্কী ময়াম্বুং রামদা অন্ধ-ভক্তি লৈবগী বিশেষ ওইনা মহাক্কী বর্ণনা তৌনৈ; অমস্থং মহাক্কী পূজাগী বস্তু অসিবু য়েংথিব যেসা মী অদুনা মহাক্কী তুকচব অমস্থং অশাওব পোক্থাইবগী অকম্ব শাফুদগী নাম্থোক্পা ঙম্দে। মরি অসিদা, মহাক্না মপা হকুব নিংথৌ নত্রগা পোক্তবী মমা রাণী কৈকেয়ী ফাওবস্থ থাদোক্লে। অদুগা মহাক্কী অশোম্ব রাথন্দা লূপ্নগীদমক্ রাম ফাওববু খবরদারী তৌবদা চিংনদে অমস্থং রাজাগী অন্যায় আদেশগী বিরুদ্ধদা বিদ্রোহ তৌনবা মঙোন্দা ইহ্লিন্নি। অদুবু মহাক্না ভরত নির্দোষীনি থাজৈ অমস্থং ভরতপু খজিকস্থ মুঙাইতবা তৌদে। রাম্না বন্দা চৎপগী অচেৎপা য়ারেপ্ তাবা মতম্দা মহাক্না বিদ্রোহগী ব্যবহার কায়ব সাজৎ অদু থাদোক্ই অমস্থং মতুং ইন্দুনা রামগী সেবা তৌনবগী মপুক্লিং চপ্ লেপ্লি অদুগা ময়াম্বুক্নীদমক্ মশামকী মুঙাইবপুম্ব করিস্থ চিংনদনা ত্যাগ তৌই। মহাক্কী সীতাদা লৈব শ্রদ্ধা-মর্য্যাদা মপান্ নাইদে অমস্থং মপুয়োইবগী মতুং ইম্নবগী থাগৎকম্ থোক্প চেষ্টাদা মহাক্না মরাচেৎনা সমর্থন তৌই। অদুমক্পু মহাক্না রামগী সেবা তৌবগী মরিদা, মহাক্না সীতাগী মথস্তগী ( monopoly গী) বিরুদ্ধদা ব্যবহার কায়দনা প্রতিবাদ তৌই অমস্থং নোল্লক্না শরুক্ অমা য়ানবগী দাবি তৌই মসি হায়দুনা—সীতা মতোম্তনা রাম্বু সেবা তৌরোই—মহাক্কী লেপ্নমক্ য়েথংব চরণ ওইগনি অদুগা ওইথংবহ য়াম্না

চাম্বিনা মঙোন্দা পীবিবা য়াইনা ( অঙ্ক ১, শ্লোক ২৭ )। লক্ষ্মণ প্রকরী-নায়ক মখলগী উপনায়ক অমনি।

ভরত :—নাট্য কলাগী মতুংইন্না পতাকা-নায়ক অমা ওইরবসু, ভরতকী চরিত্রসি অম্বুক্ থোনা ফনা য়েক্পিরে কবি অসিনা মহাক্পু ধীর-উদ্ধত মখলগী অশেংব নায়ক অমগী ফিভম্ ওইনা। অনিশুদবনি মহাক্কী রামগী মফম্দা ভক্তি অমসুং প্রেম লৈবা ; অদুবু অদুমক্তদা হায়বা য়ায় মহাক্কী রামদা লৈব রাজভক্তি লক্ষ্মণগী অন্ধ-ভক্তিদগী নিংথিজনা খেন্নৈ। মরম্দি, মহাক্তি মবম্-চাব যুক্তিনা হায়ন-তানব য়ায়, অদুগা লক্ষ্মণদি যেসা যুক্তিনা লম্জিংবা শুব্ৰা য়াদে। আর্য্য-সংস্কৃতিগী অশেংব রাজকুমারগুম্না, মহাক্কী চক্রান্ত তৌবী মমানা হন্দুব রাজাগী মৃত্যু অমসুং ময়াম্বুঙ্গী বনবাস ওইহনবগী খুংলাই ওইনা শিজীন্ন-বসি খংলক্পা মতম্দা মহাক্পু অশাওবা অমসুং ইকাইবনা তুহংলি। অশাওবগী তাঞ্জা অসিদা, মহাক্না করেন্নন। মহাক্কী মমাবু অনৈব ঈচেন্বী তুরেন্গুম্না বর্ণনা তৌই ( অঙ্ক, ৩ শ্লোক ১৬,১৭ ) অদুগা মহাক্পুসু য়াবিদে ( অঙ্ক, ৩, শ্লোক, ১৮ )। মমাগী পাপুগী মশামক্পু প্রায়শ্চিত্ত তৌনবগী ( পোক্পদগী মরি লৈনবনা মহাক্কী মমাদগী মঙোন্দা চংলক্পা য়াব দোষ ) মহাক্না অভিষেক্কী প্রজাশিংনা হায়জবদু য়াদে অমসুং খুদক্তা রাম থিরুনবগী যাত্রা তৌই। মহাক্না রাজধানী ফাওবসু চংদে : মরম্দি সিংহাসনগী চপ্চাব উত্তরাধিকারী অমসুং গুণচেন্ব দাবিদার অদু লৈতব রাজধানী অদুদি মমিং অদু কৌবা মাতক্ চাদবানি ( অঙ্ক ৩, শ্লোক ২৪ )। অহাম্বদা মহাক্না শিখাংননা রামগী মতুংইন্নবা তক্শিল্লি, অদুবু রাজকর্মবু থোশাদবা তৌরোইদবনি হায়না মহাক্না খল্লক্পা মতম্দা, মহাক্না মমৈদদি রাজধানীদা হল্লগা রামগী প্রতিনিধিত ওইনা রাজকার্য্য চা লাইরুনবা য়ায়। দৃশ্য অসিদি মুল রামায়ণগী বর্ণনাগা চপ্চানা.... উৎলি। ভরতকী মপা মমাগী মফম্দা লৈব শ্রদ্ধা তুলনা লৈতবনি।

বৃন্দরাজাগী স্বাস্থ্যগী মরমদা মহাক্না য়াম্না খোয়রাংনা তত্ত্ব থিজিন্বনা মসিগী সাক্ষীনি। মপান্মুঙ্গী ফরিগুম্ব দুর্ঘটনা অমা থাঙ্গৈশেংনা থোক্লে হায়বসি মহাক্ অহান্বদা বিশ্বাস তৌনিংদে। দশরথগী মৃত্যুগী খংহৌদব অমসুং ইখন্ খল্লুদব সংবাদ হেক্ ফংবদগী থেংনব মহাক্কী শাথিব খংৈন্নবা মহাক্পু মপুং ফানা থক্-খা ওল্হল্লি। মহাক্না মপাবু দোষ থক্ ত্তৌদে, অদুবু মমাগী মথক্তদা দোষপুম্ব পৈ। (অঙ্ক ৩, শ্লোক ১১) সীতা নম্দুনা চুখিবগী সংবাদনা মহাক্পু লুত্তোন্ য়োনা শাউহল্লি অমসুং মহাক্না মমামক্কী মথক্তা হৈথব শাস্তিগী নোংনা মহাক্কী মবুক্চেন্ চাউব থমোইগী তৌশিন্নদব অরা-মৈচাক্ অদু মপুং ফানা প্রকাশ তৌই। অদুগা মহাক্কি যুক্তি য়াদবসু নত্তে। কৈকেয়ীনা মহাক্কী অপরাধ লৈতবগী মরম্দা মশা কন্নবগী ৱাহৈনা মহাক্পু থাজহন্বদা ভরতনা বিনীত ওইনা মমাগী ক্ষমা নিজৈ। পুণ্যচেন্ন কুলপুরোহিতগী মফম্দা লৈব মহাক্কী সম্মান সীমা লৈতে, মরম্দি মখোয়গী সাক্ষ্যতনা মমাগী অপরাধ লৈতবগী মহাক্পু বিশ্বাস তৌহল্লি। ভরতকী স্বার্থ ত্যাগ, মহাক্কী ময়াম্নবু মর্ম-শোক্না মুংশিবা, মহাক্কী ন্যায়-বিচারগী অথৌব বুদ্ধি অদুগা যুক্তিনা লম্জিংব মহাক্কী নির্ংথনা লেপ্ন মপুক্নিং—কবিনা য়াম্না শাফুকন্না অমসুং পাঙ্গন্ থেক্না য়েক্পিরে।

কৈকেয়ীঃ নাটক অসি মরু ওইনা ভরতকী থমোইগী মহত্ত্ব য়েক্নবগী অমসুং কৈকেয়ীগী য়াম্না নিন্দা লৈব চরিত্রদা হায়জিন্ব দোষ কোক্নবগী দমক্কি। মসিদা ঐখোয়গী কবিনা মূলদগী য়াম্না খেন্নবা ইরে। মসি তৌবদা মহাক্না কদায়-ফাওবা মহৈ য়াল্লে হায়বসি মতুঙ্গী পক্ষপাত লৈতব সমালোচকশিংনা বিচার তৌবগদবা মঙাইরে। ভাসনা কৈকেয়ীবু অশেংব স্বার্থ লৈতব পুক্চেন্দগী য়াম্নু বন্দা থাবা মতৌগুম্না উৎপিরে মুনি অমগী শাপকী দোষনা ৱাজা দশরথগী মৃত্যু মচাগীদমক্ য়াবদগী বিধিনা য়েক্নবানি। মচাগীদমক্, ৱার্বাদি মচাগী মৃত্যুদগী নক্নগা

# পরিশিষ্ট

মচাগা কায়নবদগী ওইবা য়ায়। অনিশুব হিয়ম্ অসিদা শাপ অদু থোক্লবা কৈকেয়ীনা খল্লি, মরম্দি অনিগী মরক্তগী মসিনা বিপদ খর য়াৎনা থোক্ই, অদুগা মসিনা অন্ততঃ খরহেম্ব দুর্ভাগ্য (হায়বদি রামগী মৃত্যু) হন্থহল্লি। মসিত নত্তনা মহাক্কী খুজিন্ থোরাং অসি রাজপরিবারগী থাঙ্গেশেংব মঙ্গল নীংব পুণ্যচেম্ব বশিষ্ঠ অমসুং বামদেব ঋষিশিংনা অনুমোদন তৌবিরবনি। মূলদদি থাঙ্গেশেংনা য়াম্না মম্ব কৈকেয়ীগী চরিত্রদু কগৎহন্নবগী কবিনা মতৌ অসুম্না হোৎনৈ। ভাসনা মতৌ অসুম্না কৈকেয়ীবু শহীদ অমগী শ্রেণীদা থাঙ্গৎপিবে মরম্দি মহাক্না সাধ্বী মহিলা অমা ওইবগী অফব-যশপূম্ব মাংহল্লি অমসুং দোষ লৈব কল্লক্পনা থল্লব বদমাস চক্রান্ত তৌবীগুম্না মহাক্ মশামক্কী বদনাম খুসি তৌনা লৌই—পূম্নমক্ অসি মহাক্কী লোম্নবীমচা রামগী জীবন কন্নবগীদমক্তনি। শূপ্না মহাক্কী ধৈর্য্যগী ( patience ) সীমা লাম্বা মতম্দা, মহাক্না অচুম্ব য়ারিত্থ প্রকাশ তৌই- অদুগা মদুস্থ সুমন্ত্রগী মচিন্দগী থোক্হল্লি। ভরতনা মথক্ত অসম্মান মতৈ থরবমক্তদসু মহাক্না মহাক্পু অদুম্ মমুংশিবি অমসুং ভরতকী অনুতাপকী চিহ্ন অহাম্ব হেক্ উবদা মহাক্পু হেক্তা ক্ষমা তৌবি। মহাক্কী বাম-নুংশিবা ইশেং শেংবনি অমসুং মহাক্না অহাম্বদা রামগী অভিষেক্কী প্রস্তাব তৌদুনা মসি খ্বাইগী মমাঙদা উৎলি। মূল রামায়ণ-দা মহাক্কী চরিত্র অসুক্ মুনা য়েক্পি, অদুনা কৈকেয়ীগী চরিত্রগী আত্মরক্ষাসি কবিনা শেম্বিরবসু, খর মতু শোল্লি, মদু ওইরবসু অওইবমক্, মসি অনৌব অমসুং পূথোক্প হৈবগী খুৎয়েক্লি।

---

## (ঝ) প্রবাদ ( সুবচন )

১। রাহু-উগ্র থাজগী তুংইল্লি থরান্নিচ রু —অঙ্ক-১/২৫

২। অশোকপ মকমদা অমুক্ ফুঙিল্লগা বরি থান্ননি- ( লা: ৪৮, অং ৪— ভরতনা হায়বা )

৩। স্বভাব মান্নব মতৈ মনাও বিধাতানা শীম্বদা য়াম্না অতাংবনি — (লা: ৮, অং ১ —বামগী বচন )

৪। অফাওব পুরুষ শংসিগীস্থু অসিগুম্ব বিপদ থোক্ইদা—বিধিগী খুজিন্ লাম্বা যাদে ( লাঃ ২১ অং ২—কঙ্কুকীগী ৱাহৈ )

৫। ব্রহ্মহত্যা-তৌবশিংনস্থু অতৈবু মশাগী নাম হায়হম্ববা ? ( লাঃ ৪২, অং ৪ ভরতকী বচন )

৬। কদায় অশাওব নোল্লকপৈ ৱাশকপৈ ইকাইনস্থু ... .... ( অং ৬/৯ শ্লোক )।

৭। মরক্তা যমুনা গঙ্গা চঙ্বগুম্না তুরেন্মচা ( অং ৩/১৬ )।

৮। মোন্বিনরা য়াওদব্ ধুক্তহুনা মাঙবগুম ( অং ৩/২৩ )।

৯। ছায়াবুদি কান্দ্রিগা মশাবুদি কাল্লোই ( লাঃ ৫৫—রাবণগী বচন )

১০। শা-ঙাগী জাত্তা পোক্লবস্থু উপকার থঙি ( অং ৬—সুমন্ত্রগী বচন )

১১। অতৈগী দোষ হায়দোক্পা হৌনদে ( অং ১—ভরতকী বচন )

১২। নৈহৎপ কৈজাওবু শঙাইন ঙম্বরা ? ( অং ৫/১৮ )

১৩। মতম্না অকুৎপ-অৰ্তোঙ্বা শেন্মী। ( অং ৭ )

১৪। যজ্ঞ তৌবদা, বিবাহদা, বন্দা,
বিপদ তাবদা দোষ লৈতে নুপী য়েংবা। ( অং ১/২৯ )

১৫। পামেন্ তুবদা মওল্লি লৈমাই থক্তা উরীনা ( অং ১/২৫ )

১৬। মমাশিংনা খোরাংবনা চেঙ্গিন্দোনা চেল্লি তুরেন্ অকংবদা ( অং ৩/১০ )

১৭। নত্তে দোষ নিপাশিঙ্গী মমাগী দোষ ( অং ৪/২১ )

১৮। ( সনা কোম্নুংদদি ) থৌথোক্ কয়া কয়া থোক্লিবনিদো ( অং ১ —সীতাগী বচন )

১৯। পতি-তনি নূপীগীদি ( অং ১/২৫ )

২০। রাজ্যদি মিকূপ্ অমত্ত-কাওবা থৌশাদনা থম্মোইদবনি (অং ৪)।

২১। শূদ্র-প্রণাম তারেনা খুরুম্বা মন্ত্র য়াওদনা ( অং ৩/৫ )

২২। ফুবনি বৈরীনা হকচাংদা
স্বজন্না অচুগা মর্ম্মদা .... ... (অং ১/১২)

২৩। পুক্চেন্-থোংপ স্বজম্বু চাম্বিবু নক্ষংলি অস্থম ভৌনা ( অং ১/১৮ )

২৪। মশক্ কজবদদি ওয়মক্ পক্পনি ( অং ১—অবদাতিকাগী বচন )

২৫। অস্থম্ ভৌবতনা দোষ হেল্‌হল্লনি ( অং ১—সীতাগী বচন )

২৬। মপায়াথং ঙাক্পদা ঙক্কম্ করি থোক্লিবা ( অং ১/৫ )

২৭। থৌরাংবৈ ঈশিং খুজোকুম্ নাম্বা খুৎনা ( অং ৩/১২ )।



# শুদ্ধিপত্র

| লাইন | পরেং | অরান্ব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|
| ৯ ··· | ১০ ··· | আর্দ্ধাঙ্গ | অর্দ্ধাঙ্গ |
| ১১ ···· | ১৭ ·· | দয়া-ময়া | দয়া-মায়া |
| ১৪ ··· | ২০ ··· | তপ । | তপস্যা |
| ১৪ ···· | ১৬ ···· | — | স্বর্গ |
| ২৪ ···· | ১৭ ···· | ইবেন্মশিং | ইবেম্মশিং |
| ৩৫ ···· | ১৫ ··· | — | ভরত— |
| ৩৮ ··· | ১৩ ···· | মরূপ্প | মরূপ্প |
| ৫১ ··· | ২ ···· | কৌশল্যমমা | কৌশল্যামমা |
| ৫২ ··· | ২০ ··· | সুমিত্রানন্দনা | সুমিত্রানন্দন |
| ৭২ ··· | ২৩ ···· | ইম্প্রেসিড্ | ইম্প্রেসিভ্ |
| ৭৩ ··· | ২০ ···· | মৃত্যুশয্যাদা | মৃত্যুশয্যাদা |
| ৯৩ ···· | ৯ ···· | চিথদব | চথদব |